ꯄꯥꯉ꯭ꯖꯤꯒꯤ ꯃꯤꯍꯨꯡꯊꯣꯡꯗꯒꯤ

# পাঞ্জিগী মীহূংথোঙদগী






অনুবাদ।

**মোইবাংথেম সুবজিৎ সিংহ,**

জ্যোতিষ শাস্ত্রী, জ্যোতিষ মহা মহাচার্য্য
এনঃ সিঃ লাহিড়ী মেমোরিয়েল
গোল্ড মেডালিষ্ট

# ꯄꯥꯡꯖꯤꯒꯤ ꯃꯤꯍꯨꯠꯊꯣꯡꯗꯒꯤ

# পাঞ্জিগী মীহূৎথোঙদগী


অইবা ঃ

**মোইরাংথেম সুবজিৎ সিংহ,**

জ্যোতিষ শাস্ত্রী, জ্যোতিষ মহা মহাচার্য্য

এন সি লাহিড়ী মেমোবিয়েল

গোল্ড মেডালিষ্ট।

| | | |
|---|---|---|
| লাইবিক্কী মমিং | ঃ | "পাঞ্জিগী মীহূৎথোঙদগী" |
| অইবা | ঃ | মোইবাংথেম সুবজিৎ সিংহ |
| অফোঙবা | ঃ | ধবনেশ মোইবাংথেম,<br>সঙ্গাই পব্লিসর্স উবিপোক বাচস্পতি লৈকাই, ইম্ফাল। |
| লাইবিক ফোঙবা নুমিৎ | ঃ | ২৪ । ৫ । ২০০৯, কালেন অমাবস্যা, শনি জয়ন্তী |
| লামায মশীং | ঃ | ১২৫ |
| কোপী মশীং | ঃ | ১,২০০ |
| © কপী বাইট | ঃ | অইবা |
| মমল | ঃ | লুপা ৬৫ ০০ |



**লাইবিক ফংফম ঃ** ১) বাজেশ বুক ষ্টোব,
গোভর্নব বোড, পাওনা বাজাব, ইম্ফাল।
২) অইবগী যূম, উবিপোক বাচস্পতি লৈকাই,
ইম্ফাল।
৩) সেলস বুক ডিপো,
কপমহল তেঙ্ক, ইম্ফাল।

*টাইপ সেটিং অমসুং নম্ফম ঃ*

**কেঃ কেঃ আর্ট প্রিন্টর্স**

সেগা বোড, থৌদা ভাবোক লৈকাই,
ইম্ফাল (মণিপুব)।

# কচ্চবা

ঐগী আদিগুরু
চিংথাম ৺নীলমনি সিংহ,
রাজজ্যোতিষী, জ্যোতিষভূষণ
গোল্ড মেডেলিষ্টকী মফমদা
"পাজিগী মীচুংথোকপগী"
কৌবা লাইরিক অসি কচ্চবি।

তোল্লবা সেবক
মোইবাংখেম সুবজিৎ সিংহ
উবিপোক বাচস্পতি লৈকাই, ইম্ফাল।

# অইবগী মায়কৈদগী

ঐগী অহুমশুবা লাইবিক "পাঞ্জিগী মীহূৎথোঙদগী" শ্রীগুরুগী কৃপাদগী মীযাম মমাংদা পুথোকচবা ঙমজবে।

হন্দক্কী লাইবিক অসিদি মচন খবা হেন্না শুবে—কলব থেবাপী, ন্যুমবোলোজি, খূবাক মযিগী, মেডিকেল এস্ট্রোলোজী, গোপালসহস্রনামগী মগুণ, শিব-মহাদেবগী লৈফম, লকী স্তোনগী কান্নবা খবা, লকী স্তোন পকপদা গোচব দশা যেংবা, চীনাগী ফেঙ শুই, পোকপা তাবিখতগী নুপা-নুপী পক্কবা যেংবা, পাঞ্জিগী অতৈ ৱাবেং কযাগা লোযননা অপূনবা ৱাবেং কুনমঙানা লাইবিক অসি শেমজবনি।

পাঞ্জিগী ওইবা হিবম কযাসি মতিক-মগু। লৈববা বেদ-শাস্ত্র অমদি মবী লৈনবা লাইবিকশিংদগী অইবনা ঙমজবা হৈজবা মওংদা, খুৎইদা, ইমাবোলদা ইথোকচবনি। মসিদা মীযাম্না, পাঞ্জিগী শিনফম তৌবীবিবশিংনা অমদি লাইবিক-লাইশু হৈবীববশিংনা হিবম অসিদা ভাব খবদং তাবিববদি অইবগী হোৎনজমল মহৈ যাঞ্জবে হাযনা লৌজগনি।

লাইবিক মচা অসি পুথোক্লবা হোৎনজবদা, লৈকাইগীসু ইযাম্বা শ্রীমাইস্নাম ইবোমচা সিংহনা লাইবিক অসিগী প্রুফ, বানান, স্তাইলদা অবান-অহুই চুমথোকপিবগী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবগীদমক থস্মোয শেংনা থাগৎচবি।

কে কে আর্ট প্রিন্টবসকী প্রোপাইতব কে খেলেন্দ্র সিংহনসু থৱায হকচাং যাওনা লাইবিক অসি নম্লনবা হোৎনবদা হোৎনবীখিবা, পাংবিখিবগীসু নুংঙাইবা ফোঙদোকচবি।

লাইবিক অসি ফোঙগনি তাবদা শ্রীবাজকুমাব খুবকিশ্বব সিংহ, নোডেল ওফিসাব টেক্সেসন ডিপার্টমেন্ত, ঐগী ওজা অনী শ্রীঙাংবম চন্দ্রকুমাব সিংহ, জ্যোতিষী অমদি বী বাজেন্দ্র শর্ম্মা বাজজ্যোতিষী, জ্যোতিষভূষণ, পাঞ্জি শঙলাকপা শ্রীশ্রীগোবিন্দজী তেম্পল বোর্ড, মীওই অহুম্মা লাইবিক্কী ৱামাং যানবা ৱাফমশিং ইবিবকপিখিবগীদমক মখোয অহুমবুসু থাগৎচবি।

অবোযবদা, ঐগী মকুপ নাউবোইবম ইন্দ্রমনিনা লাইবিক অসি পুথোক্কবা হোৎনবদা, পূক্নীং থৌগৎপীদুনা, লাইবিক ফোঙবগী থৌবম শীনবিবদা মরু ওইবা থৌদাং লৌবীখিবগী তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

মোইবাংথেম সুবজিৎ সিংহ,
জ্যোতিষ শাস্ত্রী,
জ্যোতিষ মহা মহাচার্য্য
এনঃ সিঃ লাহিড়ী মেমোবিযেল
গোল্ড মেডালিষ্ট
উবিপোক বাচস্পতি লৈকাই।

ইম্ফাল,
তাং ৬। ৫। ২০০৯ ইং,
কালেনগী ১০ নি শানবা
যুমশকৈশা।

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীমোইবাংথেম সুবজিৎ সিংহ, জ্যোতিষ শাস্ত্রী, গোল্ড মেডালিষ্ট না ইবা "**পাঞ্জিগী মীহূৎথোঙদগী**" হাযনা মীংথোনবা, ৱাবেং ২৫ গী লাইবিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাজবে। লাইবিক অসি পিক্লবসু পিক্লা পাবদা নুংঙাইববা অমদি কান্নববা ৱাবেংনি। জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মবমদা নৌনা তমখৎলকলিবা নহাবোলশিংনসু অমদি সধাবণ কনাগুম্বা কনাগুম্বীশিংনসু খঙজিনবদা কান্নববা লাইবিকনি।

মতুংদসু অসিগুম্বা কান্নববা ৱাফম কযা জ্যোতিষকা মবী লৈননা ফোঙবিবক্কনি হাযনা আশা তৌজবি অমদি অইববু থাগৎচবি।

ইম্ফাল,<br>
তং ২০। ৪। ২০০৯ ইং,<br>
কালেনগী ২৫ নি পানবা<br>
নিংথৌকাবা।

শ্রীঙাংবম চন্দ্রকুমাব সিংহ, জ্যোতিষী<br>
তেবা কৈথেল,<br>
ইম্ফাল।

# অইবগী মফমদা থমজবা ৱাহৈ খরা

"পাঞ্জিগী মীহূৎথোঙদগী" হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসিবু ইবিবিবা ইযাম্বা মোইবাংথেম সুবজিৎ অসি ঐহাক্কা মতম শাংনা Taxation Department তা থবক তৌমিন্নবকই। অদুনা ঐনা তা সুবজিৎ হায়না কৌজে।

চাউবাক্লা শোক ১৯৮৬-৮৭ অদুৱাইদা নোংমা ঐগী ওফিসকী কাদা ইযাম্বা অসিনা মাগী নৌনা খোঙদাজবকপা মহৈ অমা ওইনা কুঠি যেংবা অমদি খুবাক মযি যেংনিংবগী অপাম্বা অদুনা ঐনা মাগী অপাম্বা অদুবু মতেং পাংবা ওইনা ঐগীসু যেংবিযু হাযদুনা মহাক্লা যেংবিখি। অশেংবদি মতম অদুদা ঐহাক অসিদি বিদ্যা অদুদা থাজবা শুকথম থমজদবা মীওই অমনি। অদুবু সুম যেংগে হাযদুনা মহাক্লা যেংবিখি।

লোযননা মহাক্লা ইচম চম্বা চেনা অমদা যাম্না মওং তাদবা মওংদা ঐগী তুংদা থোক্কদবা থৌদোক খবা ইবিখি। ঐনসু কযা থৌওইদনা অদুম পাবগা থমজিনখি। অদুবু হাযবিবা থৌদোক অদু ১৯৮৯-৯০ দা মানা পীখিবা মতম অদুমক্তদা যাম্না চুম্না থোকখি। মতম অদুদা ঐহাক্লা খুদক্তা নীংশিংলকই, ইযাম্বা অদুনা ইবিখিবা চে অদু। লোযননা মানা ইবিখিবা চেনা অদু ফাক্তোক্তুনা যেংজখি, থম্মোয পেঞ্জখি। মদুগী থৌদোক অদুদগী ঐ ইশামক অসি হাযবিবা হিবম অসিদা যাম্না থাজবা পোকখিবগা লোযননা হিবম অসিগী মতাংদা ইযাম্বগা তান্নজবি।

লোযননা ইযাম্ববু মাগী নিংহন্নবা নৈতবা হোৎনববু থাগৎতবা ঙমজদে অমসুং হিবম অসিদা মতম শাংনা থিজিন-হুমজিনবা ঙম্বা ওইসনু।

ইম্ফাল,
তাং ৩০।৪।২০০৯ ইং,
শগোলশেন।

(R K Khurkishor Singh)
Palace Compound,
Imphal

# থাগৎ-ৱাহৈ

শ্রীমোইৰাংথেম সুবজিৎ সিংহ, পাঞ্জিগী লাইবিক অনী ইখ্রবা, ফোঙখ্রবা মীওই অমনি। মহাক্কী অহানবা লাইবিক্তা **"কুঠি য়েংবা"**, ফোঙখিবা নুমিৎ—তাং ৫।১০।২০০৬ ইং, নোংমাইজিং ৱাফুকপা নুমিৎ। অনীশুবা লাইবিক্তা, **"পাঞ্জিগী মীৎয়েংদগী"**, ফোঙখিবা নুমিৎ তাং ২০। ৮।২০০৮ ইং, নোংমাইজিং শজিবু পূর্ণিমা।

হন্দক অমুক শ্রীসুবজিৎ সিংহনা ইবিবা, পুথোবক্লিবা মহাক্কী পাঞ্জিগী অহুমশুবা লাইবিক, **"পাঞ্জিগী মীহূৎথোঙদগী"** হায়বসি ওন্থোক্লে ফজখ্রে। মচন শুনা যাওববা লৈবাং নাচোম অমগা প্রমাণ তৌবা যাই।

লাইবিক অসিদা পাঞ্জিগী ওইবা ৱাবেং কয়া অমা যাওবি— অপাইবা দশা-লাংফম য়েংবা, শজিবু চৈবাউবমদাইগী কুঠি য়েংবগী চৎনবী, হকচাং ফবা অমদি কুঠি, মগুণ লৈববা পাঞ্জিগী লাইবিক অহুমগী ফজবা উৎপা ৱাবেং অমা, নুপা নুপীগী পক্লবা মাযকৈ য়েংবা, কুঠিদগী নুপীগী মপোক ফল য়েংবা, কুঠি য়েংদনা লুহোংবা, পাঞ্জিগী কালেন্থা অমদি মৈতৈগী লুহোংবা, কুঠি য়েংবদা বাহুগ্রহগী মফম অমদি মগুণ, লকী স্তোন হকচাংদা পকপদা পাঞ্জিনা গোচব দশা য়েংবা, অসিনচিংবা অসিনি। অদুগী মথক্তা তেন্তক্লা মচং ওইবা ৱাফমদা ভাবতকী ফাওব-ফাওববা পাঞ্জিশিংগী ওইবা মোত কযাসু অইবনা পন্দুনসু ইবি।

হন্দক্কী লাইবিক অসিদা মীয়ামদা ইনৌ নৌনা থোক্লগদৌবা চীনাগী পাঞ্জিগী ওইবা "ফেঙ শুই" কৌবা ৱাবেং অমসু যাওবি। মসিমক্তি ইনৌ নৌবা মচল অমা ওইবগনি।

অদুদসু নত্তনা, লাইবিক অসিদা পাবদা নুংঙাইববা ৱাবেং কয়া অমসু যাওবি— মচু অমদি লাইবক, থৱাম্মিচাক বিদ্যাগী হৌবকফম, পাঞ্জি বিদ্যাগী চন্নফম, পোকপগী ইংলিস তাবীখতা পক্ল-ৱায়নবা

যেংবা, কবী অমদি মুক্তা শীজিন্নবগী কান্নবশিং, ইপান থাবা অমদি ষষ্ঠি পূজা, মহাদেবগী লৈফম তবেৎ অমদি গোপালসহস্রনামবু প্রতিকাব ওইবগী মবমশিং অসিনি।

হন্দক্কী লাইবিক অসিদা "খূবাক মযি অমদি কুঠি" হাযবা ৱাবেং অসি পাবদা যাম্না নুংঙাইখ্রে। কুঠিগা খূবাক মযিগা কবি মবী লৈনবা অমদি কুঠিনা খূবাক মযিদগী কবি হেনবা ৱাৎপা হাযবদুসু মবিক চূম্না ৱাবেং অসিদা নৈনবি।

শ্রীমোইবাংথেম সুবজিৎ সিংহনা জ্যোতিষ হাযবগা খণ্ডনবা ফলিত জ্যোতিষ/Predictive Astrology গী মবমদা ইবা লাইবিক অহুম অসি পাঞ্জিগী সাহিত্যদা অচৌবা খুদোল ওইবগনি হাযবা ৱাফম থমজবি।

লাইবিকশিং অসিনা তাক্লিবসি পাঞ্জিবিদ্যা হাযবসি শাস্ত্রগী নিযম মতুং ইন্ননি। মুনি-ঋষি কযাদগী হৌনা নিংথৌ ফাওবনা তৌবক্লবা পাঞ্জিগী শিনফম অসি অকক্লবা বিচাব খবগী মখাদনি হাযবসি শ্রীসিংহনা মীযামদা মচা খাযনা তাক্লি।

শ্রীমোইবাংথেম সুবজিৎ সিংহ, মীযাম্না হেন্না খণ্ডনববা পাঞ্জিগী শিনফমসু তৌবিবা, পাঞ্জিগী লাইবিকসু মখল-মথেন শুনা ইবা মীওই অমনি।

মহাক্না মতম শাংনা শিনফম অসিদা পূক্নীং লূপ্তুনা, পাঞ্জি বিদ্যাগী মবমদা অনৌ অনৌবা হিবমদা থিজিন-হুমজিনবিদুনা মখা তানা ফজ-ফজবা মগুণ লৈববা লাইবিকশিং পুথোকপিবক্লবা অমদি পুন্সি-নুংশাংনা লৈননবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজবি। মহাক্না জ্যোতিষকী মবমদা হোৎনজবিবা অসিগীদমক থাগৎচবি।

বাজজ্যোতিষী

বী. বাজেন্দ্র শর্ম্মা, চন্দ্রসিদ্ধান্ত
জ্যোতিষভূষণ, পাঞ্জি শঙলাকপা
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী তেম্পল বোর্ড
ইম্ফাল, মণিপুব।

ইম্ফাল
মে দে ২০০৯,
কালেনগী ৭নি পানবা
ইবাই।

# য়াওফম তাকপা

| তাঙ্কক | | লামায় |
| --- | --- | --- |
| ১। থৱাম্মিচাক্কী বিদ্যাগী হৌবকফম | — | ১ |
| ২। মচু অমদি লাইবক | — | ৩ |
| ৩। অপাইবা দশা-লাংফম যেংবা | — | ৯ |
| ৪। পাঞ্জি বিদ্যাগী চন্নফম | — | ১২ |
| ৫। শজিবু চৈবাউবমদাইদা কুঠি যেংবগী চৎনবী | — | ১৮ |
| ৬। হকচাং ফবা অমদি কুঠি | — | ২৬ |
| ৭। মেডিকেল এস্ট্রোলোজী | — | ২৯ |
| ৮। পোকপগী ইংলিস তাবীখতা পক্ল-ৱাযনবা যেংবা | — | ৩৬ |
| ৯। খূবাক মযি অমদি কুঠি | — | ৪৫ |
| ১০। পাঞ্জিগী মগুণ লৈববা লাইবিক অহুম | — | ৫৪ |
| ১১। নুপা-নুপীগী পক্লবা মাযকৈ যেংবা | — | ৬২ |
| ১২। কুঠিদগী নুপীগী মপোক ফল যেংবা | — | ৬৫ |
| ১৩। কুঠি যেংদনা লুহোংবা | — | ৬৭ |
| ১৪। পাঞ্জিগী কালেন্থা অমদি মৈতৈগী লুহোংবা | — | ৬৯ |
| ১৫। কুঠি যেংবদা বাহুগ্রহগী মফম অমদি মগুণ | — | ৭২ |
| ১৬। লকী স্তোন হকচাংদা পকপদা পাঞ্জিনা গোচব দশা যেংবা | — | ৭৫ |
| ১৭। নোংচুপকী মীৎযেংদা পাঞ্জি অমদি কুঠি | — | ৭৮ |

| অঙ্ক | লাময় |
|---|---|

১৮। পাঞ্জিগী মীৎযেংদা শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম — ৮১

১৯। শিব-মহাদেবগী লৈফম তবেৎ অমদি মদুগা মবী লৈনবা থাবানশিং — ৮৫

২০। Ruby (কবি) নূং শীজিন্নবগী কান্নবশিং — ৮৮

২১। মুক্তা (পার্ল) শীজিন্নবগী কান্নবশিং — ৯২

২২। মপোক্কী ওইনা মী, লাই, হিংচাবা/হিংচাবী তাবা অমদি পক্ল-ব্রাযনবা যেংবা — ৯৫

২৩। তকক্লি ইপান থাবা অমদি তকক্লি ষষ্ঠী পূজা — ৯৮

২৪। ৯ নি পানবা থাবান্দা পাঞ্জিগী মীৎযেং অমা — ১০১

২৫। মীযাম্না পাম্নবক্লিবা ফেঙ শুই (৩) — ১০৪

# ১

# থবান্মিচাক্কী বিদ্যাগী হৌরকফম

বেদগী মতমদগী হৌনা থবান্মিচাক্কী বিদ্যা অসি হৌবকখিবা থেংনৈ। মতম অসিদা থবান্মিচাক ২৭ অসি ঈশ্বরগী কয়াৎ অমমমনি হায়না লৌনবশ্মী। প্রমাণ ওইনা হাযববদা, 'হস্তা' কৌবা থবান্মিচাক্লা ভগবানগী খুৎনি, 'চিত্রা' কৌবা থবান্মিচাক্লা মহাক্কী মীৎনি অমদি 'মুলা' কৌবা থবান্মিচাক্কুনা ঈশ্বরগী খোঙনি হায়না লৌনবা হৌনবক্কুনা থবান্মিচাকশিংবু ভগবানগী হকচাং কযাৎ অমমম ওইনা লৌনবকখি।

'জ্ঞানদোগ্যা' হায়বা অবিবা লাইবিক অসিগী মতুং ইন্না মহাঋষি নাবদনা থবান্মিচাক্কী বিদ্যা অসি খঙলশ্মী হায়বা মোত পীবি। বেদগী মতুং তাবকপা পুবাণশিংদসু অফবা নুমিৎ/ফত্তবা নুমিৎ হায়দুনা থবান্মিচাক্কী মবী লৈনবা মবম হায়বম-ইবশ্মী। মক ওইনা লুহোংবা অমদি লৌ উবগী মতাংদা থবান্মিচাক্কী খোঙচৎ অসি য়েংনবশ্মী। 'মহাভাবত' অমদি 'বামায়ণ' কৌবা পুবাণ অনী অসিদা থবান্মিচাক্কা শাগোন্নবিবা, অফবা মতম/অফবা পুংফম, ফত্তবা পুংফম পনবা মতাং য়াম্না থেংনৈ। মবম অসিনা, ভাবত্তা থবান্মিচাক্কী বিদ্যা অসি বেদগী মতম অমদি বেদগী মতুংগী মতম অনীসিদা হৌখিবনি অমদি চাওখৎলকখিবনি হায়না লৌবা য়াই।

মক ওইনা যজ্ঞ/হোম তৌবদা, ভাবত্তা অঙনবা মতমদা থবান্মিচাক য়েংদবা যাবমদে। থবান্মিচাক অসিবু মখল কযা থোক্লা খায়দোকপা হৌবকখি—মমায়

লোঙবা, মমায লোঙদবা, অচঙবা, অশিবা, চূক পৈবা থৱান্মিচাক হাযনা। তশেংনমক হাযববদা, ঙসি ফাওবা চৎনবিবা পাঞ্জি বিদ্যা অসি থৱান্মিচাক্কী মফম অমদি মগুণ অসি অদুমক ৱাংদুনা লৈবি।

ঙসি ঙসিমক দশা যেংবা হাযনা চৎনবিবা অসিগী দশা খূৎহোৎ অসিসু থৱান্মিচাক্কী ফলনা পীবনি। মী মীগী দশা হাযবসি থৱান্মিচাক্কী মখা পোল্লি। বাশি ১২ অসিসু থৱান্মিচাক ২৭ কী মতুং ইন্না লেপ্পে। শম্মা হাযববদা, পাঞ্জি যেংবা হাযদুনা চৎনবিবা ফল পূম্নমক অসি থৱান্মিচাক্কী খোঙচৎনা মপূং ওইবগা, গ্রহশিংগা শাগোন্ননা যেংবগী ফলনি। মতাং অসিদা নৈনবা যাবদি 'কর্ম্মফল' (হন্দক মপোক্কী ফল) অমদি 'পূর্ব্বজন্মফল' (নহানমুক্কী মপোক্কী ফল) হাযনা লৈবিবা মখল অনী অসি থৱান্মিচাক্কী বিদ্যা অসিগা হকথেঙননা নৎত্রগা নাকোযননা মৰী লৈনৈ। মসিমক ভাবতকী ওইবা ইতোপ তোপ্পা শক্তম অমনি। শক্তম অসিনা পৃথিবীগী ওইবা পাঞ্জি বিদ্যাগী জগৎতা, মফম চাউনা কল্লিবা মথেল অমনি। কর্ম্ম হায়বদি হন্দক মপোক্তা ঐ-ঐনা তৌজবা থবক-থৌবমগী ফলবুনি। 'পূর্ব্বজন্ম' হাযবনা হৌখিবা নহানমুক্কী মপোক্তা তৌখিবগী ফল অদুবু খঙনৈ।

বিধিগা কর্ম্মগা কনানা কনবগে অমদি কর্ম্মফলগা পূর্ব্বজন্মফলগা কনানা মগুণ হেনবগে হাযবসি থৱান্মিচাক্কী বিদ্যা অসিনা পীবিবা অকনবা শাফূনি। থৱান্মিচাক্কী ফল ফত্তে হাযববসু হোৎনবদি লেপ্পবা তাবনি। ঐনা ফনা কন্না হোৎনদুনসু, নহানমুক্কী মপোক্তা অফবা থবক তৌবক্তবদি হন্দক্কী মপোক্তা মপূং ফাবা অমদি অফবা ফল পীবা ঙম্লোই।

তৎনবা নুমিৎতা অমদি ফত্তবা থাবান্দা পোক্লকলিবা, পোকপা মতমদা ফত্ত-ফত্তবা গ্রহশিংনা জন্মকুণ্ডলিদা লৈবিবা ঙম্নমক অসি নহানমুক্কী মপোক্কী ফলনি হাযবসি অখণ্ড-অহৈশিংনা য়ানববা ৱাফম্লি। তশেংনমকসু, মী অমগী মপোক-মযিগী মতীক-মগুণ অমদি ফল হায়বসি মী মীদুগী হেক পোকপা মতমদা লৈবিবা গ্রহগী শক্তমশিং অদুবুনি।

---

## ২

# মচু অমদি লাইবক

গ্রন্থগী খোঙচৎশিংদা মচুগী ইথিল অমদি শাফূনা কয়া যাম্বগী চাংদা মীওই অমগী হকচাং ফবা, যূম্বানবগী নুংঙাইবা, শেন-থুমগী ফীবম ফগৎপা, মিংচৎ, কাববাবগী কান্নবা অমদি পুন্সিগা মবী লৈনবা থৌদোকশিংদা ফল পীবগে হাযবা য়াম্না নৈননীংঙাই ওই।

**অঙৌবা মচু ঃ** মবাযবক থীবা মীওইশিং অমদি মহাভাবতকী কর্ণগুম্বা লাইবক্না নৈহৎপিববা মীওই কযানা অঙৌবা মচু শীজিন্নদুনা পুন্সিগী কৈবাক কানবা নীংহন্নবা লৈতনা হন্না হন্না হোংনগনি। লাযব-অনং, অব্রা-অনাবু শোযদনা কোকহনবা ঙম্বা মচুদি অঙৌবা মচু মাতনি। অঙৌবা মচুবু শীজিন্নববদি মীওই অদুদা থকশি-খাশি নৈবগী ব্রাখল শোয়দনা পোকহল্লি। কনাগুম্বা মীওইনা মচু অসি তোয়না শীজিন্নববদি মহাক্কী বুদ্ধি-লৌশিং থোক্লক্কুনা তুংগী ব্রাখল পোবম উবকপা শোযদনা ঙম্মী। অশেংবনি ইশা ইশাগী তৃমদুনা লৈবিবা তাইবঙ মপুনা পীবিবকপা শক্তিশিংবু অঙৌবা মচু মাতনা য়াকায়হনবা ঙম্মী। বাজনীতি তৌবা মীওইশিংনসু অঙৌবা মচু শীজিন্নবনা কান্নবা অমদি মায় পাকপগী ফল ফংঙি।

**কমলা মচু ঃ** কনা-কনাগুম্বা মীওই কয়ানদি মচু অসি সংসাবগী ব্রাখল থাদোক্লবা সন্যাসী লম্বোই মচুনি, মঙদ্রংদা হৈনবা ফিলোসোফবগী মচুনি হায়নবসু য়াওই। অদুবু মীওইবগী পূকচেল, মীংয়েং অমদি ব্রাখলবু

পাকথোক-চাউথোকহনবদা কমলা মচুগুম্না ফল পীবা অতৈ মচু লৈতে। ৱাখল-পূক্নীং পঙচাউ চাউজদবা, ৱাখল পীক্তক তৌবা মীওইশিংনা কমলা মচু অসি তোয়না শীজিন্নবদা কান্নবা য়াম্না ফংঙি। যাম্না অঙকপা অমদি কমলা মচু শীজিন্নববদি মীওইবা জাতিবু নুংশিবগী ৱাখল পোক্লকই। ৱা ঙাঙবদা মীনা নুংশিবা ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাঙাঙ-শঙাঙ ঙাঙনীংলকই অমদি ঙাঙলক্লনি। মচু অসি শীজিন্নবগী য়াম্না কান্নবা অমনা অকক্লবা মতমগী মনুংদা থবক-ইনখাঙ লোইশিনবা ঙমগনি।

**অশংবা মচুঃ** মচু অসিমদি মহৌশা লাইবেম্বী, প্রকৃতি ইমাগী শঙলেন ফীজোল থোল্লিবী হাযবা কবিগী শৈহেক অদুমক্নি। নাপী, পাম্বী অমদি জঙ্গলগী উ-ৱাগী পুস্পিগা শম্নবিবা মচুদি অশংবা মচুসিমক্নি। মচু অসিনা পূক্নীংগী মীৎ-নাকোং শিংহল্লি। মীওই অমগী চাওখৎপা/নুংঙাইবগী ৱাখল্লোনগা মচু অশংবগা শকউদবা মবী অমগা শম্নবি। মচু অসি শীজিন্নবনা, মী তিন্নবা য়াবা ৱাখল পোকহল্লি। য়াম্না কান্নবা অমনা, মচু অসি তোয়না শীজিন্নবনা থবক-ইনখাঙ তৌবদা, নীতি-নিযম চুম্না তৌনীংবগী ৱাখল পোকহল্লি। ছাত্র-ছাত্রীশিংনসু মচু অসি শীজিন্নবনা মহৈ-মশিংগী মবীদা কান্নবা পী।

**অঙাংবা মচু ঃ** অঙাংবা মচুনা থৌনা ফবা, যাথং পীবা অমদি শক্তি-পাঙ্গলবু খঙহনবা মচুনি। নহা ওইবিবশিংদদি অঙাংবা মচুনা শক্তি, পাঙ্গল অমদি থৌনা হাপ্পী। লাইবেম্বীশিংগী পূজা কৎপদা অঙাংবা সিন্দুব হাপত্রবদি দেবীগী পূক্নীং ইপেন পেঙ্গদে হায়বা বেদ-শাস্ত্রগী ৱাফমসু লৈবি। অঙাংবা মচুনা খুদোংথীবা তাকই, অশাওবগী খূদমনি অমদি লানগী মৈবীবু শক্তাকই। হিন্দু নুপীশিংনা লুহোংবা নুমিৎতা অঙাংবা শাবীগী ফীজোল শেৎলিবসি দেবী শক্তি নিজবিবনি।

অদুবু মচু অসি কোক ঙাওগনবা অমদি থম্মোয়গী লায়নানা নাবা মীগদি কয়া পক্লদে। অদুগা মচু অসিনা কবিগুম্বদা ইফিং-ফিংগৎপা পোকহনবা য়াই অমদি পূক্নীং তপথদনা পূক্নীং লাঙতক্লহনবসু পোকহনবা য়াই। কবি কবিগুম্বদসু কবিসু নত্তবদা ভাব ইতা-তানহন্দবগী ফলসু পীবা য়াই। অমবু ওইবে অমবু ওইবে হীবম কযাদা অঙাংবা মচু অসি কান্নে।

**মঙ্গ্রা মচু/তিমুন-নাপুন মচুঃ** মঙ্গ্রা মচুদি ঈশ্বর/তাইবঙ মপুগী শক্তি তাকপা অমদি অঈংবা-শান্তিবু পামজবা মীওই খুদিংমক্কা য়াম্নমক থম্মোয় শেংনা পামজবা মচু হায়বদুনি। মচু অসি শীজিন্নবনা খাঙবা কনবা হেঙ্গৎহল্লি, মশাগী দায়ত্ব খঙহল্লি অমদি পাঙ্গলসু হাপকৎপী। মক ওইনা মঙ্গ্রা মচুনা ইঞ্জিনিয়ারীং অমদি সাইন্তিফিক রিসার্চ তৌরিবা মীওইশিংদদি থোইনা হেন্না চানবা ওইদুনা অঙকপা মওংদা কান্নবা পীবি।

**অতিয়া মচুঃ** কাববাবরালা অমদি শেল চাওথোক-চাওশিন শান্নবিবা মীওইশিংগীদমক্তি অতিয়া মচু অসি য়াম্না পক্লে, চূনৈ অমদি চানৈ। নহা ওইরিবশিং অমদি নুংশি-নুংওলগী লম্বীদা খোঙদাবিবা মীওইশিংনসু অতিয়া মচু অসি শীজিন্নবদা কান্নে। অমবোমদা অমুক য়েংলগসু অতিয়া মচু শীজিন্নবনা শাউগৎকনবা মীওইশিংদা পুক্নীং তপথহনবা ঙম্মী অমদি ঈ শাগৎপবু ঈংথহনবী।

নাপু মচু ঃ মচু অসি শীজিন্নবনা মীওই অদুগী লাইবক অমদি শেন-থুমগী ফীবম ফগৎহল্লি। লনাই কাববাব তৌবা মীওইশিংনসু নাপু মচু অসি শীজিন্নবনা মীত্রংগুম্না কান্নবা পী।

সমাজ সেবাবীশিংসু নাপু মচু শীজিন্নববদি অঙকপা ফংনা কান্নে। নুপী ওইবীশিংদসু নুপী ওইবীগী মবম কয়াদা কান্নবা পীবি। মচু অসি শীজিন্নবনা মীওই অদুগী পাঙ্গল ফগৎহল্লি, লৌশিংসু শিঙ্গৎহল্লি, বুদ্ধিসু চাওখৎহল্লি, লন-থুমসু পীবি অমদি নুংঙাই-য়াইফবা অমদি চাওখৎপসু পীবি।

পৃথিবীগী ওইনা, মচুগী মফম চাউনা কন্দুনা লৈবি। হিরম অসিদা, নোংপোক অমদি নোংচুপগী মীৎয়েং অনীদা মতাং মতাংদা খেন্নবা অদুম মবৈ। অদুম ওইনমক খেন্নবিবা মোত অনী কদাইফাওবা নকশিন্নবা-চূশিন্নবা য়াবগে হায়বসি য়েংবা তাবনি।

হিন্দুগী মোত্তা, মীওইবগী হকচাং অসি পোৎলম মঙা— পঞ্চভূতনা শাই হায়না লৌনবা মবম্না তাইবঙ হকচাংবু শাবিবা পোৎলমদা মচু হায়বা পোৎলম অসি য়াম্না মকওইবা মবম্নি হায়বা ৱাখল্লোন অসি লৈ।

| পোৎলম মঙা-পঞ্চভূত | মশাগী মচু |
|---|---|
| ১। পৃথিবী (মালেম) | অশংবা মচু |
| ২। ঈশিং | অতিযা মচু |
| ৩। মৈ | অঙাংবা মচু |
| ৪। ধাতু | অকক্লবা মচু লৈতে |
| ৫। নুংশিৎ | নাপু মচু |

অদু ওইববদি মীওইবা অমগী পূজা অমা কৎপা মতমদা অখন্নবা ধাতুগী পোৎলম অমা য়াওবগা লোয়ননা অশংবা মচু, অতিযা মচু অমদি নাপু মচু অমা য়াওবগদি য়াবগনি হায়বসি হৌজিক্তি ঐখোযনা থিজিনবা অসিদগী খঙলে।

অমুকসু অখঙ-অহৈশিংগী মোত্তা মচু অহুম্না ফোঙদোকপা অর্থসু অমুক নৈনসি .—

| মচু | অর্থ |
|---|---|
| ১। অঙাংবা মচু | মৈশা পী, চাকহল্লী। |
| ২। কমলা মচু | লুম্বু লুম্বু শাগৎহল্লী। |
| ৩। নাপু মচু | খজিক্তং শাগৎহল্লী। |

নৈনবিবা অসিনা, কবম কবম্বা ঋতুদা কবম কবম্বা মচুগী ফীজোল শেৎপা চূনগদগে হায়বা লেপ্লদা অচৌবা মতেং অমদি ওইবগনি।

| ঋতু | শীজিন্নগদবা ফীজোলগী মচু |
|---|---|
| ১। য়াম্না কা হেন্না ঈংবা মতমদা | মচু অঙাংবগী ফিবোল শেৎ-চাবনা হেন্না পক্লগনি। |
| ২। মযাই ওইবা মতম হায়বদি যাম্নসু ঈংদবা, য়াম্নসু শাদবা মতমদা | কমলা মচুগী ফিবোল শেৎ-চাবনা কান্নগনি। |
| ৩। কালেন থা, অশাবা মতমদা | নাপু মচুগী ফিবোল শেৎ-চাবনা হেন্না চূনগনি। |

মমাঙতৈ নিংথৌ পাল্লিবৈ মতমদা, মচু মাপনগী মবমদা খঙনবন্বা ৱাখল্লোনসু ঐখোয়না অমুক্তং নীংশিংদুনা য়েংসি—

| মচু | নুংগী অর্থ |
|---|---|
| ১। নাপু নৎত্রগা সনা মচু | ইকাইখুম্নবা অমদি হায়বা ইনবা। |
| ২। অঙৌবা নৎত্রগা লুপা মচু | থাজবা অমদি পুক্নীং শেংবা। |
| ৩। অঙাংবা | থৌনা নৈবা অমদি হিংবা। |
| ৪। নিম মচু (অতিযা মচু) | মীনুংশি, ৱাবেপ লৌবা, শেমগৎপা অমদি মশানা মশাবু ফোঙদোকপা। |
| ৫। অমুবা মচু | অৱা-অনা পোকপা। |
| ৬। অশংবা মচু | নহাগী ৱাখল, শক্তি অমদি লৌশিং। |
| ৭। মঙ্গ্রা মচু | অৱাংবা থাক। |
| ৮। নাপু মচু | পাঙ্গল অমদি খাংবা কনবা, লাযনা-চিন্নাদগী ঙাকথোকপা অমদি পুক্সিগী নুংঙাইবা। |
| ৯। পেক্রককৈ মচু | পুক্নীংগী ঈথক অমদি ৱাখল্লোন, অৱা মায়োক্নবা। |

অসুম্না মীবোল কযা, থেঙখাং থেঙখাং কযাদা মচুগী শক্তিবু শৈথানবক্কি। মতম অমদা দাবোগা (পুলিস) শিংনা কোকযেৎ অঙাংবা শীজিন্নহন্দুনা "মফম অদুদা কোকয়েৎ অঙাংবা শেৎপা কাংবুনা খোইবেন মশা পানব্রে" হাযদুনা মীগী পুক্নীংবু হেক্তা চিংশিনহনবা ঙম্বগী পুকচেল অসি মচুগী শক্তিননি।

দেবীগী পূজা কৎপদা অঙাংবা সিন্দুব, লৈ অমদি দেবীগী শাবি অঙাংবগী ফীজোল শেৎনবি। মতৌ অসুম্না হনুমান ঠাকুব হাযবা অথৌবা-তাক্লবগী শক্তম অসিদসু অঙাংবা মচুগী ফীজোল অমদি ফিবাল শীজিন্নবি। মসিনা তাকপদি অঙাংবা মচুদি অকন-অথৌগী ৱাখল্লোন্নি হায়বা অমা উবি।

খবা ঈংনা শক্তি লৈবগী মওং অসিনা হঙ্গাম্মপান নাপু মচুদা ঐখোয়না উবি। মীয়াম্না উবিবিবা শ্রীগৌবচন্দ্র মহাপ্রভু অমদি নিত্যাইনন্দ প্রভুগী হকচাংগী মচু অসিসু নাপু মচুনি। অমবোমদা অমুক মীনা লাকচবা য়াদনবা হিন্দুশিংনা পূজা কৎনবিবা বগলামুখি দেবীগী হকচাংগী কুচুসু নাপুনি। অমুকসু, নবগ্রহ মাপনগী মনুংদা তাইবঙ মীওইববু ঙাকপী-শেনবীবদা মপা লৈত্রবা শগোলশেন গ্রহ/গুরু/বৃহস্পতি গ্রহগী কুচুসু নাপু মচুনি। মবমশিং অসি য়েংলগদি ঈংনা-তপ্পপ্না শক্তি লৈবা মচুদি নাপু মচুনি হায়বসিনি।

অঙৌবা মচুদি পুকচেল শেংবা লাই/মীনা শেংনবা ফীজোলগী মচুনি হাযবসি মহাভাবতকী ভীষ্মনা প্রমাণ ওইবি। মঙোন্দগীবু হেন্না পুকচেল চেৎপা অমদি শেংববু পৃথিবীদা কনা লৈবিবগে? মপাবুংগী নিংবা থুংনবগীদমক ময়ূম-মকৈ পান্দবগা লোয়ননা নিংথৌসু মপুঙ্গিদা অমুক ওইবোইদবা হায়বা ফিদম্ল ীংঙাই ওইববা পান্দম অনীবু ফংখিবা দেবব্রতবু তাইবঙ কনাগা চাংদম্লগনি? মহাবাজ অশোক্কসু মপাবুং বিন্দুসাবাদা হায়খি "মচু পূম্লমক্কী নিংথৌদি অঙৌবা কৌবা মচুনি। মচু অতৈদি অঙৌবা কৌবা মচুদা তাংজবনি।"

---

# ৩

# অপাইবা দশা-লাংফম য়েংবা

মীওইবনা খ্বাইদগী পাম্মদবা থৌদোকশিংগী মনুংদা খঙহৌদনা শোক-পনবা, ফাবা-পুনবা, অকি-তুজুং নংদুনা পামদবা থৌদোক-ৱাথোক নংবা অসিনি। অসিগুম্বা মখলগী অৱা-অনা পীবা অসিবু পাঞ্জিগী লোন্দা 'অপাইবা দশা-লাংফম' হায়বগা খঙনৈ।

অপাইবা দশা অসি মখল-মথেল যাম্মী। অদুবু চাউবাক্রা মান্নবশিং পূনশিন্নবগা, মখাগী অসুম্না শন্নপ্না নৈনবা য়াই—

১। মৈ অমদি মৈশাগা মরী লৈনবা অপাইবা দশা

গ্রহশিংগী মনুংদা মশানা যাম্না কনবা মৈশা পীবা গ্রহ অনী লৈ। অমনা ববি গ্রহনি (নুমিৎ), অনীশুবনা মঙ্গল গ্রহনি (লৈবাকপোকপা)।

গ্রহ অনী অসিগী পাঙদবা ফত্তবা মতমদা মৈ অমদি মৈশাগা মবী লৈনবা দশা থোক্কল্লি। খূদম ওইনা হায়ববদা, মৈনা পোকপা, ঈশিং অশাবনা, থাউ অশাবনা পোকপা, যূমদা/ইমুংদা মৈহৌ-লাংপোক নংবা, নোংমৈনা বোম্না শোকহনবা, অকুম-লাইহৌ, হকচাং শাগৎপগী অনাবা দশা মতম অসিদা তৌগল্লি।

২। মহূ পানবগী অপাইবা দশা

বাহু অমদি কেতু গ্রহ অনী অসিবু মহূ পানবা গ্রহ হায়না খঙনৈ। গ্রহ অনীসিনা চাবা মতমদা মীওইবদা মহূ পানবগী অপাইবগী দশা অসি পীগনি।

লিন্না চীকপা, হূইনা চীকপা, খোইনা চীকপা, মহূ পানবা তীন-কাঙশিংনা চীকপা, হূ থকপা অসিনচিংবা মখলগী দশা অসি বাহু কেতুগী অপাইবা দশা মতমদা থোকল্লি। য়োংপীনা থিনবা, য়েতুম, তিংখংনা থিনবা-য়ূবা অমদি হূ কাবগী অনাবশিং দশা মতম অসিদা থোকল্লি।

৩। ঈ-নাই তাবগী অপাইবা দশা

তুশিনবা, মীগা খৎনবদগী ঈ-নাইবু তাববসু, থাঙ থাদুনা ঈ থোক্লবসু, হরাগাড়ীনবু ওইববসু থেংদুনা ঈ-নাই তাববসু অমদি কবিগুম্বা মখল অমদগী হকচাংদগী ঈ থোকপগী অপাইবা দশা অসি মকওইনা মঙ্গল গ্রহগী দশাগী মতমদা থোকল্লি।

অরাংবা ব্লদ প্রেসব, অনেম্বা ব্লদ প্রেসব অনী অসিনা ববি (নুমিৎ)গী অরাং-অনেম অনীগী খল কায়বকপদা নাদুনা স্ত্রোক, হার্ট ফেলনচিংবা অসি তৌগল্লি, থোক্লল্লি।

৪। নোংথক্তা/অরাংবদা খুদোংথীবগী অপাইবা দশা

নুংশিৎকী শক্তম লৌবিবা বাশিশিংদা ফত্তবা গ্রহশিংনা অপাইবা দশা পীবা মতমদা থোকপা দশা মখল খবা লৈবি — এবোপ্লেন কায়বা, উথক্তগী অমদি দলান অরাংবদগী তাবনচিংবা।

৫। ঈশিংদা তাবগী অপাইবা দশা

ফত্তবা চন্দ্রগী দশা মতম অমদি চন্দ্রনা ফত্তবা বাশি মফমদা লৈবা মতমদা ঈশিংদা তাবা, ঈবাক্লবা, ঈচেন্দা তাউথবা, সমুদ্রদা চেম্ববা, হি/জহাজ কায়বনচিংবা মখলগী অপাইবা দশা অসি থোক্লল্লি।

৬। শক্ল-শয়াং তেকপগী অপাইবা দশা

মকওইনা শনি গ্রহনা মীওইবগী শক্লগী শকক পুই। অদুনা শনিগী পাঙদবা অপাইবা দশাদগী মীগী শক্ল-শয়াং তেকল্লি-লৈথেক্লল্লি।

অদুগা বাহু কেতুগুম্বা ঙহাক ঙহাক্কী অপাইবা দশা পীবা গ্রহ অনীগী মতমদসু তুশিন-খোৎচীন্দুনা শক্ল-শয়াং তেকপগী অপাইবা দশা অসি থোক্লল্লি।

## ৭। হূরান-চীম্থীগী অপাইবা দশা

পোৎমাঙ-চৈমাঙ নংবা, তাহৌবা, মীনা পোৎ-লন মৎপিবা অসি অসিগুম্বা দশা মখল অসিদা চিংঙি। মকওইনা বাহ্-কেতু-শনিগী ত্রিপাপ দশা তাবা চহীদা অসিগুম্বা মখলগী অমাঙ-অতাগী ফল অসি থোক্কল্লি।

মৈতৈগী চৎনবীদা কেতু লৈখূন তৌবা, লৈশা লৈবা হাযবা বাহে খবা লৈবি। অসিগুম্বা ফত্তবা তাবা নুমিৎশিং অসিদা মকওইনা লৈবাক তৌবা ফত্তে। কবিগুম্বা তৌববদি অমাঙ-অতা নংবা, পোৎমাঙ-চৈমাঙ পীগনি হায়বগী থাজনবী লৈবি।

## ৮। অতৈ অতৈ অপাইবা দশাশিং

মথন্তা শিজনীংলকপগী ব্রাখল লাকপা, মীগী মপোৎ-মখল হূবান্নীংলকপা, মীগী নুপা-নুপী ঙাঙননীংলকপা, ফত্তবা বেপকী থবকশিং পান্নকপা কয়াসু অপাইবা দশা মখল অসিদা পূনশিনবা য়াই।

**ব্রারোইশিনঃ** অসিগুম্বা অপাইবা দশা অসিদি পাঞ্জিনা মী মীদুগী কুঠিদগী কবম্বা গ্রহ দশানা অপাইবা দশা পীবা য়াবগে হায়বদু নৈনবিবগা, ঙাক্ল-কন্নবা উপাই প্রতিকাব, অজ্জা-পূজা পীবিগনি।



# ৪

# পাঞ্জি বিদ্যাগী চন্নফম

**সাইন্সকী** যুগ অসিদা পাঞ্জি-কনক যেংলুবগী কবিবু কান্নবগে হাযবা ব্রাখম্লোন অসি লাইবিক-লাইশু মতীক চানা হৈববা মীওই কয়া ফাওবনা খন্নবি। অমুক্কসু হাযনবি--"পাঞ্জিগী ইমুং-মনুংদা না-যেক্ত্রববা অমদি অৱাবা দশাকা মতাদ্রববা ?"

ইহান হানবদা নৈনগদবা ব্রাফমদি গ্রহগী ইথিল অসিনা মীওইবা জাতিদা যৌৱা নৎত্রগা যৌদববা হাযবসিনি। ইবায লাযনা হায়ববদা নুমিৎ, থা অমদি থৱান্মিচাক কৌবা পোৎলম অহুম অসিগা মীওইবগা মবী লৈনদে হায়বা সুকয়া যাবোই।

King Lear গী ৱাহৈদু অমুক্তং নীংশিংসি :--

"It is the stars, the stars above us govern our condition" মুণি-ঋষি কয়া কযানা, লনাই অমদি কাঙলুপ-কাঙলুপকী মীওইশিংদা গ্রহগী ইথিন্না মীওইবদা কবম্বা শাফু পীবগে হায়বদুদা মীৎয়েং চঙখ্রবনি। অসুম্না চহী-চা কয়া কযা চাংযেংলবা তুংদা বাশি চক্রদা কবম কবম্বা গ্রহশিং পূনশিন্নবগা কবম কবম্বা থৌদোক-ৱাথোক থোকখিবগে হাযবদু খঙখ্রবনি। অদুগুম্বশিং অদুদগী ঋষিশিংনা পাঞ্জিগী লাইবিক ওইনা ইবিবম্বনি।

হৌজিক ঐখোযনা পাঞ্জি বিদ্যানা লাউবিবা খোল্লাউ অসি অমুক্তং য়েংসি :--

১। নিপান্নি পানবা থাবান্দা কনাগুম্বা অনাবা অমা লায়েংবনা খ্বাইদগী ইহেন হেন্না ফৈ। ফবা ঙমদ্রবা অনাবা, থাবান অসিদা লায়েংবা হৌববদি শোয়দনা ফগনি।

২। থাশি মযাদা উ-ৱা ককথৎলবদি থুনা চোংখৎপা ঙমদে।

৩। লাইকুপ অমদি লাইজাউ থোকপদা মঙ্গল গ্রহগা হকথেঙননা মৰী লৈনৈ।

৪। পূর্ণিমা নুমিৎকী নীনি মমাঙদা থাবা চুজাক্লা খ্বাইদগী হেন্না ফজনা হৌই।

হৌজিক অমুক মথক্কী মৰম মৰি অসিদা পাঞ্জিগী ওইবা অচুম্বা মৰমশিং লৈৱা হাযবা যেংসিঃ—

১। থাবান নিপান্নি পানবদা নুমিৎকা থাগা দিগ্রী ৯০ লাপ্লবদা, হকচাংগী মহীগা চিংশিন্নবা ৱাৎপা মৰমদগী হকচাংদা লৈবিবা ঈগী ফীবম ঈংনা লৈবনা নুমিৎসিদগী লাযেংবা হৌবা/হীদাক চাবা-থকপা অমদি কাপ্পনা খ্বাইদগী কান্নে অমদি কান্নবা ফংঙি। লাযেংবনা ফবা ঙমদ্রবা অনাবা ফাওবা নুমিৎসিদা লাযেংবা হৌববদি ফৈ।

২। ডাঃ এল কোলিস্কোনা থাগা পাম্বীগা লৈনবা মৰীদা চাংযেং তৌখ্রে। মদুদা ফংবা ফলদি থানা মপাঙ্গল কনখৎলিবমখৈ পাম্বীগী মপাঙ্গলসু কনখৎলি অমদি থানা শিথবক্লিবমখৈ পাম্বীগীসু মপাঙ্গল শোন্থবকই। মৰমসিদগী থাশি মযাদা উ-ৱা ককথৎলবদি থুনা চোংখৎপা ঙমদে।

৩। মঙ্গল গ্রহনা পৃথিবীদা হেক নকশিল্লকইবা মখৈ গ্রহ অসিগী অনাবা লাইচৎ থোকহল্লি। গ্রহ অসিগী খ্বাইদগী থোক্কনবা লাইচৎ অমদি লাইকুপ থোকপা অমসুং লাইজাউ থোকপা হায়বসিনি।

৪। থাগী খোঙচৎতা তবাহুমদোইনি পানবা হাযবদি পূর্ণিমা নুমিৎকী নীনি মমাঙ অসিদা থানা মনা-মশীংদা পীবা কান্নবা অসিনা খ্বাইদগী হেনবা মৰম্না নুমিৎ অসিদা থাবা চুজাক্লা খ্বাইদগী ফজনা হৌবগী মৰমনি।

পাঞ্জিগী ওইবা ৱাবম মবি অসি নৈনদুনা য়েংবদা, গ্রহশিংগা মীওইবা অমদি মনা-মশীংগী পুন্সিগা হকথেঙনবা মবী লৈনৈ হায়বসি ময়েক শেংনা উবে। অসুম্না পাঞ্জিগী ৱাবমশিং অসি সাইন্তিফিকেল ওইবা মীৎযেংদা চুম্মী হায়বসি প্রমাণ তৌববনি।

তোহো যুনিবর্সিতিগী মেকী যাকাতাগী মোত মতুং ইন্না নুমিৎকী মণ্ডালনা মালেম পৃথিবীদা হকথেঙননা য়ৈবকপা মতমদা মীওইবগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈগী ঈচেল অসি কনখৎলকই অমদি গ্রহণ মনুংদা থানা নুমিৎপু কৃপশিনবা পৃংজা মনূংদা মীওইবগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈগী ঈচেল অসিসু মপাঙ্গল শোম্নবকই হায়বা ৱাফম মীযামদা খণ্ডহনৱবনি।

অসুম্না মীওইবগা, নুমিৎ অমদি থানচিংবা অতৈ গ্রহশিংগা অনকপা মবী লৈনৈ হাযবসি সাইন্তিষ্টশিংনা চাংয়েং কয়া তৌদুনা উৎত্রবনি। মবম অসিনা পাঞ্জি বিদ্যা হাযবসি পণ্ডহাযদা হায়জিনবা য়াবা বিদ্যা নত্তে হাযবসি অচুম্বনি।

নৈনবা যাবা হীবম অমনা গ্রহশিংগী ইথিলগা লম অমগী ঈশিং-নুংশিংকী ফীবমগা শাগোন্নৈ হায়বসিনি। অমুকসু মীওইবগী হৈনিংবা হৈনিংদবা, বুদ্ধি-লৌশিং চাওখৎপা নংত্রগা চাওখৎতবা হায়বসিসু লম লমদুগী ঈশিং-নুংশিংকী ফীবমগা হকথেঙননা মবী লৈনৈ। মবম অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা পাঞ্জি বিদ্যাগী চন্নফম শকক যাম্না চাউনা কন্দুনা লৈ হায়বসিনি।

**থাগী থাবান্দা ৯ নি পানবা ১৯ নি পানবা অমদি ২৯ নি পানববু করি মরমগী ফত্তে হায়নরিবনো ?**

পাঞ্জিগী লোন্দা থাবান ফত্তবা/বিক্তা তিথি হায়দুনা নুমিৎ ৬ লৈ। মখোয়শিং অদুদি :- ৪ নি পানবা, ৯ নি পানবা, ১৪ নি পানবা, ১৯ নি পানবা, ২৪ নি পানবা অমদি ২৯ নি পানবশিংনি। অদুবু মৈতৈশিংনা মহৌশাদগী থাবান ৯ নি পানবা, ১৯ নি পানবা, ২৯ নি পানবদা হেন্না লুনা লৌনবনা, থাবান অহুম অসিদা অফবা থবক তৌনদে অমদি ময়ূম পাল্লবী নিঙোলশিংনসু অশি-অনা থোকপা নংত্রবদি মপামদা চঙনদে।

মৈতৈশিংনা ৪।১৪।২৪ নি পানবা থাবানশিংদদি কয়া হকচীন্না লৌনদে। অমবোমদা হায়বিবা থাবানশিং হায়বদি ৯।১২।১৯ নি পানবদা লাইনা লৌবুক্তা/ লৌকমদা লৈবনা ইহান হানবা লৌ খোইবা, লৌ পেংবা, লৌ খাওবা, লৌ য়েবা, ফৌগৌবা অমদি লৌবী শাবগী থবক্চিংবা অমত্তা তৌনদে। অদুগী মথক্তা লৌ শূবী নুপীশিং কনাগুম্বনা মশা ওল্লক্তবদি ওসিদি ৯ নি পানবনি লৌ কুম্মবোই হায়দুনা শিম্থা লেপ্পবসু য়াওবিবনি।

৯ নি পানবা, ১৯ নি পানবা অমদি ২৯ নি হায়বিবা থাবান অহুম্মক অসিসু ঈ-খুদেং তাবা হায়বদুসু থোকই। ফত্তবা মবমসি লৈবনা হায়বিবা থাবানশিংদা অপোকপা খুকম্বা অমদি লাই হবাওবা হৌবা/লোইবগী থৌবমশিংসু থায়নদগী তৌনবক্তে।

মথক্তা ইজস্ত্রিবা ফত্তবা মবম ময়ামশিং অসি লৈবনা ৯ নি পানবা, ১৯ নি পানবা অমদি ২৯ নি পানবা অহুমসিবু পাণ্ডদবনি-ফত্তবনি হায়দুনা লৌনবিবসি।

**অঙাং অমগী চউম্বা কবম কবম্বা থাদা, থাবান্দা অমদি নুমিৎতা তৌগনি?**

চৎনবীগী মতুং ইন্না অঙাং অদুনা নুপা ওইববদি থা ৬, ৮, ১০ অমদি ১২ দা চউম্বীগনি। কবিগুম্বা থা ১২ হায়বদি চহী হেনগ্রবদি মতম হেনবগীদমক ঈশ্বরদা কবিগুম্বা পোৎশক অমা ৱাকোংবা নৎত্রগা প্রতিকাব ওইনা কৎচবগা চউম্বগী থৌবম পাঙথোকপিগনি। অঙাং অদুনা নুপী ওইবগনা থা ৫, ৭, ৯ অমদি ১১ দা চউম্বীগনি। অদুবু কবিগুম্বা খুদোংচাদবা নৎত্রগা ফবক তাবা অমদগী অবোইবা থা হায়বদি থা ১১ হেনগ্রবদি ঈশ্বরদা কবিগুম্বা পোৎশক অমনা ৱাকোংজবা শক্লা নৎত্রগা প্রতিকাব ওইনা কৎচবগা লোয়ননা অপাম্বা নুমিৎ অমদা চউম্বগী থৌবম পাঙথোকপিবা য়াবে।

মণিপুরগী কাচিন-কোয়া খবদা ইশম-শম্বা চউম্বগী চৎনবী অমা লৈবা থেংনৈ। মদুদি অঙাং অদুনা থা ৩ হেক শুবা মতমদা চউম্বীবা অমদি নুমিৎসু অঙাংদুগী মপোক নুমিৎতগী থীবগা ৬ নি শুবা ইপান/ষষ্ঠী নুমিৎতা

হেক্তা চউমশিনবা য়াবে হায়বসিনি। হায়বিবা মোত অসিদি পুবাণশিংগী মোতকা চান-চূনবা ব্বাংলি। ইন্দ্রপুবাণগী মোত মতুং ইন্নদি অঙাংগী মপোক নুমিৎ, মপোক্কী বাশি তাবা নুমিৎ অমদি মপোক্কী থব্বান্মিচাক তাবা নুমিৎতা চউম্বা পাঙদে হায়বি। অদুগীসু মথক্তা লৈবাকপোকপা অমদি থাংজ হায়বা নুমিৎ অনী অসিদসু চউম্বা ফত্তে হায়বি।

পাঞ্জিগা তান্নবিদনা অমদি অঙাংদুগী কুঠিসু য়েংবিদনা চউম্বীগে হাযববদি থাগী তৎনবা নুমিৎ নত্তবশিং, মপোক নুমিৎ, লৈবাকপোকপা—থাংজ নত্তবা নুমিৎতা অমদি মীয়াম্না থাবান ফৈ হায়না থন্নবিবা ২।৩।৫।৭। ১২।১৩ নি পানবা থাবানশিংদা চউম্বীবা য়াই।

নুপামচাশিংনা লুগুন থাংবগী নুংগী অর্থ করিনো ?

যূম অমগী তুংগী যূম্বুবেল ওইবক্কদৌবিবা, পাখঙ শাবেপ ফাবক্লিবা নুপামচা অমদা মহাক্কী দাযত্ব-থৌদাং খঙহনবনা লুগুন থাংবগী নুংগী অর্থনি। নুপা অমা ওইবা মপোক্তা, মাগী মথক থোংবা গুরুজন অহুমগী লমন তোনশিন্দুনা পোক্লকই। হায়বিবা লমন মখল অহুম অসিবু শিংবা ঙমজগে হাযবা ব্বাখল নুপামচাদুগী পূক্নীংদা/ব্বাখন্দা পোকহনবগী ব্বাখল্লোন শাগৎপা অসি লুগুন থাংবগী থৌবমদা পাঙথোকই।

অ! মমা-মপাগী লমন শিংবাঃ

লুগুন থাংবা নুমিৎতুদা নুপামচাদুনা ইহান হান্না খনগদবা লেপকদবা ব্বাখন্দি 'ঐবু পোকপিবিবা ইমা-ইপাগী লমন শিংবা ঙমজগে' হায়বসিনি। ব্বাখল খনবতা নত্তে, ঈশ্ববদা হায়জবতনসু য়াদ্রি। মহাক্না ব্বাখল অসি থবক ওইনা পাঙথোকপা হৌবা তাই।

আ! ওজা-গুরুগী লমন শিংবাঃ

অনীশুবদা, লুগুন থাংলিবা নুপামচাদুনা নীংগদবা/খনগদবা অমদি ঈশ্ববদা হাযজ-নিজগদৌবিবদি—'ঙসিদগী ঐনা ঐবু তাকপী-তম্বিবকপা ওজা-গুরুশিংগী লমন শিংবা ঙমজগে' হায়বা ব্বাখল্লোন অসিনি। মীওইবদি তমদনা হৈবা য়াদে। মহৈতনা মীওইবগী লৌশিংগী থাউমৈবু চূখৎপিবনি।

লোযন-লোয়ননা অচুম-অবান মশক খঙহনবিবনি। মবম অসিনা ওজা-গুরুগী লমন শিংজবা অমদি মখোযদা তৌবিমল খঙবা উৎপা হাযবসি যাম্না মক ওইবা ব্রাফম অমনি।

**ই! ঈশ্বরগী লমন শিংবাঃ**

অহুমশুবা অমদি অবোইবা ওইবা, নুপা অমা ওইনা পোক্লগা তাইবঙপানসিবু শেম্বীবিবা ঈশ্বর মহাক্কী লমনবু শিংজবা হাযবসিসু লুগুন থাংলিবা নুপামচাদুগী থম্মোযদা পোকহনবা তাই অমদি পোক্কদবনি। পুক্সিবু হিংনবা চীঞ্জাক অমদি শিল্লম-শিল্পা পীবিবিবা, অমম-অঙান খাযবিবিবা ইবুংঙো মঙোন্দা তৌবিমল উৎচবগী ভক্তি অমদি ব্রাখল্লোনগা ইবোযননা ইকোক নোন্না প্রভু মাগী খুযাখাদা চঙজবা তাই।

---

# ৫

# শজিবু চৈরাউরমদাইদা কুঠি য়েংবগী চৎনবী

ঐখোয়গী লাই ওইশ্লবা লাই ওইশ্লবী ইপা,ইপু-ইবেনশিংনা নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা শজিবু চৈবাউবমদাইদা কুঠি য়েংবগী হৈনবী অমদি চৎনবী অমা ওইনা থম্নীবম্বা অসি ঙসি ফাওবা চৎনবক্লি। চৎনবী অসিগী কান্নবা অমদি খুদোংচাবা কবি কবি লৈবগে হাযবদু ঙসিগী অমদি তুংগী মীবোললনা নৈনবা মথৌ তাই।

পাঞ্জি অমনা কুঠি অমুক্তং পাযবা হাযবসি ৱার্কশোপকী মেকানিক অমনা গাডী অমুক পাযবগুম্বনি। বাশি চক্র অদুতং যেংবদা পাঞ্জি অদুনা মীদুগী মপোক-মযিগী ফল অদুমক মখঙলবনি। চহীগী মতুং ইন্না লাক্লিবা ত্রিপাপ চক্র, যুগ, ফম্ফম, কালমৃতু মাযকৈ, মৃতু অমদি যেক্লবা মাযকৈ, মশাগী অতাবী অদুমক লৈববনি। অদুগী মথক্তা দশা-লাংফম অমুক্তা যেংথববদি কৃপথবা ফল অদুমক খঙলগনি।

ইংলিসকী পাউবৌদা, 'Old is Gold' হায়বদুমক ঐখোযগী অহলশিংনা চৈবাউবমদাইদা কুঠি যেংবা অসিগা প্রমাণ তৌবা যাই। অফবা ওইববদি অবিবা চৎনবী ওইববসু অদুমক লৌশৎপা তাবনি।

হৌজিক হংনীংলিবা ৱাহংদি—কুঠি যেংলগা দশা ফত্তে/ফল ফত্তে হাযবগনা কবি কান্নগনি ? পাঞ্জিগী প্রতিকাবনা দশা যৈথোকপা ঙম্লবা ? মসিগী ৱাহংসি চহী নৌবিবা অঙাংশিংগী ৱাখল্লোননি অমদি মীৎয়েংনি।

ঐখোযনা পাঞ্জিগী শিনফম অসি তৌজবকপদগী প্রতিকাব পীজবা অসিদগী কান্নে হায়বা মীশক, মমিং অমদি লৈফম্লচিংবা তাকপা অমদি ফোঙদোকপা ঙম্বা হিংলিবা মীওই কয়া অমা লৈ। তৌবতবু প্রতিকাব তৌবদা খনগদবা, চৎকদবা অমদি তঙাইফদনা ঙাকপিগদবা নীতি-নিয়ম খবদি লৈ। মসিগী মতাংদনি ঈশ্বরগী কৃপা লৈবা/ফংজবা নৎত্রগা সিদ্ধি ফংবা হায়বগী ব্রাফম লাক্লিবসি।

ব্রাফম অসি নৈনবা তাববদি ফিলোসোফী অমদি লোজিক অনীমক শীজিন্নবগী দবকাব লাকই। ইহান হানবদা, খন্নবা য়াবদি ঐখোয়গী অশেংবা পুন্সিগী লীলা অসিবু ইবিবা অমদি শীক্লিবা শকউদবা মবুংঙো অমননি হায়বসিমদি মীয়াম পূম্নমক্কা য়াবিগনি। মপু ওইবিবা মহাক্না, ফত্তবা দশা-লাংফম খবা পীগে হায়না হান্না খল্লন্নবসু, মঙোন্দা খবদং নুংশিবিনবা মহাক্না পামজবা পোৎলম খবদং প্রতিকাব ওইনা কৎচবনা মপু মানা খবদং ওইববসু নুংশিবিবকপা তাবনি।

হৌজিক লুবিবা ব্রাফমদি, কনাগুম্বা অমদা হায়জ-নোঞ্জবা তাববদি মফম-মতম অমদি ফীবমগী মখা পোনগনি। মসিগীদমক অফবা পুংফম-খেনফম হায়বদু দবকাব ওই। মতৌ অসুম্না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবগীসু অফবা খেনফম যেংবা তাই। মখা তানা লাক্লিবা ব্রাহং অমনা, প্রতিকাব তৌবা হায়বসি অকক্লবা মতম অমদি নুমিৎ মশীং লৈববা হায়বসিনি। রামায়ণনা পীবিবা প্রতিকাব তৌবগী মতমসি নুমিৎ ৪০ নিগী মতমনি। লালকীতাব কৌবা পাঞ্জিগী লাইবিক্লা নুমিৎ ৪২ নি চূপ্পা প্রতিকাব কৎপগী মোত পীবি। অতোপ-অতোপ্পা লাইবিকশিং অমদি পণ্ডিতশিংনা তোঙান-তোঙানবা মোত কযা হীবম অসিদা পীবি। অদুগা লাইখুকম্বা অমদা চঙলিবা পোৎচঙ চৈচঙসু যেংবা তাই থিবা তাই অমদি নৈনবসু মথৌ তাই। নব গ্রহ ৯ অসিগীসু তোঙান-তোঙানবা অপাম্বা লৈ। খবদং নৈনদুনা য়েংসি।

১। রবিনা—যাইঙং তোৎজবা চেঙ পাম্মী,

২। চন্দ্রনা—শঙ্গোম অনৌবা পাম্মী,

৩। মঙ্গলনা—সিন্দুব যাওববা ঈশিং পাম্মী,

৪। বুধনা—সিতামিশ্রী পাম্মী,

৫। বৃহস্পতিনা—থোইহী পাম্মী;

৬। শুক্রনা—চহাও অমুবগী ক্ষীব পাম্মী,

৭। শনিনা—উবীক-লুগুন পাম্মী,

৮। রাহুনা—সিং মহী পাম্মী অমসুং

৯। কেতুনা—যুবী মহী পাম্মী।

মতৌ অসুম্না ববিগী অপাম্বা পোৎ অতৈ কয়াসু লৈবি। সুর্য্যদেববু খুবম্বা অমদি পূজা তৌবগী খ্বাইদগী ফবা মতমসি নুমিৎনা তবং তবং খোঙদোয হুল্লকপা মতমনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংগী মোত পীবি। মতৌ অসুম্না শনি খুবম্বগী অফবা মতম অসিদনা মোত অনী থোক্না লৈ। অহানবা মোতনা, নুমিৎ তাগদবা ব্রাৎলিবা পূং অনীগী মতম অসিনা শনি খুকম্বগী অফবা মতমনি হায়বা মোত অমা। অদুগা অতোপ্পা মোত অমনা, সন্ধ্যাকাল হায়বদি সন্ধ্যাগী অমম-অঙাল শিন্নবা মতম অসিনা শনি খুকম্বগী খ্বাইদগী অহেনবা অথোইবা অফবা মতমনি হায়বসিমগনি।

অফবা নৎত্রগা ফত্তবা হায়বা ব্রা অসিদি মী মীগী মখা পোনগনি, মী খূদিংমক্কী অফবা মান্নবোই, ফত্তবসু মান্নবোই। প্রমাণ ওইনা হায়ববদা, কনাগুম্বা মীওই অমগীদমক্তদি হঙ্গাম হায়বা ইনশাং অসি যাম্না ফবা চীঞ্জাক ওইবা যাই। অদুবু হঙ্গাম হায়বা চীঞ্জাক অসি কনাগুম্বা অমগী মফমদদি অনা-অযেক পীবা, যাম্না ফত্তবা চীঞ্জাক অমা ওইবসু যাই।

মতৌ অসুম্না কুঠি য়েংবা হায়বসি মী মীগী ওইনা অফবা-ফত্তবা হায়বা ব্রাফমসি অখন্ননা য়েংবা মীৎয়েংনি। মবম অসিনা, য়েলহৌঙৈদগী ঐখোযগী লাই ওইখ্রবা অহল-লমনশিংনা শক্তিবু চৈবাউবা মমাঙদা কুঠি য়েংবসি অফবা থবক্কি অমদি কান্নবা মবমনি হায়না খন্দুনা চৎনবী অসি ঙসিগী মীবোলফাওবদা থম্বিবক্কিবনি।

চৈবাউবা মমাঙদা কুঠি য়েংবগী কান্নবা খবদং মীয়াম মমাঙদা খন্ন-নৈনবীনবা থমজবি--

**অহানবদা,** মাঙজৌননা চহী অমগী অফ-ফত্ত মশাবু খঙদোকহন্দুনা, মশা মথন্তা খন্ন-নৈনজবা ঙমহল্লি।

**অনীশুবদা,** মশাগী থৱান্মিচাক্কী তাফম/লৈফম খঙজদুনা চহী অসিদা অফবা অতোংবা ওইগদ্রা, ফত্তবা অমাঙবা ওইবা চহী ওইগদ্রা হাযবদুসু হান্ননা খঙজবা ঙম্মী।

**অহুমশুবদা,** চহীগী ওইনা বাশিগী লাকপা, চৎপা অমদি অবেন্বা খঙদুনা চহীগী ওইবা প্লানিং তৌবা ঙমহল্লি।

**মরিশুবদা,** দশা-লাংফমগী ফীবম হান্ননা খঙহনবিবা ঙম্বনা মবম ওইদুনা লাক্কদবা দশা-লাংফম থেংননবা, ঙাক্নবা অমদি মীৎ-নাকোং শিংনা থৌবাঙ তৌবা ঙমহল্লি।

**মঙাশুবদা,** পাঙদবা/ফত্তবা দশা-লাংফম তাবন্নবসু ঙাক্নবা প্রতিকাবগী পাম্বে কযা তৌজদুনা চহীগী ওইবা অফবা ফল তাহ বিবা যাই।

লাক্কদৌবিবা চহী অদুগীদমক মৈতৈশিংনা চৈবাউবা নংনবা কুঠি য়েংনবগী চৎনবী অসিদা পাঞ্জিশিংগী মীৎযেৎ অমদি প্রতিকাবগী মবমদা মীযাম পূন্না খঙমিন্নবা যাম্মা দবকাব ওই।

কলি যুগতদি 'নক্ষত্র দশা' থৱান্মিচাক্কী লাংফম্না শ্বাইদগী অথোইবনি/মরুওইবনি হাযনা জ্যোতিষ/এস্ট্রোলোজীগী লাইবিকশিংদা য়াওবি। মী অমনা পোক্লকপা মতমদা অখন্নবা থৱান্মিচাক অমগী মখাদা পোক্লকই। হাযবিবা অসিবু পাঞ্জিশিংগী লোন্দা জন্মনক্ষত্র/বার্থস্তাব/মপোক পুবা থৱান্মিচাক হাযনা কৌই। জ্যোতিষনা চহী চহীগী ওইনা মপোক পুবা থৱান্মিচাকশিংনা মফম কদায কদাযদা লৈবগে হাযবদু লেপ্পী অমদি লৈফমগী মতুং ইন্না অফ-ফত্তগী ফলসু পীনৈ।

পাঞ্জিগী চৎনবীদা থৱান্মিচাক ২৭ লৈ। মখোযশিং অসিগী মমিংশিং লৈ অমদি অঙ্ক মশীংনসু অদুম চৎনৈ। হাযবিবা থৱান্মিচাক ২৭ অসি

থবাম্মিচাক ৩/৩ না খূজিং অমমম ওইবগা, চহী চহীগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা মফম ৯ দা লৈনৈ। মসি চহী খুদিংগী ওইনা হোংঙি। অকক্লবা খূজিং শেন্নগী নিয়মসু লৈতে। অদুবু চহী খুদিংগী অখন্নবা থবাম্মিচাক ৩/৩ দি মখাগী অসুম্না তোঙান-তোঙানবা মফম ৯ গী ফল অমদি প্রতিকারগী মতাংদা অমুক মীৎয়েং তাবিবসিঃ--

১। **পর্ব্বতঃ** থবাম্মিচাক্না চীংদা তাবা।

**ফলঃ** অৱাংবা কাখৎপা হায়বদি চাওখৎপা ওইবা, ধন-লন্দসু ফগৎপা, হেন্সৎপা অমদি মবম কয়াদা কান্নবা ফংজবা অসিনি। ইশাগী থবাম্মিচাক্না চীংদা তাবা চহীদি সার্বিস তৌবা মীওই ওইবগা প্রমোসন ফংবা, অচৌবা—মথক থোংবনা চানবিবা, শকখঙ-মাযখঙবিবা ফল পী, মহৈবোযশিংনা বিদ্যা-মহৈ তম্নবদসু বুদ্ধি-লৌশিং চাওখৎপা, পজেঙ-ফীবাল থেৎপা, পাখঙ-লৈশাবীগীসু নুংশি-নুংওলগী লমদা মবী ফবা অমদি থুংনবা যাবগী ফল পী।

অফবা ফল পী হায়দুনা পাঞ্জিশিংনা থবাম্মিচাক্না চীংদা তাবা চহীদা প্রতিকার পীনদে।

২। **চক্রেঃ** থবাম্মিচাক্না চক্রদা (Disc) তাবা।

**ফলঃ** চক্রনা শিংকুপ শানা ককপগুম অমাঙ-অতা থোকহল্লি। মী অদুগী মপোক পুবা থবাম্মিচাক্না চক্রদা তাববদি মকওইনা লন ময়েং তাবগী ফল পী, পূক্লীং-হকচাংসু মযেং তাই অমদি লাইবকসু ময়েং তাই। মহৈবোয়শিং, শিনফম কাববাব তৌবশিংগীসু চহী অসি পাঙদে। পাখঙ-লৈশাবীশিংগীদি নীংবা কায়নীংঙাই ওইবা ফীবমদা লাক্কল্লি।

**প্রতিকারঃ** অসিগুম্না থবাম্মিচাক্না চক্রদা তাবগী অৱা-অনা, অমাঙ-অতাগী পীবিবা ফল অসি কোক্লবা পাঞ্জিগী প্রতিকারদি ছত্র/ফীবাল অঙৌবা/ছাতিন/পে (পোৎলম ময়ামসিদগী থবায়না পামজবা পোৎলম অমখক খনবিবগা) থম্মোয় শেংনা ঈশ্বরদা কৎপিদুনা কুমশি চহীগী ওইনা অমাঙ-অতা অমদি নীংবা থুংদবগী ফল পীবিদনবা থৌনিজগনি।

৩। **ক্রোডেঃ** তম্পাক (ইমাগী তম্পাক) তা ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা তাবা।

পলেম ইমাগী তম্পাক্তবু ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা তাজববদবু কবিবু শোয়নীংঙাই-ৱানীংঙাই লৈবিবগে ? ইশাগী মপোক পুবিবা থৱাম্মিচাকনা ইমাগী তম্পাক্তা তাবা কুমদি শোয়দ-ঙমদবা, ইমানা ঙাকপী-কনবিবা অমদি নুংঙাই-য়াইফবা, পুক্লীং লুম্না ইথৌ-শিন্থা পাঙবা য়াবা চহী হায়বদু ওইবে।

অফবা চহীনি হায়দুনা ইশাগী মপোক পুবা থৱাম্মিচাক্লা তম্পাক্তা তাবগী প্রতিকাব পঞ্জিশিংনা পীনদে।

৪। **সমুদ্রেঃ** ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা সমুদ্র ঈথোন্নুংদা তাবা।

ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা ঈবোন্নুংদা তাবা হাযবদি ঈবাক্লবা হায়বনি। লাইজ-ঈশিংনুংদদি লেম্লেঙা খক্তনি হৈনজবিবা অমদি ঈশিংদা চাক্তাজবা উচেক্তনি নুংঙাইবিবা। অতৈগীদি ঈবাক্লবা, হৈনজদবা অমদি অৱাবা ঙাক্তনি।

**ফলঃ** ৱাখলগী ইবৈদা ঈবাক্লবা, পুক্সিগী চহী মতাং অসি বুদ্ধি-লৌশিং থোক্তবা, কুম অসি খনফম তৌফম খঙদবা অমদি লৌশিং মৈবাগী থাউ কংবগা পাংখক্লবনি।

**প্রতিকাবঃ** থৱাম্মিচাক্লী লৈফম পাঙদবা অসি কোক্লবগীদমক ঈশ্বরদা/তাইবঙ মপুগী খুযা চবন্দা যুমদা পানবা উহৈ-ৱাহৈ নৎত্রগা সনা কৈথেলদগী লৈবা তাবগা চবোং চুম্বা হৈবী/অঙ্গুব অমদি ফৌ (ফৌ চবোং) কৎপিয়ু। মসিগী নুংগী অর্থদি তাইবঙ মপু মঙোন্দা অচুম্বা হৈবী/অঙ্গুব/ফৌ কৎচবসিনা ৱাখল-লৌশিং অসি চবোংগুম চুমহনবিয়ু, বুদ্ধি-লৌশিং থোকহনবিয়ু হাযনা থৌনিগনি।

৫। **স্বর্গেঃ** লাইবৈবাক্তা/স্বর্গদা ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা তাবা।

নুংঙাইবদা হাযনবিবনি, প্রমাণ তৌনবিবনি—"স্বর্গগী লৈকোল, স্বর্গগী হৈকোল, স্বর্গগী নুংঙাইবা মফম অসিদদি কালেন অমদি নিংথমথা অনীগী খেন্নবা লৈতে। চহী চুপ্পা বসন্ত ঋতুতমক মবৈ। চহী চুপ্পা হৈপালদা

চবোং চূম্না চূম্না হৈবাংশিংনা পাল্লি, মনম নুংশি-নুংশিববা স্বর্গগী লৈবাং কযা কয়াগী লৈনম্না চহী চূপ্পা থৌগল্লি।"

হাযবদি চহী অসিদি অফবা-নুংঙাইবা যাইফবা পীবা চহী কুমজানি হাযদুনা পাঞ্জিশিংনা থরাম্মিচাকশিংনা স্বর্গদা তাবা চহীগী ওইনদি প্রতিকাব পীনদে।

৬। **গগনেঃ** অতিযাদা/অহাংবা মালংদা ইশাগী থরাম্মিচাক্লা তাবা।

জ্যোতিষনা ইশাগী থরাম্মিচাক্লা অতিযাদা তাবা কুমদা মীওই অদু ইকাই-নুংশিবা নংগনি, মীমাঙ ফমগনি, চোপকনি, মীনা কবেম-কথাইবিগনি হাযবা ফল পীবি। মবমশিং অসিনা থরাম্মিচাক মফম শোক্লবা, মহৈবোযশিংনা মহৈ-বিদ্যা তম্বদা ইকায-নুংশি নংদনবা লাইবিক কন্না পাবা তাই। শিনফম পাযবিবিবা/পাযবিবিবীশিংনসু হৈ-শিংবা রাখল পুথোকপিদুনা মথক-থোংবশিংগা যানবা অমদি মখোযনা পীবা শিন্থাদা মবৈ তৌনদনা, যাম্না থম্মোয শেংনা থবক শূবিযু। মীমাঙদা চোপ্লা যাবা চহীগী ওইবা থরাম্মিচাক্লী ফল লৈ হাযবা কাউবিগনু। শাবী-শানৌশিংনসু খোঙথাঙ হৈনা চৎপিযু। অমনা অমগী চিংনবা রাঙাঙ-শাজৎ চহীসিমদি চৎপী-তৌবিগনু। খোঙথাঙ অমা, বাঙাঙ অমা, মীৎযেং অমা হেক শোযবদা ইকাই-নুংশি ফিব্দক খুম্বা হাযবা দশাদু ফংবগী খ্বাইদগী ওইথোকপা যাবা চহী কুমজা হাযবদু ওইবি।

'অঙাং লক্লবা চোপ্লা নংঙি' হাযবা পাউবৌসিনা চহীসিগী অদোমগী মন্ত্র ওইবিযু।

**প্রতিকারঃ** অসিগুম্বা পাঙদবা ফলশিং অসি পীবিদনবা তাইবঙ মপুদা পোৎলমশিং অসি কৎপিযু অমদি থৌনিবিযু। লুপা (কৈথেলগী লুপা যাই), কোবী, যাইঙং, ফি অঙৌবা।

৭। **ধবন্যাংঃ** ইশাগী থরাম্মিচাক্লা মালেম পৃথিবীদা তাবা।

পূকচেল তপ্পবী, মালেম ইমাগী তম্পাক্তবু ইশাগী থরাম্মিচাক্লবু তাববদি ইখোলনুংদা/লৌবূক্তা মহয়-মবোং চূম্ননি, ফার্ম তৌববসু ঙাগী ওইববসু উহৈ-রাহৈগীবু ওইববসু, লৈ-শুগীবু ওইববসু, যেংশাং-নাপীগীবু ওইবসু ফবগনিয়ে, ইখোলদা কৈথেল কাবনি, য়ূমদা তবেৎকী শেঞ্জানা মবী মবী ইন্নবক্লনি কাবক্লনিয়ে।

*অসিগুম্না অফবা থৱাম্মিচাক্কী লৈফমদদি পাঞ্জিশিংনা ফবে হায়দুনা* প্রতিকাব পীনদে।

৮। **রসাতলেঃ** লৈনুংদা/পাতালদা ইশাগী থৱাম্মিচাক তাবা।

জ্যোতিষনা থৱাম্মিচাক্লা পাতালদা তাবা চহী-কুমজা অসি যাম্না হকচীন্না লৌনৈ। অমাঙবা, অৱা-অনা পীবা চহীনি, মীদুগী দশা যাম্না পাঙদবা চহী মতাং ওইববদি অশি-অনা ফাওবা নংবা যাবগী ফল পীবনা চহীগী ওইবা প্রতিকাব পীবি।

**প্রতিকাবঃ** ঘী চফু অথনবা, চেঙ চফু অথনবা, মশা থুংবা ফি অঙৌবা, সনা-লূপানচিংবা অসি থম্মোয় শেংনা ঈশ্বরগী খূযাখাদা ফত্তবা পূম্না পীবিদনবা থৌনিবিযু।

৯। **শয্যেঃ** ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা মোইবুংদা তাবা।

মোইবুং হায়বসি অফবগী খূদমনি। ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা মোইবুংদা তাবা কুমদি লক্ষ্মী চঙবা চহীনি হায়না পাঞ্জিশিংনা লৌনৈ। মোইবুংদি মঙ্গলগী শক্তমনি, ঈশ্বরগী খূৎলাযনি। ফত্তববু অফবনা ঙম্বগী খূদম-চাংদমনি।

অসুম্না, ইশাগী থৱাম্মিচাক্লা মোইবুংদা তাবা চহীদি অফবা কুমনি হায়দুনা পাঞ্জিশিংনা প্রতিকাব পীনদে।

**ৱাবোইশিন ঃ** থৱাম্মিচাকশিংনা পাঙদবা লৈফমদা লৈববা অমদি মশাগী চহী মতাংগী ওইবা দশাবু পাঙদ্রবা, মীদুবু ঙাকপী-শেনবিগদবা উকল গ্রহগী মপাঙ্গলসু শোল্লবদি মীওই অদুগী চহী-কুমজা অসি য়াম্না পাঙদবে। মী অদুগী মপোক পুবিবা থৱাম্মিচাক অদুগী মপু ওইবিবা গ্রহ অদুগীসু হৈকৎ-লৈকৎ তম্বিবা তাবে। মসিদি মী মীদুগী ওইনা যাম্না কৃপণনা যেংবগী মথৌ তাবে।

---

# ৬

# হকচাং ফবা অমদি কুঠি

**মীওইবা** অমনা হেক পোকপদগী শিদ্রিবফাওবগী মনুংদা খ্বাইদগী মক ওইবা পোৎ কবিনো হাযবা ৱাহংগী পাউখুম পীবা তাববদি 'হকচাং ফবা' হায়বসিনি। মী অমগী পুন্সিগী আশা, মঙলান, থবক তৌবা ঙম্বা অমদি নীংলিবদুগী পম্মুং তানবগী অথোয়বা পাম্বে-উপায়দি হকচাং ফবা হায়বসিনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্লোই। অদুগা ইচম চম্না 'হকচাং ফবা লননি' হায়বসিতনা ঐখোয়গী থম্মোয়না পেনবা ঙমজদে। হকচাং ফবনা পুন্সিগী নুংঙাইনবগী খ্বাইদগী মক ওইবা মচাক্লি অমদি মবমনি।

গ্রহগা মীওইবগা লৈনবা মবী অমদি হকচাংগী অনাবগা গ্রহগা লৈনবা মবী ঐখোয়গী লাই ওইখ্রবা মুনি-ঋষিশিংনা চহী লীশীং লীশীং কয়াগী মমাঙদগী খঙলম্বগা ইবোয়ননা মদুগী অথূপ্পা কাঙলোনসু পুথোকপিবম্মী।

মুনি-ঋষিশিংনা পুথোকপিবম্বা অথূপ্পা কাঙলোনশিং অসি ঐখোয়না তাবুনুংদগী পুথোক্কুনা অমুক্তং খন্নসি, নৈনসি। চৎনবিবা ঐখোয়গী কুঠিদা ল/লং থাবিবদু লগ্ন হায়বনি। হায়বিবা পোৎ অসিনা বাশি ১২ গী মনুংদা কবম্বা মফমদা লৈবগা কবম কবম্বা ফল পীবগে হায়বদু ঐখোয়না শন্নপ্পা নৈনদুনা অমুক্তং য়েংসি।

১। ***মেষ রাশিদা লগ্ন ওইবাঃ*** যুম্ফম বাশি অসিদা লগ্ন ওইববা মী অদুদি মশা তীক-তীক লাউগনি। মশাদা লায়না ঙাকথোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈগনি। পুন্সিগী মঙাল অমদি মৈশাবু ফংজবা বাশি লগ্ননি। তৌবতবু মীওই অসি খবদি শাউগল্লি।

২। **বৃষ লগ্নঃ** মীওই মখল অসি মশাগী শক্তি অমদি মতীং কয়া কন্না লৈগন্দে। অয়াম্বা মতমদা মশা তুশোন-মানশোনগল্লি। মশা নুংঙাইবক্তবা মতমদা মথ্বায় ৱাগল্লি অমদি মহৌশানা চিন্তাসু তৌগল্লি।

৩। **মিথুন লগ্নঃ** মফম অসিদা লগ্ন তাবা মীওইদি পূক্নীং-ৱাখল কযা ফগন্দে। অপাম-নুংশি কামদা হেন্না চঙদুনা শিংলীগী মপাঙ্গল শোনগল্লি। অদুমকপু পাঙ্গলদি পঙশোন-শোনবমক্তি ওইগন্দে।

৪। **কর্কট লগ্নঃ** মফম অসিদা মপোক্কী ওইনা লগ্ন তাববদি মীওই অসি মরু ওইনা থবোম্বী/লংসকী অনাবা লৈগল্লি। মহৌশানা মীওই অসি মপাঙ্গলসু খবা ৱাংকল্লি ইবোযননা মশানা লায়না-তীন্না ঙাকথোকপসু কযা ঙমজগন্দে।

৫। **সিংহ লগ্নঃ** মীওই মখল অসি মশা-মউ য়াম্না কনগল্লি। মখোযগী মশাদা অনাবা পাক হেক চঙবা ঙমদে অমদি পুন্সি নুংশাংবা মপোক হাযবদুসু থোকই। চাবা থকপা হেক্তা তুমগল্লি অমদি মপাঙ্গল শক্তিসু লৈগল্লি। শাগী নিংথৌ নোংশানা ওইবগুম লগ্ন ১২ গী মনুংদা লগ্ন অসিদা পোকপা মীওইনা মীথোয়-মীহেন ওইগল্লি।

৬। **কন্যা লগ্নঃ** লগ্ন অসিদা পোকপা মীওইদি য়ায়মবপ ওইনা মশা-মউ ফগল্লি। পাঙ্গল য়াম্না কনবসু নত্তবা, য়াম্নমক শোনবসু নত্তবা মীওই ওইগল্লি। মখোয় অসি মবম চাদনা য়াম্না হেন্না হেক্তমক ৱাশিনগনবা মীওই কাঙলূপনি। মীওই মখল অসি মহৌশানা পোবম-থৌবম হান্ননা য়াংথোক্কনবা মীতানি। তৌবতবু মখোয়না নীংজ-তৌজবিবা থৌবম-ৱাখল অসিদা কবিগুম্বা শোয়ববা নৎত্রগা লাল্লবদি নীংবা হেক্তা কায়গনবা মীতা ওইনা তৌই। য়াম্না নুংঙাইবিবা ৱাফম অমনা, মীওই কাঙলূপ অসিনা মী অতৈদগী খঙবা-হৈবা হেনগল্লি হায়বগী নাপল মদ লৈগল্লি।

৭। **তুলা লগ্ন ঃ** মীওই কাঙলূপ অসি মশা য়াম্না কঞ্জদ্রবসু থবক-ইনখাঙ শৃগনবা জাৎনি। কাঙলূপ অসিগী অফবা গুণ অমা হায়বা তৌববদি মখোয়গী পূক্নীং-ৱাখলগী ফীবম অসি সেবফালাগুম্না খল চপচান্না পুবা ঙম্মী। তৌবতবু মীওই মখল অসি নুপা-নুপীগী ওইবা ঈবাং কামদা মিতাদুনা মশা-মউ শোক্কল্লি।

৮। **বৃশ্চিক লগ্নঃ** লগ্ন অসিগী পূংফমদা পোকপা মীওইদি থবক তৌবদা থূৎলৈ থুগল্লি, মশা-মঙউ খীং খীং লাউগল্লি অমদি তৌবদা মৈগুম্মী। অদুবু লাইবক থীবা হায়গদ্রা বাশি অসিদা লগ্ন ওইবা মীওইদি য়াম্না থুনা শাউগল্লি। হকচাংগী মবমদদি মীওই মখল অসি মশা-মঙউ ফগল্লি অমদি অবায়বা লায়নাশিংদগী ঙাকথোকপদি ঙমজৈ।

৯। **ধনু লগ্নঃ** লগ্ন অসিদা পোকপা মীওইদি চাংচৎতা য়েংবদা মশা-মঙউ ফগল্লি। লেয়ননা থবক-ইনখাঙ কন্না শূগল্লি। মীওই মখল অসিনা পীবকপা পূক্লীংগী চৈনা চৈফূ খাঙজবসু ঙমজৈ। মশাগী মপোক্কী ওইবা মথন্তনা মশাবু পূক্লীং ঈংথহঞ্জবা ঙম্বা গুণ অসি লোয়নবনা মীওইশিং অসি পূক্লীং তহা-তহাদবগী ফল অমা লৈ। শাউববসু থুনা মপুকচেল ফাজিঞ্জবা ঙমজবা মীওই ওইবনা মখোযনা যেক্রবদা থোইনা অমাঙ-অতা পীদে।

১০। **মকব লগ্নঃ** মকব লগ্নদা পোকপা মীওইদি মশা-মঙউ ফগল্লি। অদুবু কবি কবিগুম্বা মতমদা মীওই মখল অসি ব্রাখল যাম্না লূথনা খনগল্লি। মবমসিনা মীওই মখল অসি পূক্লীং-খাখলগী ওইনা শোক্কল্লি।

১১। **কুম্ভ লগ্নঃ** মহৌশানা লগ্ন অসিদা পোকপা মীওইশিং অসি মশা-মঙউ মবৈ-মবৈ তাশীন্না ফগল্লি। তৌবতদি মখোযনা থবক-থানা তৌবদদি ঈংনা তপ্পা তৌগল্লি। হান্না পোবম যাৎলগা ঈংনা তপ্পা, নিযম চুম্না তৌগনবা মীতানি। অদুবু বাশি অসিদা লগ্ন ওইববদি পাঙদে হাযনা জ্যোতিষনা লৌনৈ।

১২। **মীন লগ্নঃ** মীওই কাঙলূপ অসি নাববসু থুনা ফগৎকল্লি অমদি নাববসু মহৌশাগী ফীবমদা হেক্তা হঞ্জিনগনবা মী মখলনি। কাঙলূপ অসি অঙকপা শক্তি লৈগনবা মীতানি।

হকচাংগী মবমদা অখঙ-অহৈশিংনা অসুম্না তাকপিবিঃ– “Health is the first concern of a man, for, right from the cradle to grave, he will have to suffer if proper care is not taken ” হকচাং ফবনা মী অমগী পোকপদগী শিদ্রিফাওবগী অহানবা মীৎযেং ওইগদবনি।

---

# ৭

# মেডিকেল এস্ত্রোলোজী

পাঞ্জি যেংবা লাক্লবগী মবম কযাগী মবক্তগী অনা-অযেক্কী মবমদা যেংনবসিসু অচৌবা মবম অমনি। তশেংনমকসু মেডিকেল এষ্ট্রোলোজী হাযবসি পাঞ্জি-বিদ্যাগী যাম্না মরু ওইবিবা বিষয় অমনি। এলোপেথী ডাক্তবশিংগী মপানি হাযনা মীযাম্না খঙনবিবা গ্রীক্কী হিপোক্রেতিসনা খৃষ্টনা পোক্কদবা চহী ৪৩০ গী মমাঙদা হাযবিবম্বা ব্লাহৈ খবদং ব্লাবেং অসিগা চান-চূনবা ওইবনা মীযামদা নীংশিংজবি– "A physician without the knowledge of astrology has no right to call himself a physician " ব্লাহৈসিমক্না মেডিকেল এস্ত্রোলোজীগী কান্নবা অমদি মতীক-মগুণবু অদুম শক্তাকচববনি। অমবোমদা অমুক নিযু যোর্ক (যু এস এ) কী সাইকিত্রিক ইন্সতিতুত্যতকী ডাঃ কালিমন্না হাযবিবম্বা অমত্তংগা নীংশিংজগে –"Every being has a clock set at the moment of his birth which predetermines particularly diseases and accidents " ব্লাহৈ খবসিসু মেডিকেল এস্ত্রোলোজীগী মবমদনি।

অনৌবা পাঞ্জিগী মপা হায়না ভাবত্তা খঙনবিবা বেঙ্গলোবগী ডাঃ বি ভি বামগী মীৎযেং ঐখোয়না নৈনবা য়াইঃ--"An experienced astrologer could indicate the predisposition of a person towards, heart diseases, high blood pressure, cancer etc with

considerable accuracy" হৌজিক ৱাহং অমা লাক্লে। মতৌ কৱম্না পাঞ্জিনা মী অমবু থস্মোয়গী লাযনানা নাবে, নাবকপা য়াই হায়বদু খঙবগে ? হৌজিক নৈনদুনা য়েংসিঃ—

১। মীদুগী জন্মকুঠিদা নুমিৎকী ফীবম শোক্লবা অমদি শোল্লবা।

২। মীদুগী মেষ, তুলা, সিংহ, কন্যা, বৃশ্চিক অমদি ফত্ত-ফত্তবা গ্রহ লৈববা নৎত্রগা ফত্তবা মীৎয়েং দৃষ্টি পীবক্লবা।

৩। মীদুগী থৱাম্মিচাকশিংদা হায়বদি ভবনী, কৃত্তিকা, আদ্রা, জৈষ্ট, মঘা, পুর্ব্বফাল্গুনী স্বাতী অমদি বিশাখা নক্ষত্রগী ফীবম শোক্লবা/শোল্লবা অমদি মীৎযেং দৃষ্টি লৈববা।

৪। দশা-লাংফমদা অখন্নবা কালপুরুষকী ফীবম শোক্লবা অমদি শোল্লবদি থস্মোযগী লাযনানা নাবা যাই।

হৌজিক ইতোপ-তোপ্পা, ইনৌ নৌবা মীৎযেং অমগা অমুক য়েংসি। Dr C W Carey অমদি Dr E Perry না ইংলিসকী চৎনবিবা ৱাশি ১২ দা তোঙান-তোঙানবা টিশূ সোল্টদা ৱাৎপা অমদি মদুদগী অনাবা ওইবকপা ফাওবা থিদোকপা ঙমখি।

১। **মেষ বাশিঃ** মার্চ ২১ দগী এপ্রিল ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি পোতাসিযম ফোসফেত কৌবা টিশূ সোল্ট ৱাৎকল্লি।

২। **বৃষ রাশিঃ** এপ্রিল ২১ দগী মে ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি সোদিয়ম সলফেত কৌবা টিসূ সোল্ট অসি ৱাৎকল্লি।

৩। **মিথুন রাশিঃ** মে ২১ দগী জুন ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি পোতাসিয়ম ক্লোবাইদ কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাৎকল্লি।

৪। **কর্কত রাশিঃ** জুন ২১ দগী জুলাই ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি Calcium Fluoride কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাৎকল্লি।

৫। **সিংহ রাশিঃ** জুলাই ২১ দগী আগষ্ট ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিংনা ফোসফেত ওব মেগ্নেসিয়ম কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাৎকল্লি।

৫। **কন্যা রাশিঃ** আগষ্ট ২১ দগী সেপ্তেম্বব ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি পোতাসিয়ম সলফেত কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাংকল্লি।

৭। **তুলা রাশিঃ** সেপ্তেম্বব ২১ দগী ওক্তোবব ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি সোদিয়ম ফোসফেত কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাংকল্লি।

৮। **বৃশ্চিক রাশিঃ** ওক্তোবব ২১ দগী নবেম্বব ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি কেলসিয়ম ফোসফেত কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাংকল্লি।

৯। **ধনু রাশিঃ** নবেম্বব ২১ দগী দিসেম্বব ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিংনা সিলিকোন ওক্সাইদ কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাংকল্লি।

১০। **মকর রাশিঃ** দিসেম্বব ২১ দগী জানুৱাবী ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিংনা কেলসিয়ম ফোসফেত কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাংকল্লি।

১১। **কুম্ভ রাশিঃ** জানুৱাবী ২১ দগী ফেব্রুৱাবী ১৯ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি সোদিয়ম ক্লোবাইদ ৱাংকল্লি।

১২। **মীন রাশিঃ** ফেব্রুৱাবী ২০ দগী মার্চ ২০ ফাওবদা পোকপা মীওইশিং অসি Ferrum Phosphate কৌবা টিশূ সোল্ট অসি ৱাংকল্লি।

শম্মা হায়ববদা মেডিকেল এস্ট্রোলোজীনা কবম্বা মতমদা, কবম্বা লায়না নাবকপা য়াবগে হায়বদু য়াম্না মাঙজৌননা অমদি য়াম্নসু লায়না হায়বা ওম্মী। লোয়ন-লোয়ননা লায়না অদুনা নাদ্রিঙৈদা কবম-কবম্বা চেকশিন-থৌবাও লৈবগে অমদি ওাকশেল-থৌবাওসু পায়খৎপা য়াগদগে হায়বদুসু বিদ্যা অসিনা তাকপিবা ওম্মী। হায়জবিবা ওম্নমকসি ঐখোয়গী লাই ওইব্রবা মুণি-ঋষিশিংনা থশ্বিবম্বা মমল নাইদ্রবা খুদোল ওাক্তনি। লায়েংশিংসিগী মনুংদা মচুগী লায়েং, ধাতুগী লায়েং, নূং অমদি হেলথ-স্তোনগী লায়েং, জন্ত্র কবচনচিংবা কয়াসু মেডিকেল এস্ট্রোলোজীগা শাগোম্নবা লৈমিন্নবি হায়বা ৱাফমসি মীয়ামগী মফমদা থমজবি।

মীওইববু সেবা তৌবা হায়বসিনা খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মনি হায়নবিবনিনা, অনা-অয়েকপু শক্তাক্লিবা অমদি ফনবসু পাওজেল পীবিবা মেডিকেল এস্ট্রোলোজীবু ঐখোয়না নৈননিংঙাই ওই।

থোঙ মাপন হাযদুনা যাম্না মক ওইবিবা মপান থোকফম মাপন অসিবু মেডিকেল এস্ট্রোলোজীনা মখাগী অসুম্না যেঙ্ছোক্লি ঃ–

| | | |
|---|---|---|
| ১। মীৎ য়েৎ | – | নুমিৎ/ববি গ্রহনা। |
| ২। মীৎ ওয | – | থা/চন্দ্র গ্রহনা। |
| ৩। যেৎথংবা নাতোন মখুন | – | বুধ/যুমশকৈশা গ্রহনা। |
| ৪। ওয়থংবা নাতোন মখুন | – | শুক্র/থাংজ গ্রহনা। |
| ৫। যেৎথংবা নাকোং মখুন | – | শনি/থাংজ গ্রহনা। |
| ৬। ওযথংবা নাকোং মখুন | – | মঙ্গল/লৈবাকপোকপা গ্রহনা। |
| ৭। চিন | – | বৃহস্পতি/শগোলশেন গ্রহনা। |
| ৮। ঈশিং থোকফম | – | বাহু গ্রহনা। |
| ৯। অমাংবা থোকফম | – | কেতু গ্রহনা। |

মাইবগী কাংলোন্দসু ফত্তবা হিকাপ-লাইকাপ পূম্নমক থোঙ মাপনসিদগী চঙলকই হাযবি। নাকোযননা হাযববদা নবগ্রহ ৯ অসিবু নিযমচুম্না খুকমজববা অমদি পূজা কচ্চববদি হিকাপ-লাইকাপ, মী মনু, লাই মনুনচিংবা অসি চঙবা ঙম্লোই হাযবা ব্রাফমসি মশানা তাফম থোকই।

অদুগী মথক্তা প্রতিকাব কৎপা মতমদসু কনাগুম্বা/কনাগুম্বী অমগী অনাবা অদু থোঙ মাপন অসিগী মনুংদা অমদা নাববদি থোঙ পুবিবা গ্রহ অদুগীসু প্রতিকাব কৎপিবা তাই।

য়াম্না নুংঙাইবিবা ব্রাফম অমগনা, মী অমনা পোক্লিবসি থব্রাম্মিচাক কুন্তবেৎ অসিগী মনুংদা অমদি ওইবি। অদুগুম্বা থব্রাম্মিচাক ২৭ অসিগীসু মখোয মখোয়না পুবিবা হকচাংগী শকক লৈবি ঃ–

| সেঃ নং | থব্রান্মিচাক | | পুরিবা হকচাংগী শকক |
|---|---|---|---|
| ১। | আশ্বিনি | - | খোঙগী মথক থংবা শকক |
| ২। | ভবনী | - | খোঙগী মখা থংবা শকক |
| ৩। | কৃত্তিকা | - | কোক |
| ৪। | বোহিনী | - | লাইবক |
| ৫। | মৃগশিবা | - | পিশুম অনী |
| ৬। | আর্দ্রা | - | মীৎ অনী |
| ৭। | পুর্ণবসু | - | নাতোন |
| ৮। | পুস্যা | - | মায় |
| ৯। | অশ্লেষা | - | নাকোং অনী |
| ১০। | মাঘা | - | খদাং |
| ১১। | পুর্ব্বফাল্গুনী | - | খুৎ যেৎ |
| ১২। | উত্তবফাল্গুনী | - | খুৎ ওই |
| ১৩। | হস্তা | - | খুৎশাশিং |
| ১৪। | চিত্রা | - | ঙক |
| ১৫। | স্বাতী | - | থবাক |
| ১৬। | বিশাখা | - | থম্বোম্বী অনী |
| ১৭। | অনুবাধা | - | চাকখাও |
| ১৮। | জৈষ্টা | - | যেৎথংবা চাকখাও |
| ১৯। | মূলা | - | ওইথংবা চাকখাও |
| ২০। | পুর্ব্বষাঢ়া | - | নঙ্গল |
| ২১। | উত্তবষাঢ়া | - | খ্বাং |
| ২২। | শ্রবনা | - | ফিনুংগী মথক |
| ২৩। | ধনিষ্টা | - | ফিনুংগী ইন্দ্রিশিং |
| ২৪। | শতবিষা | - | য়েৎথংবা ফৈগল |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৫। | পুর্ব্বভাদ্রপদ | - | ওয়থংবা থৈগল |
| ২৬। | উত্তরভাদ্রপদ | - | খুজেং |
| ২৭। | রেবতী | - | খোঙপাক |

নোংদোনথক্তা নোংমা নোংমগী অকক্নবা পুংফমদা থবান্মিচাকশিংনা ঙাল্লি। খুৎপায়শিংদা থবান্মিচাক্কী খোঙচৎ মচা খায়না ইবি। কবন্না গ্রহনা কবন্না থবান্মিচাক্তা ঙাল্লিবগে হায়বনচিংবশিংসু মচা খায়না ইবি।

খুৎপায় শীজিন্নবিবা অমদি পাঞ্জিগী শিনফম তৌবিবা মীওইশিংনা থবান্মিচাক্কী খোঙচত্তগী মী অমগী অনা-অয়েক্কী মরমদা খঙফম থোকই।

মমাঙদা পাঞ্জখ্রে। মী অমনা থবান্মিচাক কুন্তরেৎ অসিগী মনুংদা অমদা পোকই। থবান্মিচাক ২৭ তা পোকপা মীগী মশাগী ওইবা অনাবা লৈ। মসিবু থবান্মিচাক্না পীবা মপোক্কী ওইবা অনাবা কৌই। খুদম খরদং য়েংসি ঃ–

১। অশ্বিনি থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি লাইহৌ হৌগল্লি।

২। ভরনী থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি ঈতোন ফায়গল্লি।

৩। কৃত্তিকা থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি খোঙহান্না য়ৈখৎকনবা অমদি খোঙ হামথবগী লায়না লৈগল্লি।

৪। রোহিনী থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি নুংশংগী অনাবা লৈগল্লি।

৫। মৃগশিরা থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি চাবা তুমগন্দে।

৬। আর্দ্রা থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি খোঙ হামগল্লি।

৭। পুর্নবসু থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি খোঙ হামগল্লি।

৮। পুষ্য থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি মহাও (হাওবা/হাওতবগী) মরীদা অনাবা লৈগল্লি।

৯। অশ্লেষা থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি ঈ রাংকল্লি।

১০। মাঘা থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি স্নর হোনবগী মরীদা অনাবা লৈগল্লি।

১১। পুর্ব্বফাল্গুনী থবান্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি লোক খুগল্লি।

১২। উত্তরফাল্গুনী থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি উনশাগী অনাবা নাগল্লি।

১৩। হস্তা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি ডাইবেতিক্স নাগল্লি।

১৪। চিত্রা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি উইনিংগল্লি অমদি জ্ঞান মচেৎ মচেৎ মাঙ্গল্লি।

১৫। স্বতী থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি মীৎ নাগল্লি।

১৬। বিশাখা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি নাকোংগী অনাবা লৈগল্লি।

১৭। অনুবাধা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি নাতোন নাগল্লি।

১৮। জৈষ্টা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি চিন-লৈ, য়া, য়াবী-য়াখোঙ অমদি খনাও নাগল্লি।

১৯। মূলা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি টিবী নাগল্লি।

২০। পুর্ব্বষাঢ়া থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি ঈশিং মবীদা নূং লৈগল্লি।

২১। উত্তবষাঢ়া থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি ওবগী অনাবা লৈগল্লি।

২২। শ্রবনা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি মহাও খঙদবগী অনাবা লৈগল্লি।

২৩। ধনিষ্টা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি লূ-তাংদা চীক্কল্লি।

২৪। শতবিষা থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি ধাতুগী অনাবা লৈগল্লি।

২৫। পুর্ব্বভাদ্রপদ থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি ঈংনা কুইনা শাংনা নাগল্লি।

২৬। উত্তবভাদ্রপদ থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি চোকথ-হুইথ নাগল্লি।

২৭। বেবতী থবাম্মিচাক্তা পোকপা মীওইদি পোমগল-তংগল্লি, শোক্কন-পঙ্গল্লি।

---

# ৮

# পোকপগী ইংলিস তারীখতা পক্ল-ব্রায়নবা য়েংবা

হৌজিক্কী মণিপুবদা চৎনবিবা কুঠি অসিদগী পক্ল-ব্রাযনবা যেংবা তাববদি যামদ্রবদা নুপাগী অমদি নুপীগী কুঠি অনীমক পাঞ্জি অমদা পুদুনা চৎপা তাবকই। মসিদা খুদোংচাদবা কযা মাযোক্লে। নুংশিনবিবা অমদি যূম পাল্লগে হাযনা খল্লবা লৈশাবী অমদি পাখঙশিংনা মশা মশাগী পোকপগী ইংলিস তাবীখ খঙলবদি মখাদা পীজবিবা ন্যুমেবোলোজীগী পাশ্বেনা পুথোকচবিবা অসিদা য়েংবিদুনা ইশা ইশানা পক্লে-পক্লদে হায়বা অবাযবা মওংদা খঙবিবা যাগনি। নীংশিংবিগদবা অমনা পোকপগী তাবীখ পাবিবদা অহীংগী নোংযাই মতুং সেকেন্দ অমা হেক লানবগা মথংগী তাবীখ লৌবীযু। মতাং অসিদদি নুমিৎ থোকপগী পৃংশিংগা মবী লৈনদে।

নম্বব ১ হায়বদি থা অমগী মনুংদা তাং ১।১০।১৯ অমদি ২৮ দা পোকপা মীওইশিংগা চানবা/পক্লবাঃ—

(অ) নম্বব ২ দা পোকপা মীওই হায়বদি থা অমগী মনুংদা তাং ২/১১/২০/২৯ দা পোকপা।

(আ) নম্বব ৩ দা পোকপা মীওই হায়বদি থা অমগী মনুংদা তাং ৩/১২/২১/৩০ দা পোকপা মীওইশিং।

(ই) নম্বব ৫ দা পোকপা মীওই হায়বদি থা অমগী মনুংদা তাং ৫/১৪/২৩ দা পোকপা মীওইশিং।

(ঈ) নম্বব ৯ দা পোকপা মীওই হায়বদি থা অমগী মনুংদা তাং ৯/১৮/২৭ তা পোকপা মীওইশিং।

**খ্বাইদগী হেন্না চানবা/পক্লবা ঃ**

নম্বব ১ দা পোকপা মীওইশিংগীদি নম্বব ৩ দা পোকপা মীওইশিংগা লুহোংবনা খ্বাইদগী মোত চানবা/পক্লবা অমদি খ্বাইদগী হেন্না অফবা ওইগনি।

**মতেং পাংবা ঃ**

অমবোমদা অমুক নম্বব ১ দা পোকপা মীওইশিংগীদি নম্বব ৫ দা পোকপা মীওইশিংনা মতেং পাংগল্লি অমদি লৈমিন্নবদা খূয়া তুশীৎলি।

**শিনফম/ৱাখল্লোন মান্নবা ঃ**

নুপা-নুপী অনীগী শিনফম অমদি ৱাখল্লোন তিন্নবগী মীয়েংদা যেংলবদি, নম্বব ৮ হাযবদি তাং ৮/১৭/২৬ তা পোকপা মীওইশিংগা ভাব যাম্না তামিন্ননবা লুহোংবা যাই। ফৈ।

**এদজসমেন্ততা লুহোংবা য়াবা ঃ**

নম্বব ১ দা পোকপা মীওইশিংগা, নম্বব ৬ হাযবদি তাং ৬/১৫/২৪ দা পোকপা মীওইশিংগা এদজসমেন্ত অমদি মাগী মাগী কন্দিসন, অপাম-পামদা যেংনবগা লুহোংবা/লৌন-লৈনবা য়াই।

**শুকচান চানদবা নম্বর ঃ**

নম্বব ১ দা পোকপা মীওইশিংগা, নম্বব ৪ হাযবদি মী অদুগী মপোক্কী ইংবাজী তাবীখ অদু ৪/১৩/২২ ওইববা, নম্বব ৭ তা পোকপা মীওই হায়বদি পোকপগী তাবীখ অদু ৭/১৬/২৫ ওইববদি নুপা-নুপী মোত য়াম্না তিন্নগন্দে, চানগন্দে।

তশেংনমক হায়ববদি মথক্তা ইজখ্রিবা চানদবা নম্ববশিং অসিদি ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগুম্মী।

নম্বব ২ হায়বদি থা অমগী মনুংদা মী অদুগী পোকপগী ইংবাজী তাবীখ অদু তাং ২/১১/২০/২৯ ওইববদি, পক্ল-ব্রায়নবা নম্ববশিং মচাখায়না পীজবি—

(অ) পক্লবা নম্বব ১ হায়বদি মপোক নুমিৎ অদু ইংবাজী থা অমগী মনুংদা তাং ১/১০/১৯ অমদি ২৮ দা পোকপা মীওইশিং।

(আ) পক্লবা নম্বব ৩ হায়বদি মপোক নুমিৎ অদু ইংবাজী থা অমগী মনুংদা তাং ৩/১২/২১ অমদি তাং ৩০ দা পোকপা মীওইশিং।

(ই) পক্লবা নম্বব ৪ হায়বদি ইংবাজী তাবীখতা তাং ৪/১৩/২২/৩১ দা পোকপা মীওইশিং।

(ঈ) চানবা/পক্ল-ব্রায়নববা নম্বব ৬ হায়বদি মী অদু মপোক্কী তাবীখ অদু তাং ৬/১৫/২৪ দা ওইববা।

(উ) পক্ল-ব্রায়নববা নম্বব ৭ হায়বদি মীওই অদু ইংবাজীগী তাবীখতা তাং ৭/১৬/২৫ দা ওইববা।

**তুংদা অফবা ওইবা য়াবা নম্বব ঃ**

নম্বব ২ দা পোকপা মীওইগীদি নম্বব ৮দা পোকপা হাযবদি তাং ৮/১৭/২৬ তা পোকপা মীওইশিংগা যূম পাল্লবদি তুংদা মায় পাকপা, চাওখৎপা য়াবগী ফল লৈ।

**হান্না য়াম্না নুংশিনবা কুইরগা নুংশিনদবা নম্বব ঃ**

নম্বব ২ দা পোকপা মীওইশিংগা, নম্বব ৫ হাযবদি মপোক তাবীখ তাং ৫/১৪/২৩ দা পোকপা মীওইশিংগা ইহান হান্না উনবা অমদি নৌবিভৈগী মতমদদি অমগা অমগা য়ানগনি, অমনা অমবু থাগৎকনি। অদুবু কুইব-কুইবগা অমনা অমবু নুংশিবা ময়েং তাবক্কনি অমদি মমৈথংদদি অমনা অমবু হুন্নবকপসু য়াওই।

নম্বব ৩ হায়বদি কনাগুম্বা-কনাগুম্বী অমগী ইংবাজী তাবীখতা তাং ৩/১২/২১/৩০ দা থা অমদা হেক্তা পোক্লবা মীওই অদুগী পক্ল-ব্রায়নববা নম্ববশিং ঃ—

(অ) নম্বব ৩ দা পোকপা মীওইশিং হায়বদি মশাগী মপোক তাবীখ মান্নবশিং তাং ৩/১২/২১ অমদি ৩০ দা পোকপা মীওইশিং।

(আ) নম্বব ৫ দা পোকপা হায়বদি ইংবাজীগী থা অমগী মনুংদা তাং ৫/১৪/২৩ দা পোকপা মীওইশিং।

(ই) নম্বব ৬ তা পোকপা হায়বদি থা অমগী মনুংদা ইংবাজীগী তাবীখতা তাং ৬/১৫/২৪ ওইববা মীওইশিং।

(ঈ) নম্বব ৭ তা পোকপা হায়বদি থা অমগী মনুংদা ইংবাজীগী তাবীখতা তাং ৭/১৬ অমদি ২৫ না মপোক তাবীখ ওইববা মীওইশিং।

(উ) নম্বব ৯ দা পোকপা মীওইশিংগা পক্লে, চানৈ হায়বদি মীওই অদু থা অমগী মনুংদা ইংবাজীগী তাবীখতা ৯/১৮/২৭ তা পোক্লবা মীওই।

**পক্লদবা/পূক্লীং চানদবা নম্বরশিং ঃ**

নম্বব ৩ দা পোকপা মীওইশিংনা পক্লদবা/পূক্লীং চানদবা নম্ববশিং পীজবি। মখোয়শিং অসি লৌন-লৈনবা কয়া পক্লদে।

(ক) নম্বব ৩ গী মীওইগা নম্বব ৪ হায়বদি মী অদু পোকপগী ইংলিস তাবীখ অদু ৪/১৩/২২ ওইববদি পক্লদে, মোত তিন্নবোই।

(খ) নম্বব ৩ গী মীওইগা নম্বব ৮ গী মীওই হায়বদি মী অদুনা তাং ৮/১৭/২৬ তা পোক্লবদি কুইনা তিন্নবা য়াগন্দে।

**নম্বর ৩ গী মীওইগা অক্ষবা/পক্লবা নম্বরশিং ঃ**

নম্বব ৩ গী মীওইগা চানবা-চূনবা অসি মশীং কাওলোনগী কল ওব ভাইব্রেসনগী নিয়মগী মতুং ইন্না ৩, ৬, ৯ (৩×১=৩, ৩×২=৬, ৩×৩=৯) হায়বদি তাং ৩/১২/২১/৩০ দা পোকপা মীওইশিং, তাং ৬/১৫/২৪ দা পোকপা মীওইশিং অমদি তাং ৯/১৮/২৭ তা পোকপা মীওইশিংগনা চূনবা-চানবা-পক্লবা হেল্লি। নম্বব ৩ গী মীওইগা নম্বব ৭ কী হায়বদি তাং ৭/১৬/২৫ দা মপোক তাবীখ ওইবা মীওইশিংগা লুহোংলবদি লাইবক ফবা ওইগল্লি অমদি মতম চূপ্লগী ওইনসু নুংশিনগল্লি।

নম্বব ৪ হায়বদি কবিগুম্বা থা অমগী তাং ৪/১৩/২২/৩১ দা পোক্লবা মীওই অমগী পক্ল-ব্রায়নবা য়েংবদা খবসু ব্রাবা, খবসু লুবা ওইনা থোকই। মসিগী মক ওইবা মবমদি নম্বব ৪ গী কাঙলূপ্তা পোকপা মীওইশিং অসিগী অনম কনমনবা অমদি মানা নীংখিবা লেপখিবা ব্রাদুনা মবোইবে হায়না খনবা ব্রাখল্লোন অসি লৈবা মবম্লা, চপ মান্নবা মিহূল পানমিন্নবা নম্বব ৪ গী কাঙলূপকী মীওই অমগদি লৌন-লৈনবা যাবে।

নুংশি-নুংওনগী মীৎয়েংদা য়েংলগদি, নম্বব ৪ গী মীওইগা, নম্বব ৮ হাযবদি থা অমগী মনুংদা ইংবাজী তাবীখ ৮/১৭/২৬ তা পোকপা মীওইগা য়াম্লা পক্লগনি, চূনগনি।

**নম্বর ৭ কী মীওইগা ঃ**

নম্বব ৪ গী মীওইগা নম্বব ৭ হাযবদি কবিগুম্বা থা অমগী ইংবাজী তাবীখ ৭/১৬/২৫ দা মপোক তাবীখ ওইবা মীওইগা, যাইমবপ ওইনা পক্লে-ব্রাযনৈ।

**অতে য়াইমবপ ওইনা চানবা নম্ববশিং ঃ**

নম্বব ৪ অসিগী মীওইনা নম্বব ১ হাযবদি ইংবাজী তাবীখতা তাং ১/১৯/২৮ অমদি নম্বব ২ হাযবদি ইংবাজী তাবীখকী ২/১১/২০/২৯ দা মপোক তাবীখ ওইবশিংগসু য়াইমবপ ওইনা চানৈ।

**মোত্তদি খেন্নবা, পক্লবদি পক্লবা ঃ**

নম্বব ৪ গী মীওইদা খ্বাইদগী মোত তিন্নদবা মশীংদি ৯ হাযবদি তাং ৯/১৮/২৭ তা পোকপা মীওইশিংগা ওই। মবমদি কবিনা হাযববু, কাঙলূপ অনী অসিগী থম্মোয়গী অপাম্বা মান্নদে অমদি পূক্নীংগী ইহূলসু য়াম্লা খেন্নে। খ্বাইদগী মান্নবিবদি, নুপা-নুপী অনীগী প্রেমবসতনি। নুপা-নুপীগী ওইবা খুৎনুংশিদদি অয়ৌবী ওই।

মীৎয়েং অসিদগী য়েংলবদি মশীং কাঙলূপ অনী অসি লৌন-লৈনবা তাববা অমদি লুহোংখ্রবদি পীবিগদবা পাউতাক্তি--

'অমনা হায়বা অমনা তাবগা, ফজনা নবানী তিন্নৌকো' হাযবসিনি।

নম্বব ৫ হায়বদি কনাগুম্বা মীওই অমনা মানা পোকপগী তাবীখ অসি ৫/১৪/২৩ ওইবগদি নম্বব ৬ অমদি নম্বব ৭ কী মীওইশিংগা পাক্ল-ব্বায়নৈ। অকুপ্পা মবোলদিঃ—

(অ) নম্বব ৬ হায়বদি মী অদুগী পোকপগী ইংলিস তাবীখ ৬/১৫/২৪ ওইবগা নম্বব ৫ গী কাণ্ডলূপকা চানৈ-পক্লৈ। মবমদি নম্বব ৫ গা নম্বব ৬ কা খণ্ডনবা অসিদি অনকপতদা নত্তে, অবাপ্পদসু/মীবক্তসু হেক্তা খণ্ডনবা ঙম্লৈ। অমনা অমগী মওং-মতৌ ইবায় লায়না নকপা-লাপ্পা লৈতনা খণ্ডনৈ। মবমসিনা মবা চেৎপা য়ূম্বালসু ওইগল্লি।

(আ) নম্বব ৭ হায়বদি মী অদুগী পোকপগী ইংবাজী তাবীখ ৭/১৬/২৫ ওইবা কাণ্ডলুপকা নম্বব ৪ গা পক্লে-ব্বায়নৈ। তৌবতবু কাণ্ডলূপ অনী অসি মতম-মতম, মতাং-মতাংদা পূকচেল-খোয়জেল খেন্নবা খবদি লৈগনি। মসি নুপা-নুপী অনীমক্তা খণ্ডনবিবা তাই।

(ই) নম্বব মশা হাযবদি নম্বব ৫ গা নম্বব ৫ গা থোইনা হেন্না পক্লে-ব্বাযনৈ। অফবা মতম্দু ওইবে, ফত্তবা মতম্দু ওইবে, ইচম চম্বা মতম্দু ওইববসু মখোয়দি ব্বাবে ব্বানা, নুংঙাইবে নুংঙাইনা অমনা অমগা তোৎন-তিন্নবা ঙম্মী।

**য়াম্না নুংশিনবা অদুবু মতম য়াম্নদি তেন্না নুংশিনবা নম্বরঃ**

নম্বব ৫ দা পোকপা মীওইশিংগা নম্বব ৯ হায়বদি থা অমগী ইংবাজী তাবীখ ৯/১৮/২৭ তা পোকপা মীওইগা থম্মোয় থম্মোয় তিন্ননা য়াম্না নুংশিনগনি অদুবু কুইব-কুইবগা নুংশি পবৈ অসুম অসুম কোন্নক্কনি।

নম্বব ৬ হায়বদি ইংবাজী তাবীখতা তাং ৬/১৫/২৪/ দা পোকপা মীওইশিংগা পক্ল-ব্বায়না, চানবা মশীংশিং ঃ—

(অ) নম্বব ৬ কী মীওইগা নম্বব মশা ৬ কা অমগা অমগা য়াম্না পাম্নগনি, অপাম-মিহৌ লৈনগনি অমদি নুংশি-মবীসু ফজনা লৈনগনি।

(আ) মতৌ হেক হেক ইমান-মান্দনা, নম্বব ৬ কী মীওইগা নম্বব ৭ হায়বদি ইংবাজী তাবীখতা ৭/১৬/২৫ দা পোকপা মীওইশিংগা যাম্না নুংশিনগনি, মবীসু য়াম্না ফগনি। অমনা অমবু থাদোক্লবা ঙম্মদবা, উবীনা উপালদা যেৎচবগী বাশি মতা অদু থোকই।

(ই) মওং অমা পূংতোন-তোঙানবগী দৃশ্য অমা নম্বর ৬ কা নম্বর ৮ হায়বদি পোকপগী ইংরাজী তারীখ ৮/১৭/২৬ তা পোকপা মীওইগা, অমনা অমবু শাথিনা নীংনগনি। ইথা থাজদনা, মখোয় অসি মীবক্তা ফাওবা মীৎয়েং ফাওনা উনগনি। ফি খুৎইন অমদা, ফি খূশেৎ অমদা অমনা অমবু মশক খঙনগনি।

***চেকশীন ব্রাহে খরদং ঃ***

নম্বর ৬ তা পোকপা মীওইসি নুংশিবগী পূজারী ওইগল্লি। মীওই অসি নুংশিবা কৌবা ঈশ্বর অদুনা য়াম্না মেঙনা থোৎনা শেম্বা মাল্লি। মখোয়দি 'নুংশিবা' কৌবা ব্রাখলসিদা ঙাওজে। নোংইন্না থাজদা ঙাওজবগুম, নম্বর ৬ কী মীওইদি নুংশিবনা নুংশিবদা ঙাওজবা হায়বদুমক য়াম্না পামজে। হেঞ্জিনবা হায়বসি অফবা কৌবা লৈতবনা, অদোম্না নম্বর ৬ না মপোক ওইববদি, নুংশিনবদা কা হেন্না খনবমক্তি তৌবিগনু। মদুনা অদোমগী হেন্না অফবা ওইগনি।

নম্বর ৭ হায়বদি থা অমগী তাং ৭/১৬/২৫ দা পোকপা মীওইশিংদি নুংশিনবা অমদি লুহোং-কৈহোঙবগী থবক অসি অমুক্তংদগী হেনগনবা ফল লৈবনা, য়াবিবমখৈ পৃক্রীং-ব্রাখলদা অবেপ্পা অমখত্তং লৈবনা শাফগনি। পুন্সি-লৈপুনবু ওইস্লবদি মহাক্তি কুচু মুই, ধর্ম্ম জাৎ তিন্নদে হায়বনচিংবগী ব্রাখল অসি সমুদ্র ব্রাংমদা হুন্দোকপিখিবা তাবনি। নীংবা কায়ববনি হায়দুনা নুপা ওইবশিংনা য়ু অমদি অতৈ নিশাদা তাইনবগুম নম্বর ৭ কী মীওইশিং অসিসু নম্বরগী ফল লৈ হায়বসি ব্রাখলদা কিশি কিবিয়ু অমদি নীংশিংবগী ঈথক-ইপোম্না মতম চুপ্পদা হন্না হন্না য়ৈহনবিয়ু।

চানবা-চূনবা নম্বর ঃ

(অ) অদোম্না নম্বর ৭ তা পোকপিববদি ইহান হানবদা নম্বর ৯ হায়বদি থা অমগী তাং ৯/১৮/২৭ তা পোকপা মীওইবু অদোমগী পুন্সি খোঙলোয় ওইনবা খনবিয়ু। নম্বর অনী অসি য়াম্না চানৈ, য়াম্নসু নুংশিনগনি, য়ূশ্বানমিন্নবসু য়াম্না নুংঙাইগনি। অমনা অমগী পূকচেল, অপাম-পামদা খঙনগনি।

(আ) মথংদা অদোম্না নম্বর ৯ গী মীওই থেংনদ্রবদি ইশাগী নম্বর ওইবা নম্বর ৭ তা পোকপা মীওইবু পুন্সি খোঙলোয় ওইবিয়ু। অদোম্না পূন্সীং শান্তি লৈগনি, পুন্সি অসি তঙদু-লৈতানা, ঈশ্বরগী থৌজাল আশীর্ব্বাদ শোয়দনা ফংবিগনি।

(ই) নম্বব ৯/৭ কবিগুম্বা অদোম্বা থেংনবিদ্রবসু অহুমগুবা অমদি ইবোয-লোইবা ওইনা অদোম্বা নম্বব ৮ হায়বদি থা অমগী তাং ৮/১৭/২৬ তা পোকপা মীওইবু পুন্সি খোঙচৎকী খোঙবুবোয় ওইবিবো।

খঙজিনবিগদবা ৱাফম মচা অমত্তংদি অদোমগী পুন্সি খোঙলোয অদুনা কবি কবিগুম্বা অদোম্বু থাজমন্দুনা/নুংশিমন্দুনা কল্লক-খনবনবগুম্বা/ওইনজবদি যাওবক্কনি। মদুগুম্বা মৈবীক মচা-মচা অদু অদোমগী থম্মোযনুংদা কোনশিনবিযু। যুম্লোন-কৈবোন্নবা, ইমুং-মনুং অতৈ মীওইদা তাইনবিগনু। মসিনা অদোমগী যাইফবা ওইগনি।

নম্বব ৮ হায়বদি থা অমগী তাং ৮/১৭/ অমদি ২৬ তা অদোম্বা মপোক ওইববদি তঙাইফদনা যুম পানগে হায়না খল্লকপগী মবম খবদা চেকশীন্দ.া যাদে।

(ক) যুম থেঙনা পানগনবা ঃ যুম থেঙনা পানগনবগী নম্বব ফল লৈবনা, ধাবিবমখৈ মতম চানা লুহোংনবা হোৎনবিযু।

(খ) চানবা পুন্সি খোঙলোয় ফংবা ৱাবা ঃ নম্ববগী ফল অসি লৈবনা, অদোম্বা পুন্সি-লৈপুন ওইবদা পৃক্লীং চানগদবা মীওই চোকথবা লৈতনা থিবিযু।

(গ) বব-কন্যা চহী য়াম্বা খেন্নগনবা ঃ চহী যাম্বা খেন্নবগী ফল লৈ হাযবদি কাউবিগনু।

**খ্বাইদগী চানবা নম্বর ৮ ঃ**

অদোম্বা নম্বব ৮ গী মীওইগা পুন্সি-লৈপুন ওইববদি য়াম্বা পক্লবে। অমনা অমবু ব্যবহাব তৌনগনি। পৃক্লীং চাননা, অমনা অমবু পৃক্লীং থৌগৎনগনি অমদি পৃক্লীংগী লৈবাং লৈকা ফন্না শাৎকনি।

**খ্বাইদগী নুংশিনগদবা নম্বর ৯ঃ**

অদোম্বা নম্বব ৯ হায়বদি থা অমগী তাং ৯/১৮ অমদি ২৭ তা পোকপা মীওইগা পুন্সি-লৈপুন ওইববদি নুংশিবগী লমদদি কবিবু হাযগনি ? পৃক্লীং পেন্নজবা-পেন্নজবী অনীনা কয়াদা নুংশিনবা মীৎয়েং পুন্সিগী অৱা-অনা কযা কাউগদবা।

অদোম্মা থা অমগী মনুংদা নম্বব ৯ হায়বদি তাং ৯/১৮/২৭ তা পোল্লবদি পুন্সি খোঙলোয় মহাক অদুসু নম্বব ৯ দা পোকপা মীওই ওইবনা খ্বাইদগী ফৈ। নম্বব ৯ দা পোকপা মীওইদি পূক্লীং অসি য়াম্মা নৌগনবা ওইবনা, অমনা অমগী থম্মোয়বু শকখঙবিবা দবকাব য়াম্মা ব্বাংনা লৈ। নুংশি-নুংওনগী লমদবু ওইববসু, হিংমিন্নবগী লান্দবু ওইববসু, যূম্বানবগী লমজেন্দবু ওইববসু নম্বব ৯ গী মীওইগনা ইফ-ফবে।

**অতৈ নম্বরশিংগা ঃ**

নম্বব ৯ দা পোকপা মীওইগীদি অতৈ নম্বব হাযবদি ১/২/৩/৪/৫/৬/৭/৮ দা পোকপা মীওইশিংগা অদুম যূম পানমিন্নবা য়াই। মসিগী মবমদি নম্বব ৯ দা পোকপা নুপা ওইববদি নুংশিনবদা ঈখৌ লাংগল্লি অমদি মহাক্কী লম্বা ওইবিবা অদুদগী 'নুংশিনবা' কৌবা পোৎশকসি নিগল্লি। মবমসিনা নম্বব অমদা পোকপা মীওইগা হেক্তা চানবা-চূনবা ওইগল্লি।

নম্বব ৯ দা পোকপীশিংগীসু মখোযগী যূম্বানবগী ইহুল অসি মখোযগা লোয়নবশিংদা হেক্তা পান্নকপদা খঙবা ঙম্বা, পীবা ঙম্বগী মপোক্কী মগুণ অমা শাগোন্নবনা অতোপ্পা নম্বব অমগা হেক্তা যূম পানবা য়াই, ঙম্মী।

**চেকশীন-ব্বাহৈ ঃ**

অদুবু নম্বব ৯ দা পোকপা/পোকপীশিংনা চেকশীনবিগদবা অমত্তংদি মখোয মখোযনা নুংশিনবা মীওইদুনা হাযনীংবা, অপাম্বা অমদি নীংজবা খিবিক হংবিগনি-তাবীগনি অমদি অযা-অয়াবা যেংদুনা থবক ওইনা পাঙথোকপিগনি।

মশীং কাঙলোনগী গুরু পাইথোগোবসপু খুরুমজদুনা মীওইবা জাতিগী মতেং খবদং ওইববসু কান্ননবা ইজবিবা পক্ল-ব্বায়নবগী ব্বাবেং অসি লোইশিঞ্জবি।

---

# ৯

# খূবাক ময়ি অমদি কুঠি

জোধপুবদা খূবাক ময়িগী বিসার্চ সেন্তব অমা চহী ২০ গী মমাঙদগী হাংখ্রে। সেন্তব অসিগী মমিংনা ইন্দিয়ান এস্ত্রোলোজীকেল ষ্টদী এন্দ বিসার্চ সেন্তব হায়না কৌই। পোস্তেল এদ্রেসনা Dr Shrimali Marg High Court Colony, Jodhpur 342001 নি। সংস্থান অসিগী ফাউন্দব প্রসিদেন্ত, ভাবতকী শক্লাইববা 'ময়ি যেংবা' পণ্ডিত Dr Narayan Dutt Shrimali, M A Ph D নি। ঙসি ফাওবা N D Shrimali গী লমজীং-লমতাক কযাদা ময়ি যেংবা পামজবা মীওই কযাবু ত্রেনীং পীবগী মথক্তা, খূবাক ময়ি নম্লগা থাদুনা যেংহনবদা অফ-ফত্তগী ফল কযা পীবিবি।

সংস্থান অসিনা ফজববা দাবী অমা মীয়ামদা তৌবি মদুদি, খূবাক ময়িগী খূৎযেংদি শোযদবনি, অচুম্বনি অমদি অবানবা লৈতবনি হায়বগী পান্দমদা হীবম অসিদা খূমাঙ যাম্না চাওশিনখ্রে। যাম্না নুংঙাইবিবা ব্রাফম অমনা হিন্দু এস্ত্রোলোজীনা বেষ্টর্ন, এস্ত্রোলোজীদগী হেল্লি খঙনা হেল্লিবা Combination of planets—যোগ হায়বা পাঞ্জিশিংগী অথূপ্পা হীবম অসিবু খূবাক ময়িগী খূদমশিংগা মান্নহন্দুনা মী অমগী মপোক ময়ি খঙবা ঙম্লে হায়না দাবী তৌবি, খূদম ওইনা হায়ববদা, লাযববগী যোগ, ইনাক খুনবগী যোগ, মহৈ হৈবগী যোগ, মহৈ হৈতবগী যোগ অসিনচিংবা পাঞ্জিগী অথূপ্পশিং অসিসু খূবাক ময়িদা য়াওখ্রে।

হাযবিবা খুবাক মযি য়েংবগী সংস্থান অসিনা য়াম্না চেৎনা থাজবা, যাম্নসু নুংঙাইবা ৱাফম অমসু লৈবি। মদুদি—কনাগুম্বা অমনা খুবাক মযি য়েংবদা সিদ্ধ পানগে ফাওগে হায়ববদি খুবাক ময়ায়মক্তদা লৈবিবী দেবী পঞ্চাঙ্গুলীগী মঙ্গল আশীর্ব্বাদ ফংলবা মতমদতা ওই হায়বসিনি। সংস্থান অসিমক্কী প্রসিদেন্ত Dr N D Shrimali না অসুম্না মাগী মোত অমা ফোঙদোকই—পৃথিবীদা ফাওববা নোংচুপলোমগী মযি যেংবা Cheiro না চহী অহুম ভাবত্তা লৈদুনা, লম্বোইবা ওইদুনা দেবী পঞ্চাঙ্গুলীবু পূজা তৌজখি অমদি দেবীগী মঙ্গল আশীর্ব্বাদ ফংজবদগী মহাক্না পৃথিবী শীন-থুংনা ফাওখিবনি। হায়বিবা খুবাক মযিগী লাইবেন্থী দেবী পঞ্চাঙ্গুলী অসি ফংনবদি চাকহেন-ঙাহেন য়াম্না কনবা তাই।

১। নুপীগা শোক্না-শম্নবা অমদি নুপীগী মবমদফাও ৱা ঙাঙনবা, ৱাবী শানবফাও যাদে।

২। কোই ককপা/শম ককপা যাদে।

৩। নুংতিগী সন্ধ্যা অমদি গাযত্রি পূজা তৌনদবনি।

৪। ঈকজদবা যাদে, খুৎ মোৎপসু যাদে, কোক্তা ফি কুপ্পবা যাদে অমদি ফিশেং শেৎতনা দেবী পূজা কৎপসু যাদে।

৫। নোংমগী চৎকদবা মালা মশীং শুনা চৎত্রিমখৈ/থীদ্রিমখৈ কনাগসু ৱা ঙাঙনবা/ৱাবী শনবা যাদে।

৬। হকচাংদগী নুংশিৎ খাইববসু, হাকথীবু খল্লবসু, খুৎ অনীমক শেংনা হামদোক-চামথোক্কনি অমনা না অনীবু ঈশিং অশেংবনা চামথোক্কনি।

৭। লাই খুকম্বা হৌখিবা মতমদা চঙখিবা মতম অশাংবা অদুগা চপ মান্ননা পূজা লোইদ্রিবা নুমিৎ ফাওবা নুংতিগী মতম অশাংবা চপ মান্ননা পূজা লেপ্পুনা চৎথগনি।

৮। দেবী পূজাগী মতমদা তম্থবা, কিবা পোকপা, শাউবা, উইবা, হক্কাম চনবা অমত্তা য়াদে।

৯। কবিগুম্বা খোঙহাম্বা নৎত্রগা মপান থোক্লবদি অমুক হন্না ঈকজবা তাই।

অদুবু ঐখোয়না অঙাং ওইবিডৈদগী, জ্ঞান হেক তাবকপদগী খূবাক ময়ি য়েংবশিংনা মীগী মখূৎ পায়বগা ময়ি য়েংনবক্লিবা চৎনবীসি নিয়ম চুমদে, খূবাক্কী ময়ি মাঙতি হায়না, ইন্দিয়ান এস্ট্রোলোজীকেল ষ্টদী এন্দ রিসার্চ সেন্তবগী প্রসিদেন্ত, ডাঃ নবায়ণ দত্ত শ্রীমালিনা মহাক্কী য়াম্না অকনবা মোত পীবি। নুংঙাইববা হীবম অসিগী মতাংদা ভাবতকী শক্লাইববা ময়ি য়েংবা পণ্ডিত অসিমক্কী চপ চাবা ব্রাহৈমক মীয়ামদা থমজবিঃ– "Don't touch the hand of any person who comes to show you his hand because the electric current of your body will come in contact with the current in his body and the genuine features of his hand will be finished Therefore keep your hands while seeing any hand"

অমনা অমুক, য়াম্না নুংঙাইবিবা মতাং অমনা, খূবাক ময়ি য়েংবগী মতাংদা খূৎ যেৎনা কবি তাকপা, খূৎ ওয়না কবি খঙ হনবা হাযবা অসিগনি।

খূবাক ময়ি য়েংবদা মবমদম ভাবত্তা নত্তনা, ইংলেন্দ, যু কে, ইয়ুবোপ, আমেবিকা অমদি ফাব ইষ্ট কন্ট্রিশিং ফাওবা চৎতুনা, চহী ৪০ হেন্না শিনফম অসিদা রিসার্চ তৌবক্লবা শ্রীকৃষ্ণ দাসনা অসুম্না মাগী মোত পীবিঃ–"খূৎ য়েৎনা হৌজিক হৌজিক্কী ফল তাকই, খূৎ ওযনা মপোক্কী ওইবা মতীক-মগুণ অমদি অপাম্বা তাকই। অদুবু খূৎ ওযনা থবক শূবশিংগীদমক্তি মসিগী ওন্ন-তৈনবদা হায়বদি খূৎ ওয়দনা হৌজিক হৌজিক্কী মযি য়েংগনি। খূৎ যেৎতনা মশাগী মতীক-মগুণ য়েংগনি।" পণ্ডিত অসিনা, যৃম্বানবগী মতাংদনা, নুপাগীনা খূৎ ওয়দগী অমদি নুপীগীনা খূৎ যেৎতগী য়েংগনি হায়বি।

অতোপ্পা ভাবতকী খূবাক মযি য়েংবদা শক্লাইববা পণ্ডিত Dr M Katakar গী মোত্তনা, খূৎ ওয়না মী অমগী নুংগী ওইবা অপাম্বা উৎলি অমদি খূৎ য়েৎনা, হায়বিবা অপাম্বা অদু থুংবা য়াবগী ওইথোকপা লৈব্রা

লৈতব্রা হায়বদু ঊলি। খূৎ য়েৎনা ব্রেনগী Left Hemisphere গা মরী লৈনৈ হায়বদি Subconsious Mind গা মরী লৈনৈ; অমবোমদনা অমুক খূৎ ওয়না ব্রেনগী Right Hemisphere হায়বদি Subconscious Mind গা মরী লৈনৈ। মবম অসিনা, খূৎ য়েৎনা, ভাব তানা তৌবা থবক্কী ফল, অদুগা খূৎ ওয়না, মশা মথন্তা খল্লুদনা তৌজখিবা থবক্কী ফল য়েংগনি।

অসুম্না শক্লাইববা ভাবতকী খূবাক ময়ি য়েংবশিংগী তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংগী মবক্তা Dr Shirmali নসু মাগী মোত শীবিঃ– "খূৎ ওয়না থবক শূবা মীওইগীনা খূৎ ওযদা মপূং ওইনা য়েংগনি, খূৎ য়েৎনা থবক শূবা মীওই ওইবগনা মীদুগী খূৎ য়েৎতা মপূং ওইনা ময়ি য়েংগনি। কবিগুম্বা খূবাক ময়ি য়েংবদা মবম শেংলক্তবদি খূৎ অনীমক তূনা য়েংগনি। মতৌ অসুম্না সবকাবগী থবক তৌবী নৎত্রগা লনাই কাববাবী তৌবিবী নুপী অমগীসু খূৎ য়েৎতা যেংগনি। কবিগুম্বা মযেক শেংবা হেক ব্রাৎলবদি খূৎ ওয়সু যেংগনি।"

অদুবু খূবাক ময়িদগী, ময়ি য়েংলিবা মীদুগী মরী লৈনবা মীওইশিংগী মবম অমদি থোক্তদৌবা থৌদোক-ব্রাথোক্কী চপ চাবা তাবীখ/মতমমক্তি হায়বা লুই হায়না ভাবতকী মমিং লৈববা অফাওবা খূবাক ময়ি য়েংবা শ্রীকৃষ্ণ দাসনা অসুম্না মাগী মোতত্তি ফোঙদোক্লিঃ– "From a correct horoscope, prediction can be made about the relatives of the native and even the exact time of an event can be ascertained In palmistry, however, it is difficult to ascertain the time of an event and know about the relations of the native, unless the palmist combines Astrology with palmistry"

মণিপুরগী মীয়াম্না তুংগী লাইফাও য়েংনবদা খূবাক ময়ি য়েংবা অমদি কুঠি য়েংবা হায়বা মখল অনী অসি য়েলহৌঙৈদগী চৎনবকই। খূবাক ময়ি য়েংববুনা 'ময়ি য়েংবা' নৎত্রগা 'পণ্ডিত' অদুগা কুঠি য়েংলিবা মহাকপুনা 'পাঞ্জি' হায়না খঙনবকই।

অহানবদা, খূবাক ময়িগী মতাংদা মীৎয়েং অমত্তং থমজবি।

'ময়ি যেংবা' হায়বসি ময়ি য়েংবিয়ু হায়বিবা হোঙবা-চাউবা অদুগী খূবাক্তু 'পণ্ডিত' অদুনা পায়বগা, মীদুগী খূবাক্কী ময়িশিং, মফম কযাদা যেক্লিবা খূৎযেক কয়া কয়া, খূৎশাশিংগী মওং-মতৌ, খূজিনগী মওংশিং, খূৎনমগী অথা-অবাক, চেল্লিবা ঈগী মচু অমদি খূৎকী মওং-মতৌ কূপ্না য়েংলগা হায়বকপা/ফাওবকপা ময়িগী ফল অদুবুনি।

অশেংবমক্লি, তশেংবমক্লি—খূবাক্তি মীওইবগী শকয়েং মিংশেলনি, মেপনি, মী মীগী লাইবক্কী। মপোক্কী ওইবা ৱাফম কয়াবু মহৌশা লাইবেল্পীগী খূৎই খূৎযেক ওইনা, তাইবঙ মপু মহাক্না খূবাক ময়ায় অসিদা যেক্তুনা/হক্তুনা থম্বিবনি।

খূবাক ময়িগী ফলদি শুকলান লান্দবনি হায়বা ৱাখল্লোন অসি ময়ি যেংবশিংগী থম্মোয়দা চেৎনা থাজনা থম্লবি। অমুকসু, হৌজিক্কী মতমগী ময়ি যেং[illegible]া মওং অসি যাম্না সিস্তেমেতিক ওইবে, ইম্প্রুব তৌবে। কুঠি অমা ইবদা পাঞ্জি অমনা গ্রহ ৯, বাশি তবানিথোই শীজিন্নবা অসিগা চপ হেক মান্নবা মতমগী খূবাক ময়িগী লাইবিকশিংদা খূবাক ময়ায অসিদা গ্রহ ৯ গী লৈফম, বাশি ১২ গী লৈফম খায়দোক্তুনা থম্লবক্লে। কুঠিদগী ৱাৎলিবা হায়ববু পোকপগী মতম অমদি থৱাম্মিচাক/নক্ষত্র ২৭ অসিতা মঙায়বক্লে। অদুগী মথক্তা মচা-খায়না খায়না পুন্সিগী ময়ি, লাইবক্কী ময়ি, থম্মোয়গী ময়ি, হকচাংগী ময়ি, যূম্বানবগী ময়ি, মচা-মশূগী ময়ি, বিদ্যা-মহৈগী ময়ি, শিনফমগী ময়ি, মশাগী মতীক-মগুণগী ময়িনচিংবা হায়না খায়বিবা অসিগী মথক্তা Medical Palmistry হায়দুনা অনাবা মখল কয়া য়েংবা য়াববা ফজত্রবা বিষয অমগা অমুক হাপচীল্লক্তুনা, খূবাক ময়ি পামজবশিংবু শুমহৎলক্লে। ময়ি য়েংবা অফাওবা অমনা য়াম্না থৌনা ফনা অমদি যাম্লসু থাজনা হায়বি—"অনাবগী লাইওং খঙবা হায়বসি ডাক্তবনা নুমিৎ কয়ানি চঙঙি, অদুবু ময়ি য়েংবনদি মীকূপ খবগী মনুংদা হয়বা ঙম্লে।" অকনবা দাবীনি, নুংঙাইত্রবা ৱাফমনি।

কুঠিগী মতাংদা মীৎয়েং অমত্তংগা অমুক থমজবি। মীৎয়েং তাবিসি, খম্থবিয়ু অমদি নৈনবিয়ু।

মৈহৌবোলদগী ঐখোয়গী অহল-লমনশিংনা পঞ্চাঙ্গ হায়বদি (১) তিথি (নুমিৎ), (২) নক্ষত্র (থৱাম্মিচাক), (৩) বাব (নুমিৎ), (৪) যোগ অমদি (৫) কবন হায়বিবা মবম মঙা অসি শোক্না ইববু কুঠি ইবা অমদি

মবম মঙা—পঞ্চাঙ্গবু খঙ-হৈববা মীওই অদুবুনা পাঞ্জি হায়না শকখঙনবক্লি, কৌনবক্লি।

কুঠি অমা ইবদা খ্বাইদগী মক ওইনা লৌগদবা মচাকশিংনা কবি কবিনো হায়বসি খঙফম থোকই। ইহান হানবদা, কুঠি ইগদৌবিবা মীওই অদুনা মমাগী গর্ভদগী তাফম-মফম অদুগী লোঙ্গিচুদ/লেতিচুদ অমদি মীওই অদুগী পোকপগী চপ চাবা মতম অনীসিনি। মবমদি লম-লমগী নোংঙানবা/নুমিৎ থোকপগী মতম মান্নদবনা মীওই অদুনা পোক্লিবা মফম অমদি মতম অনীসি মবী লৈনৈ অমদি খ্বাইদগী মকসু ওই।

য়াম্না লুবিবা ব্রাফমদি অঙাং পোকপগী মতম অসি কবম্না লেপকনি হায়বসিনি। হৌজিক্কী মতমদদি অঙাং পোকপা হায়বসি অয়াম্বনা হোস্পিতালদা পোক্লববনিনা ডাক্তবখানানা পীবিবা পূং অসিদা লৌনবি।

অঙাং অমগী পোকপগী মতম লেপ্লবা মবম অহুমখক লৈ। অহানবদা অঙাং অমনা মমাগী গর্ভদগী তাইবঙপান্দা খোঙদাবকপা মতম, অনীশুবদা অঙাংনা মমাগী পিবূক্লুংদগী থোবকপদগী মপালগী নুংশিৎকা থেংনবদগী হৈনজদদুনা 'হংঙা হংঙা' হায়না হেক কপ্লা মতম (হংঙাগী অহানবা খোম্লোক মতম) অমদি অহুমশুবদা অঙাং অদুগী খোয়বী-লীনশাং অদুবু কক্লুনা মমাগা মচাগা তোঙান-তোঙান তাহনবা মতম অসিনি। হায়বিবা অসিগী মথক্তা, থাঙ থাদুনা অঙাং লৌথোকপা হায়বা অমসু লৈবি। মসিদসু মথক্কী মবম অহুমগী ফোর্মুলা শীজিন্নবা য়াবে।

ভাবতকী মফম অতৈদা কন্না চৎনবিবনা মবম অনীদনি—অঙাংগী অহানবা 'হংঙা' হায়না কপ্লা মতম নৎত্রগা অঙাংগী খোয়বী-লীনশাং ককপা মতম অনীসিনি।

মতাং অসিদা গণেশ ভগবানবু নীংজবা Bejan Daruwalla গী পোকপগী পূংফম অনী অনীনা খুজিং ওইবগা মী অমগী মতীক-মগুণ, মওং-মতৌ, মাগী বাশি-গুণ লেপকনি হায়বা মহাক্লা পুথোকচবা ফোর্মুলা অমত্তং মীংয়েং তাবিয়ুঃ—

**১। পোকপা মতমঃ** অয়ুক্কী পূং ৪ দগী অয়ুক্কী পূং ৬ ফাওবদা পোকপা মীওইশিংদি মায পাক্লল্লি অমদি মশানা মশাবু থাজজৈ। ফীবম

মূর্ত্তিফগল্লি, থবক মশানা খঙনা তৌগল্লি অমদি ইখঙ খঙহৌদনা অফবা লাইবক পীগল্লি।

২। **পোকপা মতমঃ** অয়ুক্কী পূং ৬ তগী অয়ুক্কী পূং ৮ ফাওবা—পূংফম অসিদা পোকপা অঙাংশিংদি ইবায় লায়না ফোঙদোকপা ঙমদবা। যাদবা অঙক-অঙকপা থৌদোক-ব্রাথোক কয়া থোক্কল্লি। মতম অসিদা পোকপা মীওইশিংদি শেল খূচৎ মওং য়াম্না তাদে। থোক্লিবা শেন্থোক্তগী খবচনা কা হেমনদুনা কোক্তা খূৎ হাপকল্লি। মবম অসিনা পূংফম অসিদা পোকপা মীওইশিংদি কোক ঈংথবা, তৌগদবা থবক্কী অকক্নবা পান্দম অমদি অবেপ্পা মশাগী ওইবা ফিবেপ-ব্রাবেপ তঙাইফদনা থমদবা যাদে নৎত্রবদি অব্রাবগী কোমদা তাগল্লি।

৩। **পোকপা মতমঃ** অয়ুক্কী পূং ৮ দগী অয়ূক্কী পূং ১০ ফাওবা পূংফম অসিদা পোকপা মীওইশিংদি মবম কযাদা মবাঙ কাযগল্লি। মরূপ মবাঙ কাযগল্লি, সমাজগী পুন্সিদা অমদি শেন-থুমগী ফীবমদা দবকাব ওইবদগী হেনবা ফল মপোক্কী ওইনা পীবি। নুংশি-চান্নবা মীওই কযাদগী শীংথানীংঙাই ওইবা খূদোল কয়া লাক্কনি। হূমাং কয়া তাদনা, হায়বদি কযা শূদনা দবকাব ওইবদগী হেনবা শেনফম মশানা অদুম লাকচৈ।

৪। **পোকপা মতমঃ** অয়ুক্কী পূং ১০ দগী নুমিৎযুংবা পূং ১২ ফাওবা—পূংফম অসিদা পোকপা মীওইশিংদি তৌজবা শিনফম, থবক-থৌবাঙ অযাম্বদা মপূং ফানা মায় পাক্কল্লি। তৌবতবু ইশাগী ব্রায়েন-বিচাবদি চুম্না চৎপা তাই নৎত্রবদি অব্রাবা ঈপাক্তা তাগল্লি।

৫। **পোকপা মতমঃ** নুমিৎযুংবা পূং ১২ দগী নুংথিল পূং ২ ফাওবা—মতাং পূংফম অসিদা পোকপা মীওইশিংদি মীযাম্না পামগল্লি, মিং চৎকল্লি অমসুং ইনাক-কৈবাকসু খুনগল্লি। মীওইশিং অসি—মখল-মখা কয়াগী মোউযানা মখোযবু শক্তাকপিগল্লি হায়বদি মখোযগী মগুণগী পাউজেল চৎপিগনি। মীওইশিং অসি পূক্নীং ব্রাংগল্লি, মিনুংশি চাউগল্লি, লম চৎকল্লি, ধর্ম্ম-কর্ম্মদা পূক্নীং চঙগনবগা লোয়ননা অব্রাংবা ব্রাঙুলোন ফিলোজোফীসু লৈগল্লি।

৬। **পোকপা মতমঃ নুংথিলগী পূং ২ দগী নুংথিলগী পূং ৪ ফাওবা**-- মতাং পূংফম অসিদা পোকপা মীওইদি অক-অকবা থৌদোক-ৱাথোক য়াম্না থেংনগল্লি। শেন-থুম পুথোক-পুশিন অমদি মসিগা মরী লৈননা বেঙ্ক, লোন্স, ত্রস্ত, পব্লিক ফন্দস, লেগেসিজগী মতাংদা ৱাথোক থোকপা য়াবগী গ্রহ ফল/ইথিল য়াম্না ৱাংনা লৈ। মসিগী মথক্তা নুপা-নুপীগী ওইবা অমদি অশোক-অপন এক্সিদেন্তকী চাংসু যাম্না ৱাংনা লৈবনা, পূংফম অসিদা পোকপা মীওইদি মশানা মশাবু ৱাবকচবা মথৌ তাই অমদি থবক তৌবদা যাম্না চেকশীনবা তাই।

৭। **পোকপা মতমঃ নুংথিল পূং ৪ দগী নুংথিল পূং ৬ ফাওবা**—পূংফম অসিদা পোকপা মীওইশিংদি লুহোং-কৈহোংলবা মতুংদা যাম্না চাওখৎকল্লি। মী তিন্নবা কাববাবসু পক্লে। শ্বাইদগী পক্লবা শিনফমদি মীযামগা হকথেঙননা নৈনবা থবক নৎত্রগা কাববাবনি। তৌবতবু যেক্লবনা কল্লকতুনা মাথা শানবা পোবম কযা শীনবদগী তূম্বা যাদবা, অৱাবা খবদি মাযোক্লগনি। অদুবু লানঙম ফীবাল থেৎতুনা অদোম্মু মীযাম্না শোযদনা শকখঙবিগনি।

৮। **পোকপা মতমঃ নুমিদাং পূং ৬ তগী নুমিদাং পূং ৮ ফাওবা**—পূংফম অসিদা পোকপা মীওইদি মাগা মান্নবা থাক নৎত্রগা মখা থাবগা তিন্ন-তোৎনবনা হেন্না পক্লগনি অমদি কান্নবসু হেনগনি। সমাজগী যাইফনবা ৱাখল চেনগল্লি অমদি সমাজগী সেবক ওইদুনা মীযামগীদমক অৱাবা কোঙ্গায খাঙগনি। মমৈদদি মীযাম্না ব্যবহাব তৌবিবা—নুংশিবিবা মীওই হাযবদু ওইগল্লি।

৯। **পোকপা মতমঃ নুমিদাং পূং ৮ দগী নুমিদাং পূং ১০ ফাওবা**—পূংফম অসিদা পোকপা মীওইদি কলা-বিদ্যা অমদি মমাপূক্লুংদগী শাগোন্নবকপা থোইদোক-হেন্দোকপা তোপ-তোপ্পা মগুণ কযানা লৈতেংগল্লি। পুন্সিবু অফবা মায়কৈদা যেংদুনা খুদোংচাবা কয়াবু মফম-মতাং চানা লৌবদগী অফবা কান্নবা কযামা ফংগনি। হোবীনা শিনফম ওইবা য়াবগী থাক য়াম্না ৱাংঙি। কলা-বিদ্যাগী মপান্না মীনা শকখঙবিবা অমদি অশেংবা পুন্সিদসু অদোমগী থৌদাং য়াম্না চাউই, মকুসু ওই। তৌবতবু হীবম অসিদা কা হেনজিনবিদনবদি হোৎনবিবা তাই।

১০। **পোকপা মতম ঃ** নুমিদাং পূং ১০ দগী অহিং নোংয়াই পূং ১২ ফাওবা--পূংফম অসিদা পোকপা মীওইদি লম-তুগা মবী লৈনবা শিনফমশিংনা হেন্না চানবা ফল ফংঙি। ফার্ম Real Estates অমদি লমগা মবী লৈনবা অতৈ থবকশিং তৌবা য়াই। মক ওইনা মমা-মপানা মীওই অসিগী লাইবক লেপ্পদা য়াম্না মক ওইবা থৌদাং অমা লৌগল্লি। পূংফম-তানফম অসিদা পোকপা মীওইদি হোৎনবা লেপ্পা য়াদে। হোৎনবা লেপ্তুনা অসুম অসুম মাঙলোমদা চঙশিনবিবনা অদোমগী চাওখৎ-যাইফবা শোয়দনা ওইগনি।

১১। **পোকপা মতমঃ** অহিং নোংয়াই পূং ১২ দগী ২ ০০ এ এম ফাওবা—পূংজা অসিদা পোকপা মীওইদি অঙকপা বুদ্ধি-লৌশিং লৈগনি অমদি লমকোযবা, অঙক-অঙকপা থবক কযা তৌনীংগনি। হেন্না চানবা শিনফমশিংদি জর্নেলিজম, টি ভি , ট্রান্সপোর্ট অমদি কম্যুনিকেসনগী শিনফমশিংনি। মতম অসিদা পোকপা মীওইশিংগী শেন্নী-শাবীবা নৎত্রগা মাঙহনবিনবা মীওইশিংদি অদোমগী ইচিন-ইচাও, ইচন-ইচে অমদি যূমলোন্নবশিং ওইবনা হাযবিবা মীওইশিং অসিগা তিঃ বদা য়াম্না চেকশীনবিবা তাই। অদোম সমাজগী থবক তৌবিবদা কা হেন্না চানগনি।

১২। **পোকপা মতম ঃ** ২ ০০ এ এম দগী ৪ এ এম ফাওবা—পূংজা খেনফম অসিদা পোকপা মীওইদি যাম্না ব্রা ঙাঙবা হৈগনি অমদি পুন্সিদা চাবা ব্রাৎলোই। অদোম্না তানবিনিংবা শেনফম তানবিবা ঙমগনি।

---

# ১০

# পাঞ্জিগী মগুণ লৈরবা লাইরিক অহুম

## (১) জাতক তত্ব

**মীওইবা** অমগী মতীক-মগুণপু অপৌবা মবম মঙাগী মীংযেংদা থন্নগা ইবা মমিং লৈববা পাঞ্জিগী লাইবিক 'জাতক তত্ব' ১৮৭১ দা পুথোকখি। লাইবিক অসিগী অইবদি শ্রীমহাদেবজী বেবশঙ্করজী পাঠক কৌই। অদুবু মীয়াম্না 'মহাদেব' হায়বগা হেন্না খঙনবিবা পণ্ডিত অসিবুনি।

পন্দুপ মঙানা শাবা, নীংশিংবা লাযবা সুত্র/শ্লোক ২২৭৭ না শেম্বা হকথেঙননা পাঞ্জিগী লাইফাও পীবিবা লাইবিক্লি। মহাক্কী শ্লোকশিং অসি যাম্না তেল্লি।

লাইবিক অসিদগী সুত্র/শ্লোক খবা লৌখৎচবি।

১। সুত্র ৪৫ দা বুধগ্রহ অসি লৈ-লোম্বা, ফাগি-ফবাং পামজবা, বিদ্যা-মহৈ-মশিংবু পুবা গ্রহনি হায়বি।

**চম্নফমঃ** কনাগুম্বা নুপা-নুপী অমা লৈ লোম্নবদি মহাক্কী বুধগ্রহগী ফীবম য়েংদুনা প্রতিকাব পীগনি।

২। সুত্র ৬১ দা নোংমা হায়বসি নুমিৎ থোকপদগী হৌবগা, নুমিৎনা ঙাল্লিবা মতম পুম্নমক; নুমিৎসিগী অহিং চুপ্পা অমদি মথংগী নুমিৎকী নুমিৎ হেক থোক্লিফাওবনি হায়বসিনি।

**চম্নফমঃ** পণ্ডিত অসিগী মোততি তশেং-তশেংলে। হৌজিক্কী মতমগী মীবোলনা অহিং নোংযাই মতুংদগী মথংগী নুমিৎ লৌবা অসি চুমদে হায়বসি পণ্ডিত মহাদেবনা ময়েক শেংনা উৎলি। নুমিৎ থোকপা অমদগী মথং নুমিৎকী নুমিৎ থোকপা মতম্না নোংমা শাই হায়বসি পণ্ডিতকী চপচাবা মোতনি।

৩। সূত্র ২৫১ দা শনিগী ময়ুমদা ববিনা লৈববদি মী অদুগী মমীৎ তাঙগনি হাযবি/ইবি।

**চম্নফমঃ** মী অমগী পোকপা মতমদা, মহাক্কী মকব বাশি অমদি কুম্ভ বাশিদা ববি লৈববদি মী অদু মমীৎ উবোই। তাঙগনি হায়বসিনি।

মতৌ অসুম্না মীৎ উদবগী মবমদা/মতাংদা তশেং-তশেংবা ফীবম অমা 'জাতক তত্ব' না অবোৎপা অমদি নাকোয়বা লৈতনা ফোঙদোক্লি।

৪। পাঞ্জিগী অতৈ লাইবিক্তা 'জাতক তত্ব' কৌবা লাইবিক অসিনা অঙাং অমগী পোকপগী মতুং ইন্না, কয়াম কুইনা পুন্সিগদগে হায়বদুসু যাম্নমক ময়েক শেংনা উৎলি।

সূত্র ৪৮ দগী সূত্র ১০৭ ফাওবদা অঙাং অমনা পোকপা মতমদা লৈবিবা গ্রহশিংগী ফীবমগী মতুং ইন্না পুন্সিবোল চয়া ওইগনি হায়বদুসু তশেং-তশেংনা উৎলি।

৫। পাঞ্জিগী লাইবিক অসিদা অঙাং অদুগী মপোক-ময়িগী মতুং ইন্না পোকপা ৱাগদবগী মওং/অঙাং মমাগী ফীবম/অঙাং মপাগী ফীবম তক-তকনা, তবং-তবংনা উৎলি। হায়বিবা ফল অসি সূত্র ৪০/৪১/৪২/৪৩/৪৪ দা ময়েক লানা ইবি।

৬। বাহুগী দশাগী মতাংদা দশা-তত্ব হায়বা মঙাশুবা পন্দুপকী সূত্রদা অসুম্না ইবি—

সূত্র ১৮—বাহুযুতস্য দশা বিষ্টদা

**অর্থঃ** কবিগুম্বা গ্রহ অমগী দশাদা বাহুগা পূল্লবদি পামদবা ফল/ফত্তবা ফল ফংগনি।

**চম্নফম ঃ** চন্দ্রগা বাহুগবু পূল্লবসু শুক্রগা বাহুগবু পূল্লবসু নৎত্রগা গ্রহ ৯ গী মনুংদা অতোপ্পা গ্রহ অমগা পূল্লবসু বাহুগী প্রতিকাবনা হান্না তৌদবা য়াদে।

মপূং ফানা অমুক্তং য়েংসি ঃ–

১। ৰবিগা ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

২। চন্দ্রগা ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

৩। মঙ্গলগা ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

৪। বুধগা ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

৫। বৃহস্পতিগা ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

৬। শুক্রগা ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

৭। শনিগা ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

৮। ৰাহু+ৰাহু ৰাহুগা পূনবা দশাদা – ৰাহুগী প্রতিকাবনা তৌগনি।

৯। কেতু+ৰাহু ৰাহুগা পূনবা দশাদা -- ৰাহুগী প্রতিকাবনা হানগনি।

লাইবিক অসিগী মপূং ওইনা তত্ব মঙা অসি পন্দুপ মঙানা শাদুনা উৎলি। অপূনবা শকক্লা তৰাতবেৎনি। অমুক্তং মচা খাযনা য়েংসি।

| | |
|---|---|
| ১। সংজ্ঞা তত্ব | সুত্র/শ্লোক মশীং-৭৬ |
| ২। সুতিকা তত্ব | সুত্র/শ্লোক মশীং-১৬৭ |
| ৩। প্রকিবনা তত্ব | |
| (অ) অহানবা লগ্ন ভাব | সুত্র/শ্লোক মশীং-৩৪৬ |
| (আ) ধন বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-১৩৫ |
| (ই) সহজ বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-৭৩ |
| (ঈ) চর্তুথ বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-১৪৪ |
| (উ) পঞ্চম বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-২১৯ |
| (ঊ) সন্তা বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-১৯১ |
| (ঋ) সপ্ত বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-১৬৭ |
| (৯) অষ্টম বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-১৫৭ |
| (এ) নবম বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-১১৪ |
| (ঐ) দশম বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-২০৪ |
| (ও) একাদশ বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-২৫ |
| (ঔ) দ্বাদশ বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-৪২ |
| (অং) মিশ্রা বিবেক | সুত্র/শ্লোক মশীং-৯৯ |

৪। স্ত্রি জাতক তত্ব সুত্র/শ্লোক মশীং-৭০

৫। দশা তত্ব সুত্র/শ্লোক মশীং-৪৮

অপূনবা সুত্র/শ্লোক মশীং —২২৭৭

মতৌ অসুম্না 'জাতক তত্ব' কৌবা পাঞ্জিগী লাইবিক অসি মীয়াম্বু চুম্না লমজিংলিবা শক্লাইববা পাঞ্জিগী লাইবিক্নি।

## (২) উত্তবাকালমৃত

প্রতাপি বাজা বিক্রমাদিত্যাগী নববত্ন অমা ওইবম্বা অমব কবি মহাকবি কালিদাসনা তৌবম্বা দান অসি সাহিত্যতদা নত্তে, পাঞ্জিগী লমদসুনি।

মহাক্কী মমিং চংলবা পাঞ্জিগী লাইবিক 'উত্তবাকালমৃত' অসিমক মীয়াম্বু লমজীংবিবা মহাকবিগী নীংথিববা বৃংথা লৈবাং অসিগী শকক খবদং লৌখংচবি। মীংয়েং তাবীসি।

**শিবরাত্রি পালন (শ্লোক ৪৫)ঃ** ফাইবেন থাগী ২৯ নি পানববু শিবতিথি/মহাশিবব্যাত্রি হায়না কৌই। নুমিৎ অসিগী নুমিৎ তাবকপগী মশ্লি-মশ্লিবদগী হৌবগা শিব ভগবান অমদি ইমা দূর্গা অনীমকপু পূজা কৎচবা হৌজগনি। নুমিৎনা নোংচুপ চীংয়াদা চৎখিবা মতুং পূং ২ মিনিট ২৪ ফাওবগী মতম অসিদি শিব পূজা কৎচবদা অশেংবা পূংফমনে।

শিববাত্রি নুমিৎকী অহিং নোংয়াই য়ৌবমদাই পূং ১১ মিনিত ১২ দগী অহিং নোংয়াই ফাওবা মিনিট ৪৮ গী মতম অসিনা শিব ভগবান নীংজবগী খ্বাইদগী অফবা মহা নিশান মতমনি।

**কৃষ্ণজন্মগা মশুণ চপ মান্নবা নুমিৎ (শ্লোক ৪১)ঃ** কবিগুম্বা থা অমগী থাবান ২৩ নি পানবদা বোহিনী নক্ষত্র ওইববা অমদি নুমিৎসু যুমশকৈশা ওইববদি নুমিৎ অদু খ্বাইদগী ফবা নুমিৎনে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মপোক নুমিৎ কৃষ্ণজন্মগা চপ মান্নবা মহয় চাউবা নুমিৎনে।

**ফাইরেন থাদা ঈরুজবা (শ্লোক ৪৪)ঃ** ফাইবেন থাগী ৪ নি পানবগী অয়ুক অঙনবদা ঈকজববদি লিনগী লাইনা পেনবী।

ফাইবেন থাগী ৭ নি পানবা, অনুবাধা নক্ষত্রনা ঙানবা নুমিৎতা ঈকজববদি সূর্য্যদেবনা পেল্লি।

**চন্নফমঃ** কনাগুম্বা মহূ পানবনা শোকপগী ফল লৈববদি ফাইবেন থাগী ৪ নি পানবগী অয়ুক ঙন্তা/ঈকজববদি মসিসু প্রতিকাব অমা ওইবে।

কনাগুম্বা অমগী মপোক ময়িদা ববি/সূর্য্যগী মফম শোনবা নৎত্রগা শোকপা ওইববসু ফাইবেনগী ৭ নি পানবগী অয়ুক ঙন্তা স্নান তৌজববদি মসিসু প্রতিকাব ওইবে। অনুবাধা নক্ষত্রনা পানবা নুমিৎ ওইবন্নগনা হেন্না ফৈ হায়বনি। স্নান লোইবগা সূর্য্যদেবদা জুবাকুশুম অঙাংবা কৎচববদি মপূং ফাবা প্রতিকাব ওইবে।

**মচানুপী লুহোংবা নুমিৎতা (শ্লোক ১৫)ঃ** নুপা অমনা মচানুপী লুহোংবা নুমিৎতা মমাকনুপা খুদিংমক অমদি মমাকনুপা ওইগদৌবিবা অদুবু লুনা-চান্না তৌবিগনি, মখোয়দা পেন্দবা অমত্তা থমফবোই। মচানুপী অমত্তগী যুমদা চাক চাফদে।

**চন্নফমঃ** মহাকবি কালিদাসনা পাঞ্জিগী মীৎয়েংদা মকুবোক ওইবিবা নুপা অসিগী পূক্নীং তপথবনা অফবা ফল পীগনি হায়না ইঙ্গিৎ পীবি।

**মীচানুপা অমবু মচানুপা ওইনা য়োকপা নুমিৎতা (শ্লোক ২০)ঃ** কনাগুম্বা মীতোপ/মীচানুপা অমবু মাগী মচা শক্না নাউকোঞ্জবা নুমিৎতা ইহান হান্না নুপামচা অদুদা মানা না অনীদা য়ান্নবা লৈ অনী পীগনি। মসি খুদোল তৌবগী ভাবতা তৌবিগনি। অদুগী মতুংদা অতৈ তৌফম থোকপা অজা-পূজানচিংবা তৌগনি।

**নুংগী অর্থঃ** মহাকবি কালিদাসনা পাঞ্জিগী মীৎয়েংদা কর্ণবেধ/মনা হূৎপা অসিগী কর্ম্মগী ভাব পুশিল্লকই। মচা ওইববনিনা মনা হূৎপগী কর্ম্ম অসি তৌবগা, মীয়ামদা মচা ওইবে হায়বদু লাউথোকহন্নীংবগী অপাম্বা উৎপনি।

**মচা পামজবশিংনা সমুদ্র স্নান তৌরোইদবা নুমিৎশিং (শ্লোক ৫৯):** মচা পোকচনীংবা নুপা-নুপীনা থাংজ, লৈবাকপোকপা, ইবাইদা সমুদ্র স্নান তৌহৈদে। অদুগীসু মথক্তা পূর্ণিমা/থাশি/সংক্রান্তি নুমিৎতা সমুদ্র স্নান যাদে।

**একাদশী পালন তৌবা (শ্লোক ৪৬):** একাদশী নুমিৎ অনী শুববদি লম্বোইবা/লম্বোইবী অমদি লুপ্ত্রাবীশিংনা অকোনবগী একাদশীদা পালন তৌবিগনি।

**চন্নক্ষমঃ** মহাপাঞ্জি/মহাকবি কালিদাসকী মোত অসি য়েংলগদি লুপ্ত্রা/পাস্ত্রা নত্তবা, সন্যাসি লম্বোইবা/লম্বোইবী নত্তবা মীওই পুম্নমক্তা একাদশী ব্রত অসি অহানবগী একাদশীদা লৌফম থোক্লি।

কবিগুরুনা অমৃতগী মশক ওইববা পাঞ্জিগী ব্রাফম কয়া পৃথিবী অসিনা মহাকবিনি হায়না শৈথানবিবা মেঘদূত/লৈচীন দুতি, অভিজ্ঞান শকুন্তলম/শকুন্তলানচিংবা ইবা পৃথিবীদা ফাওববা কলিদাসকী কলমগী ঈচেন্দগী চেম্বকপা ঈচেল কয়া কবিসু লৈত্রবা ঐনা কবম্না শৈথাজগনি। অমত্তংদি হায়জনীংঙি, মহাপাঞ্জি কালিদাসকী লাইবিক 'উত্তবাকালমৃত' মীচম প্রজাগীদি চৈশুনি।

## (৩) য়ুমথোঙ্গী পাঞ্জি

ডিসেম্বব ১৯৬৮ দা শ্রীহিজম মণি সিংহনা 'য়ুমথোঙ্গী পাঞ্জি' কৌবা হীবম ১৩৯ য়াওবা লামায় ১৪০ পানবা পাঞ্জিগী লাইবিক অমা ফোঙখি। লাই ওইব্রবা অহল-লমনশিংনা থুপ্না থম্বিবম্না ব্রাবম কয়া খোমজীল্লগা পুথোকপিবম্না অসিদগী লামায় ১৯ দা য়াওবিবা 'তিথি (থাবান) ৩০ হায়বসি অমুক্তং নীংশিংদুনা য়েংসিঃ–

(১) থাগী নোংমা পানবদা ফি হৌগনু।

(২) নীনি পানবদি নচা-নশু থাজগনু।

(৩) ৩ নি পানবদি শাচৎ-লানচৎকনু।

(৪) ৪ নিদি থোং শাগনু।

(৫) ৫ নিদি শূম্বল-য়াংকোক পায়গনু।

(৬) ৬ নিদি মখোঙ ৪ পানবা লৈগনু।

(৭) ৭ নিদি ফমদুনা লৈযু।

(৮) ৮ নিদি মীবৈবাক চৎহৈদে।

(৯) ৯ নিদি নচা-নমৌ থিগনু।

(১০) ১০ নিদি শমজেৎ হাৎকনু।

(১১) ১১ নিদি শোয়গী ঈপান লোকপা, লূ-লাং শেম্বা য়াদে।

(১২) ১২ নিদি উ কাগনু।

(১৩) ১৩ নিদি ইঙ্খোল-শম্বল খাও। শঙ্গোল শাউ ফৈয়ে।

(১৪) ১৪ নিদি নিংথৌ লায়না পাইখঙবা নুমিৎনি কিগনু।

(১৫) ১৫ নিদি নচা-নশূ থাজগনু। মপামদা হল্লক্কুনা শিবৈএ খঙও।

(১৬) ১৬ নিদি ইঙ্খোল-শম্বল খাও। লন ফংঙি।

(১৭) ১৭ নিদি নচা থাজগনু। যূম শীগনু। থোং শাগনু মপু হাৎলে খঙও।

(১৮) ১৮ নিদি লুহোংও মচা-মশূ য়াম্মা পোকএ।

(১৯) ১৯ নিদি ব্রাচৎ-চৈচৎ শীগনু।

(২০) ২০ নিদি নাই শল লয়। য়াম্মা ফৈ।

(২১) ২১ নিদি যূম শীগনু। শীববদি মপু অদু তাদুনা শিএ।

(২২) ২২ নিদি ঈশৈ লাউগনু। পূং য়ৈগনু লন মাঙএ।

(২৩) ২৩ নিদি ঙা অহাওবা চায়এ।

(২৪) ২৪ নিদি ফি হৌহৈদে। হৌববদি ফি অদু শিখম ফি ওইনিএ।

(২৫) ২৫ নিদি লৌ হুল্লু ফৌ য়াম্মা থোকই।

(২৬) ২৬ নিদি শীংজঙনা শীং খায়গনু ফত্তে।

(২৭) ২৭ নিদি শোয় নপ্পু ঙা য়াম্মা চঙঙি।

(২৮) ২৮ নিদি থাঙ শাও লন ফংঙি।

(২৯) ২৯ নিদি তৌবিবা খিবিক ফৈএ।

(৩০) ৩০ নি পানবদি লৌ উও ফৌ য়াম্না থোকপনে খঙও।

মৈতৈগী ওইবা অহল-লমনশিংগী পাউতাক-পাউমেন অসিদগী ঐখোয়দা কান্ন-কান্নবা খবদং লৌখৎসি।

**ইচা-ইমৌ থিবা ঃ-**

অ। নীনি পানবদি নচা-নশূ থাজগনু।

আ। ৯নিদি নচা-নমৌ থিগনু।

ই। ১৫ নিদি নচা-নশূ থাজগনু। মপামদা হল্লক্কুনা শিবৈএ খঙও।

ঈ। ১৭ নিদি নচা থাজগনু।

উ। ১৮ নিদি লুহোংও মচা-মশূ য়াম্না পোকই।

**মখোঙ ৪ পানবা লৈরোইদবা ঃ-** ৬ নিদি মখোঙ ৪ পানবা লৈগনু। হায়বদি শা-ষণ, শগোল, ইবোই, হামেঙ, য়াও, ওক, হূই-হৌদোঙ নত্তনা কাংথোল/উপু/হবাগাড়ী মখোঙ মবি পানবা লৈবা ফত্তে।

**মীরৈবাক চৎপা ঃ-** ৮ নিদি মীবৈবাক চৎহৈদে।

**লৌ উবা ঃ-** ২৫ নিদি লৌ হল্লু ফৌ য়াম্না থোকই। ৩০ নিদি লৌ উও ফৌ য়াম্না থোকপনে খঙও।

**ফি হৌবা ঃ-** থাগী নোংমা পানবদা ফি হৌগনু। ২৪ নিদি ফি হৌহৈদে। হৌববদি ফি অদু পিখম ফি ওইনিএ।

**ইখোল-শম্বল খাবা ঃ-** ১৩ নিদি ইখোল-শম্বল খাও। ১৬ নিদি ইখোল খাও লন ফংঙি।

**ব্রারোইশিন ঃ-** ঐখোয়গী অহল-লমনশিংনা থম্বিবম্না ব্রাফমশিং অসি ঐখোয়না ইকাইখুম্নদুনা ঙাক্লা চৎসি। অফ-ফত্তসু ইবোয়ননা য়েংবসু য়াই।

---

# ১১

# নুপা-নুপীগী পক্নবা মায়কৈ য়েংবা

কুঠি য়েংলিবা পাজ্ঞিশিংদা য়াম্না তোয়না হংগনবা রাহংশিংগী মনুংদা নুপা-নুপীগী পক্নবা মায়কৈ য়েংবা হায়বসিসু য়াম্নমক মকওইবা খন্নবা য়াবা রাকম অমনি। ইহান হানবদা নবগ্রহ ৯ না পীবিবা মায়কৈশিং অদু হান্না খণ্ডলসি ঃ-

| গ্রহ | পুরিবা মায়কৈ |
|---|---|
| রবি | নোংপোক |
| চন্দ্র | কৌব্রু |
| মঙ্গল | মখা |
| বুধ | অৱাং |
| বৃহস্পতি | চীঙ্খে |
| শুক্র | মৈবম |
| শনি | নোংচুপ |
| রাহু | শঙ্খোং |
| কেতু | চীঙ্খে |

ঐখোয়গী মৈতৈগী পাজ্ঞিশিংনা য়েলহৌঙৈদগী নুপা-নুপীগী পক্নবা মায়কৈ য়েংবদা শীজিন্নবক্নিবা কাণ্ডলোনশিংদি—

১। থৱায় য়ূম্ফমদগী ৭ শুবদা তাবিবা রাশিগী মপু ওইবিবা গ্রহনা পীবা মায়কৈ।

২। য়ুম্ফম ৭ শুবদা লৈবিবা গ্রহ্ অদুনা পীবা মায়কৈ।

৩। কবিগুম্বা ৭ শুবদা গ্রহ্ লৈতবা ওইববদি মফম অদুদগী ৭ শুবদা লৈবিবা গ্রহ/গ্রহশিং অদুনা পীবিবা মায়কৈ/মায়কৈশিং।

৪। কবিগুম্বদা য়ুম্ফম ৭ তা গ্রহ্ ২, ৩, ৪ লৈববসু মখোয়না পীবিবা মায়কৈশিং অদুসু খন্নগনি।

৫। লৈবিবা গ্রহ্ ময়াম অদুদগী খ্বাইদগী মপাঙ্গল কনবা, খবা কনবা, খবা হেনবা শোনবসু খন্দোক্কুনা পক্কবগী চাং লেপ্পগা পক্কবিবা মায়কৈশিংসু লেপ্পিবা য়াগনি।

মীৎয়েং অমবোমদগী অমুক য়েংলগা বাশি ১২ না পীবিবা মায়কৈসু অমুক্তং য়েংসিঃ—

| রাশি | পক্কবা মায়কৈ |
|---|---|
| মেষ | মখা |
| বৃষ | মৈবম |
| মিথুন | অবাং |
| কর্কট | কৌব্রু |
| সিংহ্ | নোংপোক |
| কন্যা | অবাং |
| তুলা | মৈবম |
| বৃশ্চিক | মখা |
| ধনু | চীথ্খে |
| মকব | নোংচুপ |
| কুম্ভ | নোংচুপ |
| মীন | চীথ্খে |

হিন্দুগী মোত্তা মথক্তা পীজখ্রিবা মৈতৈগী পাঞ্জিশিংনা কয়া শীজিন্নদবা মোত খবগা অমুক নৈনবসিঃ—

১। শুক্রনা লৈবিবা বাশি অদুনা পীবা মায়কৈদা পক্কবা মায়কৈ শুনা লেপকনি।

২। শুক্রনা লৈবিবা মফম অদুদগী ৭ শুবা মফম অদুগী বাশি মপু ওইবিবা গ্রহ্ অদুগী মতুং ইন্না পক্কবা মায়কৈ লেপকনি।

মীয়াম্না অমুক্কা হেন্না লায়না খঙবিনবা পক্লবা মায়কৈ ৮ অদুগী ওইবা গ্রহশিংসু অমুক মচা খায়না পীজবি ঃ—

| মায়কৈ | গ্রহ |
|---|---|
| নোংপোক | রবি |
| চীঙ্খৈ | বৃহস্পতি |
| মৈবম | শুক্র |
| নোংচুপ | শনি |
| শম্বোং | রাহু |
| কৌক্রু | চন্দ্র |
| অরাং | বুধ |
| মখা | মঙ্গল |

পাঞ্জি বিদ্যাগী মোত মতুং ইন্না পোকপা নুমিৎকী মতুং ইন্না পক্লবা অমদি পক্লদবা মায়কৈ খায়দোকচদুনা মখাগী অসুম্না পীজবি ঃ—

| পোকপা নুমিৎ | পক্লবা মায়কৈ | পক্লদবা মায়কৈ |
|---|---|---|
| নোংমাইজিং | নোংপোক | নোংচুপ |
| নিংথৌকাবা | কৌক্রু | মৈবম |
| লৈপাকপোকপা | মখা | অরাং |
| য়ুমশকৈশা | অরাং | মখা |
| শগোলশেন | চীঙ্খৈ | শম্বোং |
| ইরাই | মৈবম | কৌক্রু |
| থাংজ | নোংচুপ | নোংপোক |

অবোইবদা নুপা-নুপীগী পক্ল-রায়নবগী মায়কৈ লেপ্লা তাববদি মী অদুগী জন্মকুঠি অদুবু অখঙবা অহৈবা পাঞ্জি অমগা মুন্না তান্নবিবগা মহাক্কী কুঠি বিচারবগী মতুং ইন্না অচুম্বা পক্লবা মায়কৈ লেপ্লিবনা অফবা ফল ফংবিগনি হায়বগী থাজবা থমজবি।

---

# ১২

# কুঠিদগী নুপীগী মপোক ফল য়েংবা

য়ুমগী নুপী ফবগা ইমুং অদু শোয়দনা ফগনি হায়বগী য়াখল্লোন্দা, কবক্বা নুমিৎ থাবান অমদা থবাম্মিচাকশিংদা পোকপীশিংগী অফ-ফত্ত অনীমক লাই ওইত্রবা অখণ্ড-অহৈ, মুণি-ঋষি, পণ্ডিত কয়া কয়ানা নৈনখি।

জ্যোতিবনিবনধগী মোত মতুং ইন্না মতীক-ময়াই চেনবী/হূ পুবী/বিশকন্যা ওইবী অমগী মপোক ময়িগী মবমদা অসুম্না হায়বি—

১। কনাগুম্বী নুপী অমনা নোংমাইজিং নুমিৎতা পোক্লবা, মাগী থাবান্না নীনি পাল্লবা অদুগা মপোক্কী ওইনা থবাম্মিচাক্লা কৃত্তিকা ওইববদি মহাক অদু মহূ-ময়াই কনবী/হূ পুবী/বিশকন্যা ওইবী মপোক ওইগনি।

২। নুপী অদুনা লৈবাকপোকপা নুমিৎনা মপোক নুমিৎ ওইববা, থাবান্না তবেৎনি পাল্লবা অদুগা মহাক্কী থবাম্মিচাক্লা অশ্লেষা ওইববদি হূ পুবী/বিশকন্যা ওইগনি।

৩। কনাগুম্বী নুপী অমনা থাবান তবানিথোইনি পানবদা পোক্লবা, মপোক নুমিৎনা থাংজ তাববা অদুগা মাগী থবাম্মিচাক্লা শতভিষা ওইববসু নুপী অদু মপোক ময়ি কনবী/হূ পুবী/বিশকন্যা ওইগনি।

অতোপ্পা মোত অমদা, জাতক অলঙ্কাবগী মোত মতুং ইন্নদি হূ পুবী নুপী/ওইবগী মবম অহুম পীবি ঃ—

১। নুপী অদুনা থাবান নীনি পানবা ওইববা, থাংজ নুমিৎ অশ্লেষা থবাম্মিচাক ওইববদি, মহাক অদু হূ পুবী/বিশকন্যা ওইগনি।

২। কনাগুম্বী নুপী অমনা তবেৎনি পানবা থাবানদা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা শতভিষা থবাম্মিচাক্তা পোক্লবসু মহাক অদু হূ পুবী/বিশকন্যাগী মপোক তাই।

৩। কনাগুম্বী নুপী অমনা নোংমাইজিং নুমিৎতা থাবান্না ১২ নি পানবদা বিশাখা থৱাম্নিচাক্তা পোক্লবদি মহাক অদু মতীক-মযাই কনবী/হূ পুবী মপোক তাই।

মোত অনী অসি ঐখোযনা নৈনবগা য়েংসি—কনাগুম্বী নুপী অমনা মখাগী মপোক নুমিৎ অমদি থাবান অনী অসি পূল্লবদি মপোক ময়ি কনবী/হূ পুবী ওইগদ্রা য়েংবা তাই অমদি অখণ্ড-অহৈগা তান্নবা য়াই।

১। নোংমাইজিং নুমিৎতা পোক্লগা থাবান্না নীনি নৎত্রগা ১২নি পানবদা পোক্লবা।

২। লৈবাকপোকপা নুমিৎতা পোক্লবা, থাবান্না তবেৎনি পাল্লবা।

৩। থাংজ নুমিৎতা পোক্লবা, থাবান্না নীনি নৎত্রগা তবানিথোইনি পাল্লবা।

৪। শুক্রনা য়ুম্ফম ৭ তা লৈবগা ৭ কী মপুনা ৫ দা লৈববা।

৫। ৭ কী য়ুম্ফমদা অশোনবা পাপগ্রহনা লৈববা, শুভগ্রহ/অফবা গ্রহ (চন্দ্র/বুধ/শুক্র/বৃহস্পতি) না দৃষ্টি মীৎয়েং পীদ্রবা।

৬। য়ুম্ফম ২, ৭ কী মপুনা ৬, ৮, ১২ দা লৈববা।

৭। য়ুম্ফম ৭ তা বৃহস্পতি নৎত্রগা শুক্রগ্রহ লৈবগা পাপগ্রহগা লোয়নববা।

৮। লগ্নদা পাপগ্রহনা লৈববা অমদি শুক্রগ্রহনা য়ুম্ফম ৩/৬/৯/১২ দা লৈববা।

৯। ৭ কী মপুনা অস্ত ওইববা/মপাঙ্গল শোল্লবা।

১০। বাহনা ৭ তা ফত্তবা গ্রহ অনীগা লৈববা।

সমাজদা নুপীনা লৌবিবা থৌদাং য়াম্নমক চাউই। মবম অসিনা কনাগুম্বী নুপী অমা ফত্তবী হূ পুবী মপোক্তবু পোক্লো, লুখ্রা য়ুম্ফম তানবু পোক্লো, মহাক্কী ফত্তবা দোষ কোক্লবা মখল কয়াগী অজা-পূজা, যজ্ঞ অমদি চান-চূনবা প্রতিকাব কয়া অমা মতম চানা অমদি খবা ঙন্না তৌবিবা তাই। হীবম অসিদা লৈবিবা অখণ্ড-অহৈশিংগী মোত/পাউতাক মতুং ইন্না ফত্তববু ফত্তবা ওইদনবা হোৎনবিয়ু।

---

# ১৩

# কুঠি য়েংদনা লুহোংবা

বিজ্ঞানগী যুগ অসিদবু পাঞ্জিদা লুহোংবা নুমিৎ যেংবগী দবকাব লৈবিববা হায়বসি মতমসিগী য়ঙ যঙ লাউবা ৱাহং অমনি। মতাং অসিদা, হীবম অসিগা মবী লৈননা নৈনবা য়াবদি ভাবতকী অফাওবা পাঞ্জি চাৱধবী, তন্ত্র সম্রাতনা পীবা ৱাফম অমা লৈঃ– 'কনাগুম্বা মীওই অমগী ফত্তবা গ্রহগী ফত্তবা ফল পূম্নমক মহাক্কী লুহোংবা মতম/নুমিৎতা হৈকৎ-লৈকৎ/ প্রতিকাব তৌজববদি দোষ পূম্নমক কোকই।' মসিনা তাকপদি মীওইবা অমগী মক ওইনা নুপা অমগী লুহোংবা নুমিৎ হায়বসি কযাদা মগুণ লৈশ্রননো ? অমুকসু মৈতৈগী অহল-লমনশিংনা হায়নবা অমসু লৈবি–'পিবা লুহোংবা নুমিৎতা ইপা-ইপু অপোকপনা লাইবৈবাক্তগী লৈচীলগী পোমায হাংদুনা মচা-মশূ লুহোংবা যেংঙি।'

নুপীবু মীবাযজবগী ৱাফম নৎচদে, লুহোংবা নুমিৎকীদি বব ওইগদৌবিবা অদুনা হেন্না মক ওই। কন্যা অদুদি লুহোংবা হেক লোইখিবদগী ববদুগী তুংইনবী ওইদুনা যূম্মাক-শাগৈ হোংশ্রনি। শম্মা হায়ববদা মমিং হোংবগুম্বনি। মবম অসিনা ওইবা তাই জ্যোতিষনা নুপীগীদি মপোক নুমিৎ নত্তনা অতৈ নুমিৎতা লুহোংবা য়াহন্নি। বেদ-শাস্ত্রনা বব ওইগদৌবিবা নুপা অদুগীদি লুহোংবা য়াদবা নুমিৎ, থৱাম্মিচাক, থাবান, থানচিংবা কয়া কয়া থম্মী। মসি থৌবু ওইগদৌবিবা বব অদুগী দায়ত্ব অদুদা পীবনি। নুপী ওইবী মহাক্কীদি মপুবোইবা অদুনা ফবগা পূম্নমক অফবনি হায়বা হিন্দুগী ফিদম্নফম ওইবা চংনবী অমা লৈবি। ফিদম অসি ঙসি ফাওবা চংনবি।

মতাং অসিদা য়াম্নসু নুংঙাইবা, মতমগী ঈচেল অসিদা চেলহোংগীদি কবিসু অকায়বা লৈতে হায়দুনা নুপাগী কাঙবুগা নুপীগী কাঙবুগা মৈতৈ কেলেন্দব অমমম পায়নবগা পাঞ্জি য়েংদবীদা য়ানবা নুমিৎ লেপ্পা অমসু যাম্মা চংনবক্কি। খন্নবিবা ৱাফম্মা নুপাগী মপোক নুমিৎ, নুপীগী মপোক নুমিৎ নত্তবা চয়োল অমগী মনুংদা নুমিৎ অনীসি খায়দোকশ্রগা লৈহৌবিবা নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা লুহোংবা নুমিৎ লেপ্লে। নৈনজগদৌবিবদি মসিদা

কবি অকায়বা লৈবগে হায়বসিনি। ইপা-ইপুনা লুহোংববু 'শুভ-বিবাহ' হায়বিবসি কবিগীনো? শুভ =অফবা, বিবাহ=লুহোংবা হাযবসিনি লুহোংবগী পান্দম অমদি থৌবাঙ। বব অদুগী কুঠি য়াওদনা কবম্না অফবা 'শুভ-বিবাহ' তাবগী নুমিৎ লেপকদগে? অদুনা অফবা লুহোংবা ওইননবা অকক্লবা নিযম খবদি য়েংদবা/ঙাক্তবা য়াদে।

১। নুপাগী জন্মতাবা/মপোক নুমিৎ পুবা থবান্মিচাক্তা লুহোংবা য়াদে।

২। নুপাগী বাশিদা অয়েৎপা পীবা থাবানশিংদা লুহোংবা য়াদে।

৩। নুপাগী থবান্মিচাক্তগী অশিবা পীবা থবান্মিচাক/অমাং-অতা পীবা থবান্মিচাক/অয়েৎ-অকায় পীবা থবান্মিচাক থোকপা নুমিৎশিংদা লুহোংলবদি ফত্তবা ফল ফংঙি।

৪। নুপাগী মপোকথা লুহোংবা য়াদে। বব ওইগদৌবিবা নুপা অদুগী কুঠি য়েংদনা লুহোংবা হায়বসি ডাক্তব য়েংদনা লায়েংবগা প্রমাণ তৌবা য়াই। ফবে মবায়বক, ফৎত্রে মবায়বক, জয় কৃষ্ণ হাযবগী থৌদৌনি। শম্না হাযববদা লুহোংবা হায়বসি নুপাগীসু নুপীগীসু পুন্সিদা অমুক্তং পীবনি। পুন্সিগী লাইবক লেপকদবা নুমিৎ অসিবু তবাই-তবাইনা লৌবীবা চুমদে। অফবা যূম্বান পুন্সি তানখৎপনি।

নৈনবা য়াবা অমনা 'চেনবা' হায়বসি কবিনো ? নুপী চেনবা নুমিৎতা লুহোংবা নুমিৎকুম লৌবা য়াদ্রি। ওফিসকী লোন্দা হায়ববদি 'নুপী চেনবা নুমিৎ হায়বসি দবখাস্ত থাবগুম্বনি। ফাইল ইখৎপদি হৌবে, অবোইবা অয়াবা ব্রাৎলি।' নুপী চেনবা নুমিৎ অসিনা নুপী-নুপা অনীগী য়ুম্বানবগী পুন্সিদা কবি মক ওইবা পীবা ওইনা মীয়াম্না লৌনবিবগে ? হায়বদি নুপী চেনবা নুমিৎ অসি পাঞ্জিগী ওইনা কবিসু মশীং থাদ্রি, গ্রহগী ফল লৌদে হায়জবগী ব্রানি। ছাপা নমদুনা বার্ত্তন চৎতুনা, লুহোংবা নুমিৎ অদুদগী নুপা অদুগা নুপী অদুগা য়ুম্বানবগী মবী লৈনবে হায়না সমাজনা শকখঙবা হৌবা নুমিৎনি। নুমিৎ অদুদগী মতৈ-মনাও ওইবে হায়বা শকউদবা সমাজগী চৎনবীগী কলম্না ইব্রগদবনি। ঐখোয়না পান্নিবদি অফবনি চাওখৎপনি-নুংঙাইবনি। নুমিৎ থাবান, গ্রহগী খোঙচৎ মুন্না নৈনববা, খঙলবা পাঞ্জি অমবু তানরগা কন্যাগী কুঠি য়াওদ্রবসু বব ওইগদৌবিবা মহাক্কী কুঠি য়েংলগা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পনা অফবা ব্রাখল্লোন ওইগনি হায়না থমজবি। হীবম অসিদা মোত পীবিবকপা খুদীংমক তবাম্না লৌজগনি।

---

# ১৪

# পাঞ্জিগী কালেন্দা অমদি মৈতৈগী লুহোংবা

মৈতৈশিংনা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা কালেন্দাদা মচানুপা অহলগা, মচানুপী অহলগা লুহোংবসি অহল অহুম পূনবা তাই, শূন্য ফল ওই, যাম্না পাঙদে ফত্তে হায়বগী থাজনবী চৎনবী অসি ঙসি কুনমাথোইগুবা শতাব্দী অসিফাওবা চৎনববনিনা অহল অহুম হায়বসিগী চপ চাবা অর্থ অমদি মতম মীয়াম্নসু খঙবগী মথৌ তাবকই।

**মৈতৈগী অহল অহুম ঃ** অহল অহুম হায়বিবসি—

১। জৈষ্ঠ থা—কালেন্দা অসিবু থা অহল কৌই।

২। জৈষ্ঠ বব—মমানা/মপানা পোকচবা কোকহন-লাইহন/ইহান হানবা মচানুপানা বব ওইবা।

৩। জৈষ্ঠ কন্যা—মমানা/মপানা পোকচবী কোকহন-লাইহন/ইহান হানবা মচানুপীনা কন্যা ওইবী।

হৌজিক্তি মীয়াম্না অহল অহুম হায়বসি খঙবিববনিনা পাঞ্জিগী কালেন্দা হায়বিবসি অমুক খঙননবা নৈনবসি।

পাঞ্জিনা কালেন্দা হায়বিবসি কেলেন্দবদা য়াওবিবা/ইবিবা মৈতৈ থাজৎকী কালেন্দা অদু নত্তে। নুমিৎনা বৃষ বাশিদা লৈবা নুমিৎকী খোঙচৎকী মতুংইন্না লৈবা সৌব জৈষ্ঠ মাস অসিবুনি পাঞ্জিগী কালেন্দা হায়বিবসি।

মৈতৈ-হিন্দুনা চৈবাউবা/চড়ক পূজা নুমিৎ অসিগী হেক মথংগী নুমিৎতগী, রবিগ্রহ/Sun/ সূর্য্যদেবনা মেষ বাশিদা নুমিৎ ৩১ লৈ। মসিবু

পাঞ্জিগী লোন্দা সৌব বৈশাখ মাস হায়বদি নুমিৎকী খোঙচৎকী 'শজিবু থা' হায়না খঙনৈ।

অসুম্না, মৈতৈ-হিন্দুগী চৈবাউবা মতুং নুমিৎ ৩১/পাঞ্জিগী শজিবু থা অসি হেক লোইবদগী হায়বদি চৈবাউবা মতুং নুমিৎ ৩২ শুবদগী নুমিৎনা বৃষ বাশিদা লৈবা নুমিৎ অসিদগী পাঞ্জিগী কালেন্থা/সৌব জৈষ্ঠ মাস হৌবে। চহী অসিগী মতুংইন্না কালেন্থা/জৈষ্ঠ মাস অসি নুমিৎ ৩১ না শাবসু লৈ, নুমিৎ ৩২ না শাবসু যাওই।

হৌজিক্তি ইংলিস তারীখতা পাঞ্জিগী কালেন্থা অসি চৎলিবা চহী ২০০৩ অমদি মমাঙগী চহী হায়বদি শোক ২০০২ অমসুং শোক ২০০১ গী পূন্না চহী অহুম অসিগী মৈতৈ কেলেন্দবদা ইবিবা থাবান/থা পূন্না নৈনদুনা য়েংলসি।

| ইংশোক | পাঞ্জিগী কালেন্থাগী ইংলিস তারীখ | মৈতৈ থাজৎ/কেলেন্দবগী থা, থাবান অমদি নুমিৎ |
|---|---|---|
| ২০০১ | মে ১৫<br>জুন ১৫ | কালেনগী ২৩ নি পানবা লৈবাকপোকপা, ইঙাগী ২৪ নি পানবা ইবাই নুমিৎ |
| ২০০২ | মে ১৬<br>জুন ১৫ | কালেনগী ৪নি পানবা শগোলশেন নুমিৎ, ইঙাগী ৪ নি পানবা থাংজ |
| ২০০৩ | মে ১৬<br>জুন ১৫ | কালেনগী পূর্ণিমা/১৫নি পানবা ইবাই, ইঙাগী ১৬ নি পানবা নোংমাইজিং |

মতাং অসিদা মীয়াম্না হেন্না ভাব তাবীনবা মথক্কী চহী ৩ অসিগী মৈতৈ-হিন্দুগী চৈবাউবা নুমিৎকী ইংলিস তারীখ অমদি কেলেন্দবদা ইনবিবা থাবান/নুমিৎ অমুক ইথোকচবি।

| ইংশোক | মৈতৈ-হিন্দুগী চৈবাউবগী ইংলিস তারীখ | মৈতৈ-হিন্দু চৈরাউবগী মৈতৈ থাজং (থাবান/নুমিৎ) |
|---|---|---|
| ২০০১ | এপ্রিল তাং ১৩ | শজিবুগী ২০ নি পানবা ইবাই |
| ২০০২ | এপ্রিল তাং ১৪ | শজিবুগী নীনি পানবা নোংমাইজিং |
| ২০০৩ | এপ্রিল তাং ১৪ | শজিবুগী ১২ নি পানবা নিংথৌকাবা |

অদু ওইববদি ঐখোযনা খণ্ডলে, এপ্রিলগী তাং ১৩ দা মৈতৈ-হিন্দুগী চৈবাউবা তাববদি চহীদুগী মেগী তাং ১৫ দগী পাঞ্জিগী কালেন্দা হৌবগনি। মতৌ অসুম্না, মৈতৈ-হিন্দুগী চৈবাউবনা এপ্রিলগী তাং ১৪ ওইবগনা পাঞ্জিগী কালেন্দানা মেগী তাং ১৬ তগী হৌবগনি। মমাঙদা পঞ্জম্রে, পাঞ্জিগী কালেন্দা অসি নুমিৎ ৩১ নৎত্রগা ৩২ না শাই। শোক ২০০১ দা নুমিৎ ৩২ না শাখি, মথং চহী ২০০২ অমদি ২০০৩ দদি নুমিৎ ৩১/৩১ না সৌব জৈষ্ঠ মাস/পাঞ্জিগী কালেন্দা শাখি।

---

# ১৫

# কুঠি য়েংবদা রাহুগ্রহগী মফম অমদি মগুণ

নবগ্রহ মাপনগী মনুংদা মমিগ্রহ অমনি হায়না খণ্ডনবিবা রাহুগ্রহনা মী অমগী জন্মকুঠিদা কবম্বা মফম কনবগে অমদি মহাক্কী তোপ-তোপ্পা মতীক-মগুণ কবিনো হায়বসি খিজিনবা/নৈনবগী মখৌ তাই।

রাহুগ্রহগী মতীক-মগুণগী মবমদা পাঞ্জিগী অবিবা লাইবিকশিং—মানসাগরী, জাতকভরর্নম, সর্ব্বার্থ চিন্তামনি, ফলদি পীকা, উত্তরকালমৃত, বৃহৎপরাশরা হোরা শাস্ত্র, লঘু পরাশরী অমদি ভাবরথা রত্নাকরনচিংবদগী মীৎয়েং কয়া নৈনবা য়াই।

হিন্দুগী মীৎযেংদা রাহুগ্রহ হায়বসি ফত্তবতা পীবা মমিগ্রহ ওইনা লৌনরবসু, রাফম অসি পৃমচুম্মক চুম্বা রাকম্মক্তি নত্তে। গ্রহ অসিনা অফবা পীবা মতাং, মতম অমদি দশা লৈ। রাহুগ্রহগী মরুপ গ্রহ অহুম লৈ। মখোয়শিং অদুদি—বুধ, শুক্র অমদি শনি। হায়বিবা গ্রহ অহুম অসিনা মপু ওইবা রাশিশিংদা রাহুগ্রহগী অফবা ফল পী।

জাতকভরর্নম কৌবা মমিং লৈববা পাঞ্জিগী অবিবা লাইবিক্তা রাহুগ্রহগী লৈফম তবানিথোইগী অফ-ফত্ত তাক্লিবা অসি অমুক্তং নৈনসি।

| লৈফম/য়ুম্ফম | ফল |
|---|---|
| ১। লগ্নদা রাহু লৈবা | অফ-ফত্ত ফল য়ান্নে। |
| ২। লগ্নদগী ২ দা রাহু লৈবা | পাণ্ডদে, ফত্তে। |
| ৩। লগ্নদগী ৩ দা রাহু লৈবা | অফবা ফল পী। |
| ৪। লগ্নদগী ৪ দা রাহু লৈবা | পাণ্ডদে, ফত্তে। |

৫। লগ্নদগী ৫ দা বাহু্ লৈবা পাঙদে, ফত্তে।
৬। লগ্নদগী ৬ তা বাহু্ লৈবা অফবা ফল পী।
৭। লগ্নদগী ৭ তা বাহু্ লৈবা পাঙদে, ফত্তে।
৮। লগ্নদগী ৮ দা বাহু্ লৈবা পাঙদে, ফত্তে।
৯। লগ্নদগী ৯ দা বাহু্ লৈবা পাঙদে, ফত্তে।
১০। লগ্নদগী ১০ দা বাহু্ লৈবা অফবা-ফত্ত য়াম্নে।
১১। লগ্নদগী ১১ দা বাহু্ লৈবা অফবা ফল পী।
১২। লগ্নদগী ১২ দা বাহু্ লৈবা পাঙদে, ফত্তে।

**রাহুগ্রহনা উকল, ঙাকপী-কনবিবা গ্রহ ওইবাঃ**

মীয়াম্না পাঞ্জি য়েংবদা শগোলশেন উকল হায়বা ব্রাফম অসি খন্নে, তান্নে। অদুবু বাহুগ্রহগী উকল হায়বা ব্রাফম অমা লৈবিবসি মীয়ামদা অনৌবা ওইবনা অমুক্তং তান্নসি, নৈনসি।

১। বাহুগ্রহ্না ফৃস্ফম ৩, ৬ অমদি ১১ দা লৈববা অমদি অফবা গ্রহ্ অমনা মীৎযেং দৃষ্টি পীববদি ফত্তবা পূম্নমক ঙাকপী-কনবিদুনা অফবা উকল ওইবা গ্রহ হায়বদু ওই।

২। বাহুগ্রহনা যৃস্ফম ৩, ৬ অমদি ১১ দা লৈববা অমদি গ্রহ্ অতৈনা মিথুন, সিংহ, কন্যা, তুলা, বৃশ্চিক অমদি কুম্ভ বাশিশিংদা লৈববসু বাহুগ্রহনা ফত্তবা দশা-লাংফম পূম্নমক ঙাকপী-কনবিদুনা অফবা উকলগ্রহ্ হাযবদু ওই।

**বাহুগ্রহদা ফত্তবা গ্রহনা মীৎয়েং চঙদুনা ফত্তবা ফল পীবাঃ**

বাহুগ্রহগী শাথীবা মতীক-মগুণ অমদি মহাক্না ফত্তবা গ্রহ্‌গা লৈমিন্নববদি ফত্তবা ফল পী।

প্রমাণ অমা—মচাগী মফমদা বাহুগ্রহ্ লৈবে অমদি মফমসিদা শনিনা দৃষ্টি পীবে। ফলদি মীওই অসি মচা পোক্তে।

**রাহুগ্রহ থেম্বা অমদি হায়জবা য়াব্রা ?**

বাহুগ্রহ থেম্বা য়াবা অমদি হায়জবা যাবা গ্রহনি। মাবু থেম্নবা উপায়—প্রতিকাব খবদং থমজবিঃ—

১। থাংজ নুমিৎতা বাহুনা পেনবিনবা ব্রত কৎপা।

২। দূর্গা দেবী, শিব মহাদেব অমদি ভৈবব মহাদেব খুকমজবা।

৩। বাহু শান্তি হাইদোকপিবা।

৪। গোমেদ লকী ম্তোন শকপা।

৫। বাহুগ্রহদা হৱাই উবোন কৎচবা।

৬। মোংশোঙদা বাহুগ্রহগী প্রতিকাব থাদোকপিবা।

৭। লিন মখুন্দা বাহুগ্রহগী প্রতিকাব কৎপিবা।

**ৱাহুগ্রহগী দশা মতমদা অফবা ৱাহুৱা, ফত্তবা ৱাহুৱা ম্নেংবা ঃ**

১। অফবা বাহুনা অফবা ফল পীবদি—বাহুনা উচ্চ ওইববা, অফবা গ্রহনা দৃষ্টি পীৱবা, যোগকাবক ওইবা, কেন্দ্র অমদি ত্রিকোন তাববা, ৩, ১১ দা লৈববা অমদি লগ্নদগী থীবদা অফবা বাশিশিং ওইববা।

২। ফত্তবা বাহুগ্রহনা ফত্তবা ফল পীবা—মূন্ফম ৮, ১২ দা বাহুনা ফত্তবা গ্রহগা লৈমিন্নবা, মাবক (ফত্তবা) মফমদা লৈববা নৎত্রগা নিচ্চ মফমদা বাহু লৈববদি ফত্তবা ফল পী, ফংঙি।

**ৱাহুগী অমৃতবানি অহুম ঃ**

১। বাহুনা অফবা গ্রহগা তিন্নবা দশা মতম অদুদা অফবা ফল পী হায়না লৌগনি।

২। বাহুনা ফত্তবা গ্রহগা তিন্নবা দশা মতম অদুদা ফত্তবা, পাঙদবা, পামদবা ফল পীবা দশা মতাংনি, তাঙ্কক্লি হায়না লৌগনি।

৩। বাহুগ্রহনা কন্যা, বৃশ্চিক নৎত্রগা মীনা বাশিশিংদা চাবা দশা মতম অদুদদি ফত্তবা ফল পীগদবসু অফবা ফল পীগনি হায়বগী ভাবতা পুগনি।

---

# ১৬

# লকী স্তোন হকচাংদা পকপদা পাঞ্জিনা গোচর দশা য়েংবা

*নোংমদোনথক্তা গ্রহশিংনা মাগী মাগী খোঙচংতা চংনদুনা, পোকপা* মতমগী বাশি বাশিদুগী মতুং ইন্না য়েংনবিবা দশা মখল অসিবু পাঞ্জিশিংনা গোচব দশা নৎত্রগা অপাইবা দশা হায়না খঙনৈ। অনৌবা মতমগী থিজিল্লিবা পাঞ্জিশিংনা ইনৌ নৌনা পুথোবকপগী মতুং ইন্না গ্রহশিংগী অখন্নবা গোচব দশা মনুংদা লকী স্তোন শাবা অমদি হকচাংদা পকপনা হায়নীংঙাই লৈতনা কান্নবা পী হায়বসি খঙলে।

**মঙ্গল গ্রহগী লকী স্তোনঃ** গোচব দশাদা, মঙ্গল গ্রহনা মকব অমদি *মেষ বাশিদা লৈবা মপাঙ্গল খ্বাইদগী হেন্না কনবা ওইবনা*, মতাং মতম অসিদা মঙ্গল গ্রহগী লকী স্তোন, বেদ কোবেল নৎত্রগা মাগী মহুৎ নূংশিং হকচাংদা পকপা য়াম্না ফৈ অমদি থোইদোক-হেন্দোক্লা কান্নবা ফল পী।

**কান্নবাঃ** মতম অসিদা লকী স্তোন, বেদ কোবেল নৎত্রগা মাগী মহুৎ নূংশিং শীজিন্নববদি মহৈবোয়শিং নৎত্রগা পবীক্ষা/কম্পিতিসন য়াওগদৌবশিংদা মায় পাকপা ফল পী। য়ূম পানবা থেঙথহনবা নৎত্রগা য়ূম্বানবগী মবীদা অকায়বা অয়েংপা পীবা থৈদোকহনবিদুনা অথুবা মতমদা য়ূম্বানবগী ফল পী। মচিং-মথৌনাদা নুপা-নুপী থোকহল্লি অমদি ঈগী লায়নানা নাবা, শোক্কন-পনগনবা, এক্সিদেন্ত থোক্কনবা কাঙবুশিংনা নূং অসি শীজিন্নবনা হায়নীংঙাই লৈতনা কান্নবা পী।

**বুধ গ্রহগী লকী স্তোনঃ** ইমবেলদনা বুধ গ্রহগী লকী স্তোননি। গোচব দশানা কন্যা বাশিদা বুধ গ্রহনা লৈবা মতমদা লকী স্তোন অসি শাগনি অমদি যূমশকৈশগী অযূক অঙনবা অমদা হকচাংদা পক্কনি।

**কান্নব ঃ** লকী স্তোন অসি শীজিন্নবনা বুদ্ধি-লৌশিং শোইবোম্বা ফহল্লি। লৈ লোম্বা, ব্রা ঙাঙবদা অব্রাবা পীবা কোকহল্লি, নীংশিংবগী শক্তি হেনগৎহল্লি। শম্না হাযববদা লকী স্তোন অসি মহৈবোযশিংগীদমক্তনি। বেদ কোবেলগা ইমবেলগা অনী পূন্না শীজিন্নববদি পৰীক্ষা অমদি কম্পিতিসন কযাদা মকোক থোংবা ঙমহল্লি অমদি চাউনা মায পাকপা ফল পী।

**শুক্র গ্রহগী লকী স্তোনঃ** গোচব দশাগী খোঙচৎতা শুক্র গ্রহনা মীন বাশি নৎত্রগা বৃষ বাশিদা লৈবা মতমদা লকী স্তোন ওইববা দাইমন্দ, হ্বাইত সেফাযাব নৎত্রগা হ্বাইত কোবেল অসি শাগনি অমদি হকচাংদা পকপিগনি।

**কান্নবা ঃ** অখন্নবা মতমসিদা লকী স্তোন মখল অসি হকচাংদা পক্কুনা শীজিন্নববদি নুপী-নুপাগী নুংশি-নুংওল অমদি সংসাবগী ওইবা নুংঙাইবা ফংহল্লি। লন-থুম চাওখৎপা পী। তন্দে-মান্দে তৌবম্না ব্রাখলবু অব্দ-অনান পামহন্দুনা নুংঙাইবা পুন্সি অমদা চিংশিনবী। গাডী থৌবা দ্রাইভবশিংনা লকী স্তোন অসি শীজিন্নবদা হাযনীংঙাই লৈতনা কান্নবা পী।

**বৃহস্পতি গ্রহগী লকী স্তোনঃ** বৃহস্পতি গ্রহগী কান্নববা মঙালনা তাইবঙ মীবু মায পাকহনবী। গ্রহ অসিনা মাগী গোচব দশাদা কর্কত বাশিদা নৎত্রগা ধনু বাশিদা নৎত্রগা মীন বাশিদা লৈবা মতমদা যেলো সেফাযাব/ যেলো তোপাজ নৎত্রগা মাগী মহুৎ নূং শীজিন্নবনা খ্বাইদগী অফবা ফল পী।

**কান্নবাঃ** নুপী ওইবীশিংনা শীজিন্নবগা অফবা মপুবোইবা পীবি। নুপা ওইবশিংনা শীজিন্নবগা লানঙম ফীবাল থেংলি। উকন-মতেঙ পীবা, বুদ্ধি-লৌশিং চাওখৎপা পীবি। ফত্তবা থৌদোক ব্রাথোক লাক্কদৌবা খিবিক্তগী ঙাকপী-শেনবী। লন চাওখৎপা পী অমদি ব্রাখলগী মঙাল থোকহনবী।

**কেতু গ্রহগী লকী স্তোনঃ** কেতু গ্রহনা ধনু বাশিদা গোচব দশা ওইবা মতমদা মাগী মশাগী ওইবা লকী স্তোন কেৎস আই অসি শীজিন্নগনি।

**কান্নবাঃ** কেতু গ্রহগী কেৎস আইদি কাব্রবাব তৌবশিংদা খ্বাইদগী হেন্না কান্নে। শিকম-নাকম তৌববা অমদি শিথববা কাববাব ফাওবা কেৎস

আই শীজিন্নবনা মীওই অদুগী কাববাব চাওখৎহল্লি। মীনা যেংশিনবা, মীনু চঙবা লকী স্তোন অসিনা ফহল্লি। নুপী-নুপা খাইনবা নৎত্রগা লাপ্নবগী রাখল লকী স্তোন অসি শীজিন্নবনা ফহল্লি। যেলো সেফাযাব অমদি কেৎস আই অনী পূন্না শীজিন্নবনা কাববাবদা য়াম্মা কান্নবা পী।

**চন্দ্রগী লকী স্তোন ঃ** চন্দ্রগী লকী স্তোন মুক্তা নৎত্রগা মুনস্তোন অসি চন্দ্রনা বৃষ বাশিদা লৈবা মতমদা শাগনি অমদি হকচাংদা পক্কুনা শীজিন্নগনি।

**কান্নবাঃ** লম-তু চৎপদা হাযনীংঙাই লৈতনা কান্নে। নূং মখল অসি শীজিন্নববদি মমানা মচাবু কোনবিদুনা ঙাকপি-শেনবিবগুম লন হেনগৎহল্লি। মক ওইনা পূক্লীং শান্তি ফংহল্লি। লোযননা হকচাংসু ফগৎহল্লি।

**শনিগী লকী স্তোন ঃ** শনি গ্রহগী গোচব দশাদা তুলা বাশিদা লৈবিঙৈদা ব্লু সেফাযাব অসি শাগনি অমদি হকচাংদা পক্কনি।

**কান্নবাঃ** অৱাংবা থাক্কী মহৈ-তন্নিবশিং, মক ওইবা বিসার্চ তৌবিবা মীওইশিংনা লকী স্তোন অসি শীজিন্নবনা খ্বাইদগী কান্নবা ফংঙি। শনিগী চৈথেঙ ফংলবা মীওইশিংনা শনি গ্রহগী কৃপা ফংজদুনা অৱা-অনা তাববা কযা কোকচৈ। গ্রহগী অৱাবা পীবা দশা কযাদগী ঙাকপী-কনবিদুনা নুংঙাইবা পুন্সি ফংজৈ। ইতোপ তোপ্পা মীৎযেং অমদনা, মী মীদুগী থৱায পূক্ষম লগ্নদা/লগ্ন বাশিদা অমদি লগ্নদগী ১০ যূক্ষমদা গ্রহদুনা গোচব দশা ওইবা মতমদসু গ্রহ গ্রহদুগী লকী স্তোন শাবা-শেম্বা অমদি হকচাংদা পকপদা হাযনীংঙাই লৈতনা কান্নবা ফল পী হাযবা মোতসু লৈ। থা পানখৎলকপদা লকী স্তোন শাবা অমদি হকচাংদা পকপনা হেন্না ফৈ হাযবা মোতসু লৈবি। অমবু ওইবে অমবু ওইবে অদোম্মা লকী স্তোন পকপিবা মতমদা অদোম্মা থাজবিবা খঙ-হৈববা পাঞ্জি অমগা কৃপ্পা তান্নবিবগা অফবা মতম-পূংফম চপচানা লকী স্তোন পকপি-শিবিদুনা কান্নবা ফংনবা হোৎনবিযু অমদি মঙ্গল ওইবিযু।

---

# ১৭

# নোংচুপকী মীৎয়েংদা পাঞ্জি অমদি কুঠি

পৃথিবী অসিদা নোংপোক্কী মীৎয়েং অমদি নোংচুপকী মীৎযেং হায়দুনা ইপৌ পৌনা খায়বা য়াবি। ভাবতকুম্বা অধ্যাত্মীক্কী শক্তি, যোগসাধনা অমদি ঈশ্ববগী ওইবা ৱাখল্লোন্না ওমতক চৎপা লৈবাকশিংগী ৱাখল্লোনবু নোংপোক্কী মীৎয়েং হায়না লৌবা য়াই। অমবোমদা অমুক সাইন্স বিজ্ঞানদা নম্না য়ুম্ফম ওইবা ইংলেন্দ, ইয়ুবোপ অমদি আমেবিকানচিংবা লৈবাকশিংগী মোতপু ঐখোয়না নোংচুপকী মীৎয়েং হায়না খন্ন-নৈনবা য়াই।

ঐখোয়না চাওখৎলে হায়না লৌনবিবা নোংচুপকী মীওইশিং অমদি জাতিশিংনা পাঞ্জি বিদ্যাবু কবম্না লৌবগে অমদি কুঠিবুনা কবিনি হায়না য়েংবগে হায়বসি নৈননীংঙাই ওই। নোংচুপকী মীৎয়েংদা পাঞ্জি বিদ্যা হায়বসি মীওইবনা মালংথক্তা লৈবিবা গ্রহশিংগা মীওইবা জাতিগা কবি মবী লৈনবগে হায়না তাক্লিবা, উৎলিবা অমদি নৈনবিবা অদুবু পাঞ্জি বিদ্যা হায়না কৌই হায়বসিমদি মীপূম তিংনা য়ানববা সিস্তেমেতিক ওইবা ৱাফম্নি অমদি ৱাখল্লোন্নি।

চাউরাক্লা খৃষ্টনা পোক্কদবা চহী লীশীং তবাবোমগী মমাঙদদি, হায়বদি ঙসিদগী চাউবাক্লা চহী ১২,০০০ বোমগী মমাঙদদি শাদানবশিংনা কম্ভবী শজিশিংগী মচীশিংদা নুমিৎ নুমিৎকী ওইবা মমি তাহন্দুনা শেন্নগা থাগী খোঙচৎকী পাদম লৌনবম্মী। মসিনা পাঞ্জি বিদ্যাগী ইহানমক হানবা, পাঞ্জি বিদ্যাগী ইতিহাস হৌবকপগী খ্বাইদগী পূক্রীং নুংশিবা অমদি পূক্রীং শুমহৎনীংঙাই ওইবনি। মীওইবনা মতমদুদা বিজ্ঞানগী ওইবা খুৎলায়শিং হায়বদি মেপ,

তেলিস্কোপ নৎত্রগা অতৈ অফবা খূজু-খূৎলায়শিং শীজিন্নবম্বা নত্তে। তৌবতবু মতমদুগী মীওই/মীওইশিংগী মহৌশাগী ওইবা পোৎলমশিংবুদি য়াম্না কূপ্না য়েংলম্মী, থিজিন্নম্মী অমদি ৱাখল খন্থবম্মী।

অমুকসু মীওইবনা শুকংদা লৈবিডে মতমদা মহৌশা লাইবেম্বীগা মীওইবগগী মবক্তা তৎন-থানবা য়াদ্রবা লীপূন অমা লৈ হায়বদুসু মহাক মশাদি খঙজবম্মী। মতাং অসিনা য়ূম্ফম ওইবগা, মহাক্না কবম্বা মতমদা মনা-মশীং থাগদগে, কবম্বা মতমদা শাদানবা চৎকদগে অমদি মহাক মথন্তা হিংজনবা মহৌশাগী ওইবা ফলশিং অদুদা মহাক্না মমূৎ তানা নৈনখি। হাঙল-অতিয়থকসিদা হিহোনবশিংনা য়েংজবগা থাগী খোঙচৎ অমদি সমুদ্রগী ঈথক হৌবা/হৌদবা হায়বা ৱাফমসিসু মীওইবনা নৈনখি। য়াম্নমক নুংঙাইবিবা ৱাফমদি শাদানবশিংনা থাগী খোঙচৎ য়েংজবগা শাশিংগী লীচৎ-শাজৎ খঙবা ঙমখি হায়বসিনি।

মীওইবনা থাগী খোঙচৎ অসি নৈনবা হৌবদগী প্রেভিস্তিব, এস্ত্রোলোজী হায়বা ৱাফম অসিগী হৌবকফম ওইবকখি। মসিদগী মহাক্না ফংলকখিবা জ্ঞানদি কবম্বা মতমদা মতৈ-মনাওগী মবী ফগৎপগে, মীগা শাগগী য়ানবা নুংশিনবা মতম অমদি ঈশ্বরগী ওইবা থবকশিংগা মবী লৈনবগে হায়বসু খঙলকপা ঙমখি। মতৌ অসুম্না নুমিৎ, থা অমদি থৱাম্মিচাকশিংগা মীওইবগা লৈনবা মবী অদু তপ্না তপ্না খঙলকখি। মতমদুগী চাওখৎত্রিবা মীওইশিংনা পানখৎলকপা থাবানশিংবু থাগী য়েৎথংবা খূৎনি হায়না খঙনবম্মী অমদি শিথবকপা থাবানশিংবুনা ওয়থংবা খূৎনি হায়না লৌনবম্মী অমদি মীওইবগী খূৎ অনী পানবগুম থাগীসু য়েৎ-ওয়গী খোঙচৎ হায়দুনা লৌনবম্মী। ঙসি চাওখৎলে হায়বিবা মতমসিদসু থাগী খোঙচৎ নৈনবা ঙাক্তি। অসুম্না চাওখৎত্রিবা মতমগী মীওইশিংনা খন্নবম্নিবা অদুগা থোইনা খেন্নবা নত্তে হায়বসিনি। হৌজিক্তি নোংচুপকী মীৎয়েংদা কুঠি হায়বসি কবিনো হায়বা অমুক য়েংলসিঃ– "The horoscope is a map of the psyche of the individual It's a kind of blue print, a seed plan, a model of the energies and drives which make up, any person Because its calculate precisely for time and

place It is unique, unlike the sun sign column Even identical twins are born at least four minutes apart, and in four minutes the picture has shifted The horoscope maps out the potential pattern of the individual " কুঠি হাযবসি মী অমগী নুংগী ওইবা, মপোক্কী ওইবা অমদি তৌবা ঙম্বা শক্তিশিংবু উৎপা ঙম্বা মেপ অমনি হাযনা নোংচুপকী মীওইশিংনা লৌনবি। পোৎ অসিদগী হোৎলগা তুংগী লাইফাও কযা চুম্না হাযবা ঙমগনি হাযবগী অচেৎপা থাজবসু থম্নবি। অঙাং ফাইবোক পোকপা মতমদা মিনিট মবি খেন্নবিবসিদা অঙাং অনীদুগী পুন্সিদা, ব্রাখলদা, মীৎযেংদা কযাদা খেন্নবা যাবগে হাযবসিসু য়াম্না নৈননীংঙাইনি।

ঐখোযনা কুঠি ইবা মতমদা চপ চাবা পৃংফমগী দবকাব লৈ হাযবসি চাওখৎলে হাযবিবা নোংচুপ জাতিগী মীৎযেংনি। খবদং শব্দোক্লা হাযববদা কুঠিনা মী অমগী শক্তি, অপাম-পামদা, তৌবা ঙম্বা-ঙমদবা অমদি ওইবক্কদৌবিবা পুন্সি খোঙচৎপু তাকই/খঙহল্লি হাযবসি নোংচুপকী মীওইশিংনা থাজনা থন্নিবা ব্রাফম্নি। মীওই অমগী জন্মকুঠিনা মহাক্কী নুংগী ওইবা ব্রাখলবু শক্তাকই। কুঠি য়েংবা হাযবসি মী অমগী তৌবা ঙম্বগী শক্তিবু নৈনজবনি হাযবসিসু নোংচুপকী মীৎযেংনি হায়বসিদা কবিসু অকাযবা লৈবোই। শম্না অমদি শমজীন্নমক হাযরদা, চাওখৎলবা নোংচুপকী খুৎয়েংদা পাঞ্জি বিদ্যা অমসুং কুঠি হাযবা পোৎ অনীসিবু অব্রাংবা থাক্তা থন্নি অমদি মসিবু শৌগৎলি হায়বসিনি।

---

# ১৮

# পাঞ্জিগী মীৎয়েংদা শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম

## (গ্রহশিংগী দশা ঙাকপীনবা অমদি মীওইবগী অন্না-অনা কোকপিনবা প্রতিকাব)

মীওইবগী দশা-লাংফম্না যৌনা মফৎলক্রুবা, মীদুগী চহীগী ওইবা কর্ম্মযুগ, ছত্রযুগ, ত্রিপাপদশা তাবক্লবা অমদি মহাক্কী মপোক পুবিবা হবান্মিচক্র পাতালদা তাবা কুম ওইববা লোযননা গ্রহগী যোগীনিগী দশাগী লীলা/অবাবা চৈথেঙ কযা ফংলক্লবদি যেলহৌঙৈদগী হৌনা মণিপুবগী পাঞ্জিশিংনা শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম তানবা প্রতিকাব ওইনা পীনবক্লি। মতাং অসিদা শেংদোকচনীংবদি প্রতিকাব হাযবসি অচম্বা লোন্দা হন্দোকচবা তাববদি ফঙববু অফবা ওইহন্নবা লম্বী/মবম হাযবা তাবে। ইংলিসতনা "Remeday" হিন্দীদনা "উপায়' হাযনা খঙনৈ। প্রতিকাব মখল কয়াগী মনুংদা ঈশ্বরগী নাম তাজবগা অন্না-অনা কোকচবা অসিবু 'নাম প্রতিকাব' হাযনা খঙনৈ। অমুকসু ঈশ্বরগী নামবু খোঞ্জেল ওইনা অখঙবা ব্রাহ্মণনা তাহনবিবনা মসিবু 'ধবনি প্রতিকাব' হাযনা কৌনৈ। ইংরাজীদা হায়ববদা 'নাম প্রতিকাব' বুনা Prayer/Name Remeday অদুগা 'ধবনি প্রতিকাব' বুনা Sound Remedy হাযনা খঙনবা যাই। অমুকসু শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনামগী নাম অমমমনা 'মন্ত্র' অমমম ওইবনা শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম মশিগী 'মন্ত্রপ্রতিকাব' সু অমুক ওইবে।

মক ওইনা কনাগুম্বা মীওই অমদা/ইমুং অমদা, পুঙমদ্রবা কনা-অযেক নংলবা, খাঙঙমদনা মীশি-মীনা তোয়বক্লবা অমদি মীওই অদুগী শুমাঙদা লা তাউ হাযবা দশা অদু তাবক্লবদি শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম—

শ্রীশ্রীগোপালদেবগী অমৃতগা পাংথক্লববা নাম লীশীং অমা অসিবু ইমুংদুগী মীওইশিংনা পূক্লীং শেংনা/চঙনা তাজববদি অৱাবা ওম্নমক কোকচৈ হায়দুনা ঙসি ফাওবা ভগবানগী নাম অসি তাজবক্লি। মতাং অসিদা 'নাম তাবা' অমদি 'নাম শোনবা' হায়দুনা অনী থোক্লা লৈবে। কনাগুম্বা মীওই অমনা অখঙবা ব্রাহ্মণ-পণ্ডিত অমনা শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম অসিবু পাঠ তৌবগা তাজবিবা মীওই অদুবুনা 'নাম তাবা' কৌই অদুগা মীওই অদুনা মশানা সহস্রনাম অসিবু পাজবগনা 'নাম শোনবা' হায়না খঙনৈ। অনী অসিমক ফল চপ মান্নে।

মৈতৈ লৈবাক অসিদা চৎনবিবদি, অখঙবা অহৈবা ব্রাহ্মণনা শ্রীশ্রীগোপালদেববু সেবা কৎচবিবা মীওই অদুগী শুমাঙদা/তুলসীবোংদা/ শঙ্গোয়দা লেঙশিল্লগা, শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম অসি সাধু-বৈষ্ণব, অহল-লমন কয়াগা, ইমুং অদুগী মীওইশিংগা লোয়ননা ভগবানগী মিংলেন লীশীং অসিবু ব্রাহ্মণ অদুনা পাঠ তৌবিবগা নাম শ্রবণ তৌজৈ। ঙমজবগা শঙ্গোম-ক্ষীব কৎচবগা, মযাম পূম্নমকপুসু প্রসাদী ফংহনবী। অসুম্না শ্রীশ্রীগোপাল-সহস্রনাম অসিবু তাজবদা মীওই/ইমুং অদুনা মখাগী বাখলশিং অসি পোকনৈ/ফাওনৈ।

**অহানবদা,** ঐগী য়ুম/তুলসীবোং/শুমাঙ/শঙ্গোয় অসিদা শ্রীশ্রীগোপালদেব (ভগবান) না লেঙশিনবিবে। মবমসিনা ঐগী পাঙদবা, ফত্তবা দশা অমদি পাপ পূম্নমক কোকচবগনি।

**অনীশুবদা,** শুমাঙদা লাসু তাথোকচববনিনা অসিগুম্বা মখলগী দশা অসিসু কোকচবগনি।

**অহুমশুবদা,** ভগবান শ্রীগোপালদেবগী নাম/মিংলেন লীশীং অসিমসু তাজববনিনা অৱা-অনা কয়া অমদি ফত্তবা দশা-লাংফম পূম্নমকসু কোকচবগনি।

**মরিশুবদা,** লৈকাইগী অহল-লমন বার্ত্তন তৌজদুনা, ইমুং অসিদা লাইবিক তাবে, নাম তাবে হায়বা মমিং অসিমসু ৱা-ৱা লাউনা চৎপগী ফলসু লৈবে।

**মঙাশুবদা,** শ্রীশ্রীগোপালদেবনা খ্বাইদগী পামজববা শঙ্গোম-ক্ষীব কৎচবসিদা ভগবান্না পেনবিদুনা ইমুং অসিদা শোয়দনা কৃপা পীবিগনি হায়বগী থাজবসু পোক্লে।

হৌজিক অমুক পাঞ্জিগী মীৎয়েংদগী শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম/ শ্রীশ্রীগোপালদেবগী মিংলেন লীশীং অমা অসিদা গ্রহশিংগা মবী লৈনবা নাম কয়াম য়াওবিবগে হায়বদু অমুক্তং নৈনদুনা য়েংসি ঃ-

| নাম | অর্থ | শ্লোক মশীং |
|---|---|---|
| হৃষীকেশ | শ্রীশ্রীগোপালদেবনা নুমিৎ-থা কৌবা গ্রহগী মনুংদা চঙবিদুনা তাইবঙপানববু ঙালহনবী হায়বা মবমগী | মবি |
| মহাচন্দ্র | থাজগী থাজ ওইবিবিবা | মবি |
| চন্দ্র | থা/থাজ ওইবিবিবা | মাপল |
| চন্দ্রপতি | থাজগী মবুংঙো/মপুবু ওইবীবিবা মবমগী | তবানিপাল |
| ভাস্কব | শ্রীশ্রীগোপালদেবগী শক্তিনা নুমিৎ থাদা মঙাল পীদুনা ঙালহনবিবা | কুন |
| বোহিনেয় | ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বোহিনী কৌবা নক্ষত্র/থবাম্নিচাক্তা পোকই হায়বগীদমক | কুন্নিথোই |
| চন্দ্রকোটিসু-শীতল | ঈংলে হায়বিবা থাজ মাগুম্বা কোতি কোতিদগী হেন্না গোপালদেবনা মঈংলে হায়বগী মবমদগী | কুম্থ্রামাথোই |
| ববিকোটি তাশ | মঙাল পুবিবা/মঙাল য়েনবিবিবা নুমিৎ অসিগুম্বা নুমিৎ কোতিদগীসু হেন্না মঙাল পুই হায়বা মবমদগী | কুম্থ্রামাথোই |
| গ্রাহিল | গ্রহ পুম্নমক হায়বদি ববি, চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র, শনি, বাহু, কেতু কৌবা গ্রহ মাপনমক্কী তৃংনফম ওইবিবা ঈশ্ববনি হায়বা মবমদগী | নিফুমবি |

হৌজিক্তি মীয়াম্না উবিবে-খঙবিবে, শ্রীশ্রীগোপালদেবদি 'গ্রাহিল' নি হাযবদি গ্রহ পূম্নমক্কী মবুংঙোনি, মপুনি, ঈশ্বরনি। মবম অসিনা শ্রীশ্রীগোপালদেবগী নাম লীশীং অমা 'শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম' অসি তাজবা-পামজবনা গ্রহগী দশা/নক্ষত্রগী দশা পূম্নমক কোকচগনি হাযবসিদা কবিসু চিংননীংঙাই লৈতে।

নুমিৎ-থা-থৱান্মিচাক্কী মপুনি হায়বসিসু শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম অসিদা যাওবি, তাকপিবি। শ্রীগোপালদেব মহাক্তি হৃষীকেশনি, মহাচন্দ্রনি, চন্দ্রনি, চন্দ্রপতিনি, ভাস্করনি। 'বোহিনেয' হাযবা অমৃতগী মশক ওইববা নাম অসিনা তাক্লিবদি ইবুংঙো মহাক্না থৱান্মিচাক পূম্নমক্কী মপুনি হাযবসিনি।

মবম ময়াম অসি লৈবনা, শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম তাজবনা/পাজবনা গ্রহগী/নক্ষত্র-থৱান্মিচাক্কী অমদি লাংফম পূম্নমকপু ফহন্নবা নাম প্রতিকাব/ধ্বনি প্রতিকাব/মন্ত্র প্রতিকাব অহুম্মক ওইবে।

অবোইবদা, কবিসু খঙজদ্রবা ঐনা মতীক-মগুণ চাউববা শ্রীশ্রীগোপাল-সহস্রনামবু পাঞ্জিগী মীৎযেংদা যেংজদুনা ইজবা ৱাবেং অসিদা অশোয-অঙাম কযা যাওববসু অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপিবকপা খুদিংমক তবাম্না লৌজগনি হায়বা ৱাফমসিমত্তং মীয়ামদা থমজবি।

---

# ১৯

# শিব-মহাদেবগী লৈফম তরেৎ অমদি মদুগা মরী লৈনবা থাবানশিং

কলি যুগ অসিদা কবিগুম্বা খবা নীংবা থুংজগে খন্না নীংজবা তাববদি বব পীগনবা, নিবু নিজকুববদি শোযদনা বব পীবিবা শিব-মহাদেববু মীযাম্না লাৎনবি, পূজা কৎনবি। মৈতৈ হিন্দুশিংনা ফাইবেনগী ২৯ নি পানববু শিববাত্রি হাযনা খঙনদুনা অহিং চুপ্পা তূমদা-হীপ্তুনা ব্রত কৎচদুনা শিববু নীংজবি অমদি নিজনীংবা ববসু নিজবি। .নাংমাইজিং নুমিৎতা শিববাত্রি তাবগনা মহাশিববাত্রি তাবে, হেন্না মগুণ লৈবা হেল্লি হায়না লুনা লৌনবি। শিববাত্রি লোইশ্রবদা, অমুক বাকণী মহাদেব খুকম্বা হাযদুনা লমদাগী ২৮ নি পানবা থাশিবমদাইদা বাকণী চীং কানবি অমদি অহিং অসিদা নিজনীংবা বব নিজবি। মক ওইনা বাকণী মহাদেবদদি নুংশিনবা পাখণ্ড-লৈশাবীশিংনা নুংশি-ব্রায়থুংনজগে হায়না বব নিজৈ। বাকণী কাম্রবগী মতুংদা মহাদেবদা লৈহাউ কৎপা হায়বা অমা মহাভাবতকী মনুং চন্না কুন্তীনা মচানুপা আর্জ্জুনগী মতেংনা শিব-মহাদেবদা ইঙাগী ১৪ পানবা থাবান্দা অহিংগী মতমদা হাযবদি নোংঙানদ্রিঙৈদা কুবেবগী লৈকোন্দগী মনম চেল্লবা সনা অহিংবা মচুগী লৈহাউ কৎপা হায়বা নুমিৎ অসিমসু শিব পূজা কৎচবদা যাম্না মক ওইবা নুমিৎ অমনি হায়না লৌনবি।

ঐখোয়না মথক্কী শিব-ভগবানগী মতীক-মগুণ লৈশ্রবা নুমিৎ অহুম অসি নৈনবা মতমদা পুক্নীংদা ফাওবকপা ব্রাফম খবদি লাকই। শিব-মহাদেব খুকম্বা, পূজা কৎচবা অমদি বব নিজবা তাববদি বাত্রি-অহিংগী মতমদনা

হেন্না ফববা হায়বসিনি। হিন্দুগী শাস্ত্রশিংগী মোত মতুং ইন্না শিব-মহাদেববু নীংজবা, পূজা কৎচবা অসিগী মক ওইবা মবম অনী লৈ।

অহানবা মবম্না, শিব-ভগবান্না ঐখোযনা তৌজকবা, লঙশিঞ্জকবা পাপশিংবু কোকথোক-চামথোকপি। অনীশুবা মবম্না, শিব-মহদেবনা মাগী ভক্ত অমদি মীওই অমনা নিজবা বব পীবি। হায়বিবা মবম অনীসি লৈবনা কবম-কবম্বা নুমিৎশিংদা, থাবানশিংদা শিব পূজা লৈবগে হাযবসিনি।

ঐখোয়গী শিব পূজা তৌজবা য়াবা লাইবিকশিংদদি ফোর্মুলাদা অসুম্না লৈবে—"শিব পূজা কৎচগে হাযবিবা থাবান অদুবু অনীনা পুবিবগা মঙা অমুক তিনশিল্লগা তবেৎনা য়েনবদা অমা লেম্লবদি শিবনা কৈলাশতা লৈ, অনী লেম্লবদি দূর্গাগী নাক্তা লৈ, অহুম লেম্লবদি শন্দম্বা তোংদুনা লৈ, মবি লেম্লবদি শিব সভাদা লৈ, মঙা লেম্লবদি শিব-ভগবান চাবা-থকপগী মওংদা লৈ, তরুক লেম্লবদি শিব-ভগবান শান্নদুনা লৈ অমদি তবেৎ লেম্লবদি শিব-মহাদেব মোংফমদা লৈ।"

শিব পূজা কৎচবা য়াবা য়াদবা অসি পাখোংগী মওংদা ইদুনা থম্বিবম্লবা অঙ্ক অসিবু মীয়ামগীদমক থাবানদা ওঙ্গোকচদুনা ইথোকচবি ঃ—

| **থাবানশিং** | **শিব মহাদেবগী লৈফম** | **ফল** |
|---|---|---|
| ৫ নি পানবা<br>১২ নি পানবা<br>১৯ নি পানবা<br>২৬ নি পানবা | শিব ভগবান কৈলাশতা লৈ। | শিব পূজা কৎচববদি অফবা মহয় পীবি। |
| নীনি পানবা<br>৯ নি পানবা<br>১৬ নি পানবা<br>২৩ নি পানবা<br>৩০ নি পানবা | শিব-মহাদেব দূর্গা ইমাগী নাক্তা লৈ। | শিব পূজা কৎচববদি অৱা-মৈচাক ফংগনি। |

| | | |
|---|---|---|
| ৬ নি পাবা<br>১৩ নি পানবা<br>২০ নি পানবা<br>২৭ নি পানবা | পশুপতিনাথ শিব-শঙ্কব ভগবান মাগী শাদোঙ শন্দম্বা তোংদুনা লৈ। | শিব পূজা তৌজ-ববদি নীংজবা থুংঙি। |
| ৩ নি পানবা<br>১০ নি পানবা<br>১৭ নি পানবা<br>২৪ নি পানবা | শিব-শম্ভু ভগবান সভাদা লৈ। | শিব পূজা তৌজবা অৱাবা ফংঙি। |
| ৭ নি পানবা<br>১৪ নি পানবা<br>২১ নি পাবা<br>২৮ নি পানবা | শিব-ভগবান চাবা-থকপগী মওংদা লৈ। | শিব পূজা তৌজববদি নুংঙাইবা মহয় পীবি। |
| ৪ নি পানবা<br>১১ নি পানবা<br>১৮ নি পানবা<br>২৫ নি পানবা | শিব-মহাদেব শান্নদুনা লৈ। | শিব পূজা তৌজববদি তৌজকবা থবক অমত্তা কান্নদে। |
| নোংমা পানবা<br>৮ নি পানবা<br>১৫ নি পানবা<br>২২ নি পানবা<br>২৯ নি পানবা | ভুটনাথ শিব-ভগবান মোংফমদা লৈ। | শিব পূজা তৌজববদি তৌজকবা অশিবা দশা ফংঙি। |

অসুম্না শিব-মহাদেবগী লৈফম খণ্ডবিবগা শিব পূজা কৎপিয়ু অমদি অৱা-অনা লাকপিদনবা শিবগী লৈফম পাণ্ডবশিংদা পূজা কৎপিগনু।

---

## ২০

# RUBY (রুবী) নুং শীজিন্নবগী কান্নবশিং

নবরত্ন হায়দুনা মীয়াম্না হেন্না খঙনবিবা গ্রহ মাপনগী নুংশিংগী মনুংদা সৌবজগৎকী মবুংঙো ওইবিবা নবি/Sun/নুমিৎকী নুং ওইবিবা RUBY/ রুবীগী কান্নফম/চন্নফম কবি কবিনো হায়বা অমুক্তং নৈনসি। অদুব RUBY/রুবী অসি কবি কবি হায়না খঙনবগে অমদি মখল কয়া ওইবগে হায়সিসু অমক্তং খঙমিন্নসি।

**RUBY/রুবীঃ**- (চুনী, মনিকৎ, পদ্মাব মনি)

**হিন্দুগী মোত্তা RUBY (রুবী) মখল মরি ওইঃ—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ব্রাহ্মণ রুবী | — | আতেথগুলাপ মচুগী রুবী নুং। |
| ২। | ক্ষত্রিয় রুবী | — | থম্বাল অঙাংবা মচুগী রুবী নুং। |
| ৩। | বৈশ্য রুবী | — | কফোই মকগী মচু নৎত্রগা খুনু ঈগী মচুগী রুবী নুং। |
| ৪। | শুদ্র রুবী | — | মঙাল থোক্তবা মুবৈনবা নৎত্রগা অতিয়া মচুগী রুবী নুং। |

**RUBY/রুবী নুংগী মচুশিংঃ—**

নুং অযাম্বনা অঙাংবা মচুদা ফংই। অদুবু গুলাব মচু, নাপু মচু, অতিয়া মচু, অমুবা অমদি অঙাংবগা মস্কা (Violet) মচুগা য়ান্নবা নুংশিংসু ফংই।

## RUBY/রুবী নূংগী কান্নবশিং ঃ–

(ক) RUBY/রুবী নূং শীজিন্নবনা ৰবি/SUN গী ফত্তবা দশাশিংদনা ঙাকপী-কনবি। নূং অসি নিয়ম চুম্না শীজিন্নববদি হকচাংগী ঈচেল ফগত্নুনা অনাবা কয়া কোক্কুনা মশা-মউ তিক তিক লাউবা, মশা খিংখিং লাউবা মীওই হায়বদু ওইদুনা পুন্সিদা মায পাকহল্লি। নূং অসিনা, মীনা যেংশিনবীবা, কল্লক-য়েংথিবা মীওইশিংনা লোন্না লৌতুনদুনা মহাকপু মাংহন-তাকহন্নবা হোৎনবকপা নৎত্রগা ৰবি গ্রহ (SUN) গী ফত্তবা দশা লাক্লমদাইদা নূং অসিগী মচু মমশিল্লক্কুনা নূং শিবিবা মীওই অসি খুদোংথীবা থোক্কদৌবে, চেকশিল্লু হায়বা ঈঙ্গিৎ পীবক্কনি। নূং অসিগী মচু মাংথবকপা/ শুইথবক্কবদি অদোম্না তৌবা যাবা উপাই পূন্নমক তৌবীবো অমদি অৱা-অনাদগী ঙাকথোকপিনবা হোৎনবিবো।

(খ) RUBY/রুবী নূং শীজিন্নবনা, মীগী শেন্দোন শিংবা ঙমহল্লি, বুদ্ধি ঙাম্লোকহল্লি। নূং অসি নিযম চুম্না শীজিন্নবনা মচানুপা ফংহল্লি, মীগী সন্মান ইকাই খুম্নবা অমদি থাজবা ফংবা ঙমহল্লি।

(গ) তশেংনা হায়ববদা, অদোম্না নিয়ম চুম্না RUBY/রুবী নূং শীজিন্নবিববদি অদোমগী পুন্সি শোয়দনা শাংগনি লোয়ন-লোয়ননা পূক্লীং-শান্তিসু লৈগনি। অমুকসু, নূং অসি মঙান-শক্তিদগী মীনা তোম্বনা-হম্বনা খল্লম্বা ৱাখল্দসু মাঙখিদুনা, মীনা ব্যাবহাৱ তৌবকপা মীওই হায়বদু শোয়দনা ওইগনি।

(ঘ) নূং অসিগী তোপ-তোপ্পা শক্তিদি অদোম্না সাসনগী চুপ্লি পাযবা মীওই হায়বদি I A S , M C S Director, Executive, Head of Department শিং, লন্নাই সংস্থান্দবু ওইববসু, সমাজনা শকখঙবা লুচিংবা মীওই অমসু ওইববদি অমদি অদোম্না ৱাজনিতিবু শিনফম ওইনা তৌবিববা অমদি শিনফমশিংগী মনুংদা উকিল, জজ, আইনগী মীওই, সমাজ সেবিকাশিং, মাইবা, পাঞ্জি-পণ্ডিত, ডাক্তবগী শিনফম/থবক তৌবা মীওই পূন্নমকসু RUBY/রুবী নূং শীজিন্নববদি শিনফমশিং অসিদা লংখৎপা মঙাল ফাওবক্কনি অমদি মীয়াম্না হেন্না শকখঙ-মাইখঙনবক্কনি।

(ঙ) RUBY/কবী অসি অনা-অয়েক্তগী ঙাকথোকপা ঙমহল্লি। নূং শীজিন্নবনা অনা-অয়েক ফহনবদা অচৌবা মতেং ওইবা অমদি লাইয়েংবদসু কান্নবা খবা ঃ–

১। থম্মোয়গী অনাবশিংনা নূং অসি শীজিন্নবিবদা শোয়দনা কান্নবা ফংবিগনি।

২। ব্লদ প্রেসব (হাই/লো অনীমক) গী অনাবশিংনসু নূং অসি শীজিন্নবিবদা শিংথানিংঙাই ওইনা কান্নবা ফংবিগনি।

৩। কেন্সবনা নাববা, লাইবক থীববা মীওইশিংনসু নূং (কবী) মখল অসি নিয়ম চুম্না শীজিন্নববদি ফনা য়াম্না কান্নবা ফংবিগনি।

৪। মীৎকী মবিদা নাবা অমদি মীৎকী অনাবা মখল খুদিংমকসু নূং মখল অসি শীজিন্নববদি কান্নবা ফংবিগনি।

৫। শব্দগী অনাবা মখল খুদিংমকসু নূং (ববী) অসিনা শোয়দনা কান্নহনগনি।

৬। চাকখাওগী অনাবশিং হায়বদি উলসব, চাবা তুমদবা, থিবিনগী অনাবা কয়াগীসু নূং (কবী) অসি শীজিন্নবদা কান্নহল্লি।

৭। লূ-তাং চিকপা, হকচাং চীকপা-নাবা অমদি কোক চীক্কনবা মীওইশিংসু নূং মখল অসি শীজিন্নবনা কান্নবা পী।

৮। অকম-লাইহৌগী অনাবদসু নূং (কবী) অসিনা কান্নবা পী।

**RUBY/রুবী নূং শীজিন্নগদবা মীওইশিং ঃ–**

১। মীওই অদুনা ইংবাজী তাবিখতা, তাং ১, ১০, ২৮, ৪, ১৩, ২২ অমদি ৩১ দা পোকপা মীওইশিং।

২। মীওই অদুনা আগষ্টগী তাং ২১ দগী সেপ্তেম্বব তাং ২০ ফাওবদ পোকপা ইংলিসকী বাশিদা পোকপা মীওইশিং।

৩। হিন্দু মৈতৈগী সিংহ বাশিদা পোকপা মীওইশিং অমদি ববিগী মপাঙ্গল শোল্লবা মীওইশিং।

**খঙজিনবীগদবা ঃ–** কনাগুম্বা মীওই অদুনা ইংবাজী তাবিখতা তাং ৮/১৭/২৬/৬/১৫/২৪ দা পোক্লবদি কবী নূং শীজিন্নবদা পক্লবোই।

## নূপীনা RUBY/কবী নূং শীজিন্নবা ঃ

পাঞ্জিশিংনা য়ূমকোইবী নূপীশিংনা RUBY/কবী নূং শীজিন্নহনবা পামদে মবমদি নূং অসি য়ুম্বুবীনা শীজিন্নবদা মপুবোইবদা ফবক্লোই। মবমদি নূং অসিগী শক্তিদগী মপুবোইববু ঙম্লিংলক্কনি হায়বগী ব্রাখল্লোন লৈ।

অমবোমদা অমুক RUBY/কবী নূংদি অশাবা গ্রহনি। মহৌশানা থোংচ-নৌজবী ওইবিবী নূপীশিংগী গুণ-শক্তম অসি RUBY/কবী নূং শীজিন্নবনা মাঙহনগদ্রা হায়বগী মোত পাঞ্জি-পণ্ডিতশিংগী ব্রাখল্লোন লৈ।

**ব্রাবোয়শিন ঃ–** RUBY/কবী নূং অসি ইশানা হেক্তা লেপ্তুনা শীজিন্নবিগনু। অখঙবা Numerologist, পাঞ্জি-পণ্ডিত Gem Therapist অমগা ফজনা তান্নবিবগা মাগী মোত মতুংইন্না শিবিয়ু। অমনা, ছিদ্র লৈবা RUBY/কবী নূং শীজিন্নবীগনু মবমদি ফত্তবা ফল ফংই।

---

# ২১

# মুক্তা (পার্ল) শীজিন্নবগী কান্নবশিং

মুক্তা নূং পার্লগী মতাং নৈনবকপদা ৺ডাক্তব কমলগী ফাওববা উপন্যাস 'মাধবী' হেক্তা নীংশিংলকই। 'ধন্যনি মাধবী নঙগী থৌবাঙ! কোক্সেংগী মনুংদা মুক্তা লৈবা অঙকপা নত্তে।"

কোক্সেংদগী মুক্তা শেন্নগী ৱাবীদি শাংগ্রবা ৱাবীগুম্বনি। অদুবু মচং ওইনা হায়ববদা, কোক্সেংদগী মুক্তা শেন্না য়াবগুম, মুক্তাবু মীওইবনা নিযম চুম্না, মবম চুম্না অমদি মফম-মতম চানা শীজিন্নববদি মহাক্কী লাইবক শেন্না যাই হায়বসিনি।

হৌজিক হিন্দুগী লাইশিংনা শীজিন্নবম্না মুক্তা মখলশিং অমুক্তং নীংশিংদুনা য়েংসি ঃ—

১। মমশীনবা মুক্তাদি ইন্দ্রবাজনা পাম্মী।

২। মচু অমুবা মুক্তানা যমবাজনা পাম্মী।

৩। অঙাংবা মচুগী মুক্তানা বায়ুনা পাম্মী।

৪। মচু লৈতবা মৈবী মচুগী মুক্তা নৎত্রগা থম্বাল মচুগী মুক্তানা অগ্নি কৌবা লাইনা পাম্মী।

মুক্তাগী ৱাবী অনীখক্তং মীয়াম্না নৈনবিয়ু অমদি খন্নবিয়ু ঃ-

১। লৈচীল্লক্তা অমদি তবেৎশুবা নুংশিংকী কুয়োমদা লেনগুম্না শেমখিবা মুক্তাদি ঙসিসু মালেম পৃথিবীগী লাইবক্তা য়ৌবক্রি।

২। লিনশিংদগী ফংবা মুক্তানা নিংথৌশিংনা লানগী মতমদা শীজিন্নববদি য়েক্লববু তুম্না মাঙহল্লি অমদি লানঙম ফীবাল থেৎতুনা জযগী ফীবাল পুদুনা পজেঙ-ফীবাল থেংনা মবৈবাক্তা মিংচৎ ফনা হল্লকখি।

**লাইগী ৱাবীদা মুক্তা শেম্বগী অতেনবা ৱাবীদিঃ—**

স্বাতী নক্ষত্রগী নোংনা কোপ্লেং মশাদা তাবদা, কোপ্লেং মনুংদা মুক্তা অসি শেম্মী। হায়বগী অর্থদি অখন্নবা পৃংফম খেনফমদা মুক্তা অসি শেম্মি হায়বনি।

**মুক্তা/পার্ল শীজিন্নবগী কান্নবশিংঃ-** মুক্তা/পার্ল, চন্দ্র-থাগী নৃংনি। পৃক্লীং পুবা চন্দ্র থাজনি। ফজবগী শক্তমনি, ঈশিং-ঈবম পুবীনি, পৃকচেল ঈং-তপ্লিনি। মুক্তা শীজিন্নবনা হকচাংদা কেলসিয়ম ফংদুনা কেলসিয়ম ৱাৎপা মীগীদি যাম্মক কান্নবা ফংঙি।

**মুক্তা শীজিন্নরগা কান্নবশিং অমুক্তং শৃপটীম্না অমদি শমজীম্না নৈনজবি ঃ-**

(অ) মুক্তা শীজিন্নবনা পৃক্লীংগী শক্তি হেনগৎলি, পৃক্লীং শান্তি ফংলবনিনা অহিংদা নুংঙাইনা তৃমখূন তানবা ফংঙি।

(আ) নৃং অসি শীজিন্নবগা ঈশিং মবীগী অনাবা খিবিক ফগৎলকই।

(ই) নৃজা ওইবীশিংনা ঙক্তা 'মুক্তা' শিববদি মখোয়গী সাতত্ব ঙাক্নুনা থম্বা ঙম্মী।

(ঈ) নৃং অসি মহৈ তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা শীজিন্নবগা মহৈ তম্বদা হেন্না পৃক্লীং চিংশিনবা ঙম্মী।

(উ) মুক্তা নৃং অসি শীজিন্নবনা অইবশিংদা কল্পনাগী শক্তি যাম্না হেনগৎহনবা, কবি অমদি লেখকশিংদা থোইনা হেন্না কান্নে।

(ঊ) টি বি , দাইবেতিস, গোইতব, দাইসেন্ত্রিগী অনাবশিংদসু মুক্তা শীজিন্নবগা কান্নবা ফংঙি।

(ঋ) নৃং মখল অসি শীজিন্নবগী খ্বাইদগী কান্নবদি মাগা থবক শৃমিন্নবিবা মীওইশিংগা অফবা মবী থম্বা ঙম্মী।

(৯) নৃং অসি শীজিন্নবগা অৱাবা খুদোংথীবা কযাসু নংদনা, অক-অকবা থবকসু লায়না পাঙথোকপা ঙম্মী।

(এ) পোকপদগী চহী ৭ ফাওবদি মীওইবগী পুন্সিবু থা-চন্দ্র কৌবী লাইবেম্বীনা ঙাকপী-শেনবী অমদি নাউকোনবী। মবম অসিনা পীক্লিবা অঙাংশিংনা মোতি/মুক্তা পার্লবু অঙাং মশাগী চহী ৭ শুদ্রিফাওবা পক্লবদি অঙাং অদুগী দশা-লাংফম, অৱা-অনা তাগদবা, শিগদবা-নাগদবা পৃম্নমকপু ঙাকপী-শেনবী।

(ঐ) নূং অসি শীজিন্নবিবা, মীওই অদু গাড়ীগী খুদোংথীবা অমদি এক্সিদেন্তদগী ঙাকপী-শেনবী।

(ও) পূক্নীংগী অনাবশিংনা মুক্তা শীজিন্নববদি হায়নীংঙাই লৈতনা কান্নে।

**মুক্তাগী মরু ওইবা কান্নবশিংদি ঃ—**

১। লম কোয়বদা কান্নবা ফংঙি।

২। মচানুপা পী।

৩। স্নব হোনবগা মরী লৈনবা অনাবশিং, লংস/আজমা/ লোক খূবগী অনাবশিংদসু মুক্তা নূং শীজিন্নবনা কান্নবা পী।

৪। মমাগা মরী ফগৎলি অমদি মমানসু কান্নবা পী।

৫। লন-থুম সম্পতি অমদি যুমগী মতাংদসু কান্নবা খিবিক পী।

৬। নুপা-নুপী অনীগী পুন্সিবু নুংশিনহল্লি অমদি পুন্সিসু শাংদোকহল্লি।

৭। হকচাং ফহল্লি অমদি পুন্সিবু মচু থোকহল্লি।

**মুক্তা নূং অসি করম্বা মীওইনা শীজিন্নগনি ?**

১। মীওই অদুনা পোকপা ইংবাজী তাবীখতা ২, ৭, ১১, ১৬, ২০, ২৫ অমদি ২৯ দা পোকপা মীওইশিং।

২। ইংলিস বাশি (সন সাইন) দা কেন্সব ওইবা মীওইশিং হায়বদি জুন ২১ দগী জুলাই ২০ ফাওবগী মনুংদা পোকপা মীওইশিং।

৩। জন্মকুঠিদা চন্দ্রগী মপাঙ্গল শোনবা, চন্দ্রগী মফম ফত্তবা অমদি চন্দ্রবু অতোপ্পা য়ানদবা ফত্তবা গ্রহশিংনা শোকহল্লবা মওং-মওংশিং অদু ফগৎহন্নবগীদমক, মীওই/মীওইশিংনা পার্ল-মুক্তা নূং শীজিন্নবা য়াই।

**ন্ত্রারোইশিন ঃ**- পার্ল মুক্তা নূং অসি অঙ্গৈবা নূং ওইবতা নত্তনা মথক্তা পঞ্জত্রিবা মবম ময়াম অসিদগী হেক পাম্নে হায়দুনা অখঙ-অহৈ, পাঞ্জি, পণ্ডিত, পামিষ্ট অমদি ন্যুমেবোলোজিষ্ট অমগা তান্নবিদনা নূং অসি পকপিগনু। অখঙ-অহৈগা কৃপ্না তান্নবিবগা শীজিন্নবা য়াবে হায়বা মতম মতাংদা নূং অসি পকপিয়ু।

---

# ২২

# মপোক্কী ওইনা মী, লাই, হিংচাবা/হিংচাবী তাবা অমদি পক্ল-ব্রায়নবা য়েংবা

**মীয়াম্মা,** মক ওইনা নুপী ওইবীশিংনা নুপা-নুপী পক্ল-ব্রায়না য়েংবদা মী, লাই, হিংচাবা/হিংচাবী তাবগী মবম অসি য়াম্না হকচীন্না খন্নে অমদি লুনসু লৌনবি। মী, লাই, হিংচাবা/হিংচাবী তাবা হায়বসিমক্তি মী মীদুনা পোক্লিবা থব্রাম্মিচাক অদুগী মতুং ইন্না লেপ্লে।

**(ক) মী তাবা/মী গন তাবা থব্রাম্মিচাকশিং** ঃ- ভবনী, বোহিনী আর্দ্রা, পুর্ব্বফাল্গুনি, উত্তবফাল্গুনি, পুর্ব্বষাঢ়া, উত্তবষাঢ়া, পুর্ব্বভাদ্র, উত্তবভাদ্র=অপূনবা থব্রাম্মিচাক ৯।

**(খ) লাই তাবা/লাই গন তাবা থব্রাম্মিচাকশিং** ঃ- আশ্বিনি, মৃগশিবা, পুর্ণবসু , পুষ্যা, হস্তা, স্বাতী, অনুবাধা, শ্রবনা অমদি বেবতি। অপূনবা থব্রাম্মিচাক ৯।

**(গ) হিংচাবা/হিংচাবী (গন) তাবা থব্রাম্মিচাকশিং**ঃ-কৃত্তিকা, অশ্লেষা, মাঘা, চিত্রা, বিশাখা, জৈষ্ঠা, মূলা, ধনিষ্ঠা, শতবিষা=অপূনবা থব্রাম্মিচাক ৯।

পাঞ্জিগী লোন্দা মী, লাই, হিংচাবা/হিংচাবী হায়নবিবশিং অসিবু 'গন' হায়না কৌই।

জ্যোতিষকী নিয়মদা 'গন' পক্লবা নৎত্রগা পক্লদবা হায়বসি মখাগী চৎনবীশিং অসিগী মখা পোনগনিঃ—

১। নুপা-নুপী অনীদু চপ মান্নবা 'গন' হায়বদি মীগা মীগা, লাইগা লাইগা, হিংচাবগা হিংচাবীগা তাববদি পক্লে।

২। নুপীনা লাই তাববা, নুপানা মী তাববা নৎত্রগা ওন্ন-তৈনবদা, নুপানা লাই তাববা অমদি নুপীনা মী তাববদি য়াম্লা ফৈ, পক্লে।

৩। নুপীনা লাই গন তাববা, নুপানা হিংচাবা নৎত্রগা ওন্ন-তৈনবদা নুপানা লাই তাববা, নুপীনা হিংচাবী তাববসু ফত্তে, পক্লদে।

৪। নুপীনা হিংচাবী গন তাববা অদুগা নুপানা মী গন তাববা নৎত্রগা ওন্ন-তৈনবদা নুপানা হিংচাবা গন তাববা নুপীনা মী তাববসু শিবা য়াবগী দশা/ফল ফংঙি, ফত্তে-পাঙদে।

মী, লাই, হিংচাবা/হিংচাবী গন অহুমগী পক্ল-য়ায়নবা যেংবগী চার্ট ওইনা পীজবিঃ—

| নুপী | নুপা | | |
|---|---|---|---|
| | লাই গন | মী গন | হিংচাবা গন |
| লাই গন | য়াম্লা ফৈ | ফৈ | ফত্তে |
| মী গন | ফৈ | য়াম্লা ফৈ | শিনীংঙাইনি |
| হিংচাবী গন | ফত্তে | শিনীংঙাইনি | য়াম্লা ফৈ। |

‘গন’ গী মতাংদা খবদং হেন্না কূপথনা নৈনববা মতুংদা মখাগী ফলশিং অসি ফংঙি অমদি কূপ্পা বিচাব তৌবিগনি।

১। নুপা-নুপী অনীদু চপ মান্নবা ‘গন’ ওইববদি অমগা অমগা ভাব তান্নগনি লোয়নননা নুংসু নুংশিনগনি।

২। নুপা-নুপী অনীগী মবক্তগী অমনা লাই গন তাববা অমদি অতোপ্পা অদুনা মী গন ওইববদি ভাব খবা খবা তামিন্নগনি অমদি খবা খবসু নুংশিনগনি।

৩। মতৌ অসুম্না নুপা-নুপী অনীগী মবক্তগী অমনা লাই গন ওইববা অমদি অতোপ্পা অদুনা হিংচাবা/হিংচাবী গন ওইববদি ভাব তান্নবা য়াগনি অমদি তোয়না-তোয়না উংখৎনবা খৎনবা ফল পীবি।

৪। অসুম্না, অমনা মী গন ওইববা অমদি অতোপ্পা অদুনা হিংচাবা/হিংচাবী গন ওইববদি অনীগী মনুংদা মীওই অমা শিবা য়াই।

গন চানদবগী দশা কোক্লবা মবম খবা অমসু লৈ। অমুক্তং নৈনদুনা য়েংসি ঃ--

১। নুপী অদুগী পোক্লিবা থৱান্মিচাক অদু নুপাগী থৱান্মিচাক্তগী মশীং থীবদা মশীং ১৪ বু হেল্লবদি হিংচাবা/হিংচাবী গন তাবগী ফত্তবা দশা পূম্নমক কোকই।

২। নুপী অদুগী বাশিগী মপু ওইবিবা গ্রহ অদুগা নুপাদুগী বাশি মপু অনীদু অমত্তা ওইববা হায়বদি মান্নববা, নৎত্রগা মকপ-মপাঙসু ওইববা, নুপা/নুপীগী বাশি অনীমক মফম ৭/৭ তা লৈনববদি গন দশা পূম্নমক কোকই।

৩। ফীবম শোক্তবা-কাযদবা চন্দ্রনা/থানা থৱান্মিচাক্কী যুম্ফম লগ্নদা লৈববা নৎত্রগা চন্দ্রনা মফম ৭ তা লৈববা হিংচাবা/হিংচাবী তাবগী 'গন দোষ' পূম্নমক কোকই।

৪। অতোপ্পা মোত অমদনা নুপাগী মপোক নুমিৎ থৱান্মিচাক্তগী মশীং থীবকপদা নুপীগী থৱান্মিচাক্তুনা মশীং ১৪ হেল্লবদি গন দোষ কোকই।

**ৱাবোইশিন ঃ** নুপা-নুপী অনীগী পক্ক-ব্রায়না য়েংনবদা মী, লাই, হিংচাবা/হিংচাবী তাবা মবম অসিমক্তনা অবোইবা নত্তে। বাশি মশেল পক্কবা বাজযোতক হায়বদু তাববদি ফত্তবা পূম্নমক কোকই হায়বা ৱাফমসু খন্নদবা যাবোই। অদুগী মথক্তা পূন্না গুণ লৌবদা ৩৬ কী মনুংদা ১৮ ফংলবদি অমদি হেল্লবদি নুপা-নুপী অনী অদু লৌনবা য়াই হায়বা জ্যোতিষকী মোতসু খন্নবা তঙাইফদে।

শম্না অমদি শমজীন্না হায়ববদা হীবম অসিদা মীচম্না ৱাবেপ লৌবগী মহুৎতা খঙ-হৈববা পাঞ্জি অমনা নুপা-নুপী অনীদুগী জন্মকুঠি কূপ্না য়েংবিবগা/নৈনবিবগা মহাক্কী মোত লৌবিবনা হেন্না ফগনি অমদি চুমগনি। অদুগী মথক্তা পাঞ্জিগী ওইবা প্রতিকাব, অজা-পূজা, যন্ত্র, কবচ, লকী স্তোন অমদি অতৈ কবি কবি লৈবগে হায়বদুসু অখঙ-অহৈগী মোত লৌবনা হেন্না অফবা ওইগনি।

---

# ২৩

# তরুক্কি ইপান থাবা অমদি তরুক্কি ষষ্ঠী পূজা

মৈতৈগী মীৎয়েংদগী য়েংলবসু হিন্দুগী ধর্ম্মদগী ওইনবু য়েংলগসু, অঙাং পোকপা মতুং নুমিৎ তরুক্কিশুবা অসিমদি পোক্লিবা অঙাং অদুগী য়াইফ-মঙ্গল, ঈবাং-থৌনি অমদি পূজা তৌগদবা নুমিৎ ওইবে। হায়বসিমদি মোত চপ মান্নবে।

তাইবঙ শিঙ্খাকোল, ইম্ফালনা ফোঙবা 'মৈতৈ নাৎকী লনগৈ' কৌবা লাইবিক্তুগী ইপান থাবগী মবমদা মোত খবা লৌখৎচবিঃ–

**৬নি ইপান থাবগী ৱাখল্লোন/ৱাঙুলোন ঃ**- মঙানি ঈক-শাদেংলগা ৬ নিদা ঈ-মপাল থাখি হায়বদগী ৱাংউলোনদা ৬নিদা ইপান থাবগী থৌরম পাঙথোক্লিবনি। লামায় ৮।

**নুমিদাংগী থৌরম ঃ**- 'নুমিদাংদা ইমুংদা মৈনিং কুমলিবা মফমদুগী মনাক্তা নিংথিনা লম-তু তৈথোক-শেংদোক্লগা ফম্বাল অমসুং ইশায়ফৃ লাৎপগী থৌরম, ইমা লৈমরেল শিদবী ঈবাং-থৌনিবগী থৌরম পাঙথোকই।'

অমুক্কা নাওবেম ব্রজমনি মৈতৈনা ইবা 'থৌরম পবেং ঈবাং-থৌনি' কৌবা লাইবিক্তা লামায় ৪৪ দগী ৫১ ফাওবদা লৈবিবা ৬ নি ইপান থাবগী ৱাবোল কৌবা পন্দুপ অসিদা ইপান থাবগী মবম মচা খায়না অমদি শুগাইনা ইবি। খেন্নবিবা হায়ববু অইবা অসিনা ইমা পাম্ভোইবী ঈবাংকনি হায়বসিনি।

হাযবিবা লাইবিক অসিগী লামায় ৪৮ দা ইমা পাম্বোইবীগী অথেনপোং মনাক্তা লাকোই অমা থাবগা চেঙ-থোইদীং, লৈ, তিংথৌ কংনবা লাইরা অমা পীবি:–'হে খোইমোম লাইবেম্মা নবানা লৈমবেল ওইবী নদুনা নোংথাং লৈমা চিংগী মচা পামহৈবী তমগী মচা নানৌবী উস্রা মা চিংজ্রোইবী খিক্লোই পাফন থক্তা লাংগোই খুকপ নানবম থৌবদা তাংজ খোংগুন নাইদবী নোংজুদনা সাইচোংগী নোংশা শাদনা ফৌ কংবী ফৌবাং মচেং খোম্না পানফবিবি নগুগী ৬ নি যুপান হৈসোই থাবদা য়াইফ নোংদম্বীবো হা উং হা য়েং কুবীয়ো।'

মতাং অসিদা নীংশিংজবা য়াবদি, ইমা লৈমবেল শিদবীগা পাম্বোইবীগা মশা অমত্তনি হায়বগী রাখল্লোন অমদি লৈ। অহানবগী মোত অসিনা অঙাংগী ইপান নুমিৎতা ইমা লৈমবেল শিদবী ঈবাংলু হায়বনি, অকোনবগী/ অনীগুবগী মোত অসিনা অঙাংগী ইপান নুমিৎতা ইমা পাম্বোইবী ঈবাংলু হায়বনি। ফম্বাল লাংবগী অমদি ইশায়ফু লাংপগী থৌবমদি চপ মান্নে।

**হিন্দু ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ৬ নিদা ষষ্ঠী পূজা তৌবগী মরম:–** ব্রহ্মবৈবর্ত্ত কৌবা হিন্দুগী পুরাণগী মতুং ইন্না অঙাং পোকপা মতুং নুমিং ৬ নিদা ষষ্ঠী পূজা তৌনবা য়াথং অসি ইমা ষষ্ঠীদেবীগী মুখ/মচীনমক্না সত্য যুগতা স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল মবোল অহুমগী মপু ওইবিবা স্বায়ম্ভুব মনুগী মচানুপা নিংথৌবেল প্রিয়বর্ত্তদা তাকপিখিবনি।

হিন্দুগী মাইথোলোজী/লাই-তীনগী রাবীগী অথোবিতি ওইবিবা WJ Wilkin না ইংশোক ১৮৮২ দা কলিকত্তাদা ফোঙবা 'Hindu Mythology' দা অসুম্না ইবি–

*'ষষ্ঠী দেবী অসি লুহোংলবী নুপীগী অখন্নবা লাইবেম্বীনি, মহাক্না অঙাং পীবি। অঙাং পোকপা মতমদসু ইমা মহাক্না মতেং পাংবী অমদি নৌবিবা অঙাংগীসু নাউকোনবীনি। মহাক্কী শক্তমদি সনা মচুগী কুচু ওইবী, ইমা লাইবেম্বীনি; পাম্বোম নাম্মনা অঙাং অমবু নুংশিনা কোনবিবগা, অতোপ্পা পাম্বোম নাম্মদুনা অঙাং অদুবু মখুৎ পায়বিদুনা হৈনা চৎপা তম্বিবি। ইমা ইবেম্মা মহাক্কী শাদোংদি য়ুম্নেমা হৌদোংনি।*

*মবমসিননি হিন্দুগী যূমগী নুপীনা যূম্লেমা-হৌদোংবু থীনা তৌহৈদে হাযনবিবসি। চহী অমদা ষষ্ঠী দেবী অসি তরুকলক পূজা কৎকনি। অদুবু মচা শিগ্রবী নুপীনদি থা খুদিংগী ষষ্ঠী দেবী পূজা কৎকনি। অঙাং পোকপগী নুমিৎ তরুকনি শুবদা অঙাং মপানা ষষ্ঠী দেবী পূজা কৎকনি, অদুগা অঙাংগী মমানদি চযোল অহুম/নুমিৎ কুনমাথোই শুবদা ষষ্ঠী দেবীদা হৈকৎ-লৈকৎ তমগনি।'*

অমবু ওইবে অমবু ওইবে, অঙাং পোকপগী তরুক্কি শুবা নুমিৎতা পোক্কিবা অঙাংদুগী য়াইফ-মঙ্গল নিজবা হাযবসি অচুম্বা ৱাখল্লোননি। ইমা লৈমবেল শিদবী/ইমা পাম্লোইবী/ষষ্ঠী দেবীদা নিজগদৌবিবা/হাযজগদৌবিবদি পীক্লিবা অঙাং নাৱা অদুগী গ্রহগী দশা-লাংফম, অনা-অয়েক লৈহনবিদনবা/কোকপিনবা অমদি অঙাং অদুগী পুন্সি-নুংশাংবা পীবিনবা ইমা লাইবেম্বী মঙোন্দা থৌনিজবনি।

---

# ২৪

# ৯ নি পানবা থাবান্দা পাঞ্জিগী মীৎয়েং অমা

ইংলিস জাতিনা নম্বব থার্তিনবু অনলক্ষী নম্ববনি, ফত্তবা দাউ যাদবা মশীংনি হায়না লৌনবগুম, মৈতৈ জাতিনসু পানখৎলকপগী শূপ্নগী ৯ নি পানববু যাম্না ফত্তবা থাবাননি, নুমিৎনি হায়না লৌনবনা হীবম অসিমক মৈতৈগী অমদি হিন্দুগী মীৎয়েংদগী নৈনবগী মথৌ তাবি।

**মৈতৈগী মীৎয়েংদগী ৯ নি পানবা**

১। **থাবান ৯ঃ** যাত্রা য়াদে, অশিবা দশা ফংঙি।

**ব্রাহম্লোকঃ** থাবান অসিদা যাত্রা তৌবগা লমদা চৎপা, য়ুমগী যাত্রা হুনবা ফত্তে, অমাঙ-অতা, অশি-অনা নংবা য়াই হায়বনি।

২। **থাবান ৯ঃ** যোগিনী নোংপোক্তা লৈ।

**ব্রাহম্লোকঃ** থাবান অসি মক ওইনা নোংপোক মায়কৈদা চৎথোক-চৎশিন তৌবা পাঙদে। যোগিনী মাযোক্নববদি অৱা-অনা, অনা-অয়েক নংগনি।

৩। **থাবান ৯ঃ** অৱাংদা লাইজাউ মায়কৈ থোকই। লাই লৈ।

**ব্রাহম্লোকঃ** লাই লৈবা মায়কৈদা নুপীনা মপাম চৎপা পাঙদে। অতৈ মীওইনসু অৱাং মায়কৈদা চৎলবদি লাইবক থীববদি লাইজাউ মায়োক্নদুনা পামদবা থৌদোক থোকপা য়াই।

৪। **থাবান ৯ঃ** লাইনা শামু চায, ফত্তে।

**ব্রাহম্লোকঃ** শামুগা মবী নৈনবা থবক তৌবা ফত্তে। মক ওইনা শামুগী লৈফম জঙ্গলদা চৎপা ফত্তে, পাঙদে।

**৫। থাবান ৯ঃ** লৌদা লাই লৈ।

**ব্রাহস্লোকঃ** থাবান অসিদা লৌদা লাই লৈবনা মবম ওইবনা মক ওইনা অহানবা লৌতাবা পাঙদে। কবিগুম্বা লৌবুক কূমদবা য়াদবা ওইববদি লৌবূক্কী লাইদা ঙমজবা হৈ-লৈ, অথুম-অহাও কৎপিগনি।

**৬। থাবান ৯ঃ** লেংবান্দা থব্রায় লৈ। নীংজূদা মি লৈ। ঈ খুদেং, লাই খুদেং লৈ।

**ব্রাহস্লোকঃ** লেংবান নীংজূদা থব্রায়-মি লৈবনা থাঙ থাবা পাঙদে। ঈ খুদেং, লাই খুদেং তাবনা লাই খুকম্বা ফত্তে, পাঙদে।

**হিন্দুগী মীৎয়েংদা ৯ নি পানবা**

(ক) ৯ নি পানববু অহাঙবা নুমিৎ বিক্তা তিথি কৌই। নুমিৎ থাবানসিদা থবক তৌবদা অহাঙবা নুমিৎ বিক্তা তিথি/তাবনা তৌজবদা কান্নদবা ওই। অদুবু তির্থ-যাত্রা চৎপা, ধর্ম্মগী থবক অমদি চবা হেনবদি ফৈ।

(খ) ৯ নি পানবগী ফত্তবা পূংকম। নোংঙানবদগী ঘতি ২৫ নৎত্রগা পূং ১০ ফাওবা। প্রমাণ ওইনা হায়ববদা অয়ুক্কী পূং ৫-৩০ দা নুমিৎ থোক্লে হায়না লৌবসি। পূং ৫-৩০+১২=পূং ১৫-৩০-১২=নুংথিল পূং ৩-৩০। শম্না অমদি লায়না হায়ববদা নুংথিলগী পূং ৪ দগীদি ৯ নি পানবগী দোষতি লৈত্রে। মসিদি মীয়াম্না ভাব তানবা হায়জবনি। চপচাবদি ৯ নি পানবগী হৌবা মতমদগী পূং ১০ ফাওবা ৯ নি পানবগী মযাক লৈবি, পাঙদে হায়জবনি। হীবম অসিদি নুমিৎ নুমিৎতুগী ৯ নি পানবগী পূং কয়াদা হৌবগে হায়বদুদি থূৎপায়দা নৎত্রগা অখঙবা পাঞ্জি অমগা তান্নবিগনি।

(গ) ৯ নি পানবা নুমিৎসিগী ফলদি নাপলবু শৌগৎলি অমদি মথ্বায় হাপ্লি।

(ঘ) ৯ নি পানবা সত্য যুগকী অহৌবা নুমিৎনি।

(ঙ) ৯ নি পানবা থাবান্দা চউম্বা পাঙদে। ৯নি পানবা থাবান্দা মহৈ-মশিং তম্বা হৌবা পাঙদে। ৯ নি পানবা থাবান্দা লুগুন থাংবা পাঙদে। ৯ নি পানবা থাবান অসি অহাঙবা নুমিৎ বিক্তা তিথি কৌবনা অফবা থবক তৌবা/হৌবা পাঙদে।

**প্রতিকাব লৈব্রা ?**

অদু ওইববদি ৯ নি পানবা থাবান্দা থবক অফবা অমত্তা হৌবা য়াদববা হাযবা ব্রাহ্ংসি লাকই। মৈতৈগী লাইনীংদা থাজবা মীওইনা ৯ নি পানবদা হৌদবা যাদবা, তৌদবা য়াদবা থবক লাক্লবদি লাইনিংথৌ সনামহিদা খুকমজবগা তৌবা যাগনি হায়বা পুয়াগী মোততি লৈ। হিন্দুগীদমক্তি শজিবুগী ৯ নি পানবদা পৃথিবীগী অব্রাবা পুবিবগে হায়দুনা ফত্তে হায়নবিবা ৯ নি পানবদা অবতাব তৌবিবক্লবা প্রভু বামচন্দ্রদা চঙজবনা ৯ নি পানবদা তঙাইফদনা থবক তৌবা তাবগী উপায় পাম্বেনি হায়বা অখণ্ড-অহৈগী মোত লৈ।

---

# ২৫

# মীয়াম্না পাম্নরক্লিবা 'ফেঙ শুই' (১)

'**ফেঙ শুই**' হায়বসি ঙসিগী মীবোন্না যাম্নমক পাম্নবক্লিবা, চিনাগী ওইবা যূমশাবোল অমদি মীওইবগী লাইবক ফনবা মবম কযা তাকপা বিদ্যা অমনি। বিদ্যা অসি য়েংবদদি যাম্না লাইবা মানবা, অদুবু যাম্না লানগনবা যাবা অমদি ফগনি খন্নবগা তৌবা প্রতিকাবনা কবিগুম্বা অমতং শোযবদা ফত্তবা ওইহনবা যাবা মবম কযা লৈবনা, হিবম অসিদা যাম্না মমুৎতানা খঙ-হৈববা মীওইতগা তান্নবা চুমগনি। মবম অসিনা, খঙলম-খঙফাত্তবা মীওইগদি ফেঙ শুইগী মবমদা শুকতান-তান্নবিধোইদবনি হাযবসি খঙ-হৈববা মীওইশিংগী মোতনি।

মীযাম্না শকখঙনববা 'ক্রুসলি' অমদি 'কেনেডি' গী মতাংদা ফেঙ শুইগী ওইবা মোত ময়েক লানা পীবি। ক্রুসলিগী অপোকপনা শিববা মতুংদা লৈবোন চনবগী মফম অদু ফত্তবা দোষ লৈবা ওইবনা, ক্রুসলি অমদি মহাক্কী মচানুপা ব্রান্দালিগী পুন্সি তেনখিবনি হাযবসি ফেঙ শুইগী পণ্ডিতশিংনা মোত পীবি। মতৌ অসুম্না আমেরিকাগী প্রসিডেন্ত ওইবম্বা জোন এফ কেনেডিগী অপোকপগী লৈবোন চনবগী মফম্না পাঙদবা মফম ওইখিবনা কেনেডি অমদি মাগী চাবোন-শুবোলদা অমাং-অতা কয়াগী ফল পীখি। মী অমা ফুম্বগী নুমিৎ, শিবগী চহী অমদি ফুম্বগী মফমগা তুংগী মীবোলগী পুন্সিগা নক্কবা মবী য়াম্না লৈনৈ হায়বসি ফেঙ শুইগী ওইবা নিয়মনি।

ফেঙ শুই হায়বসি ঐখোয়না য়াম্না লায়না অর্থ হনবা য়াদে। মসিদি পাউবীগুম্বনি, প্রমাণ-পাম্থৈগুম্বনি অমদি মনুং-মনুংদা অর্থ কয়া লৈবা পোং অমনি।

অচম্বা অর্থদা ফেঙ হাযবদি নুংশিৎ হায়বনি, শুই হাযবনা ঈশিং হাযবনি। হংবা যাবা ৱাহংদি নুংশিৎ হায়বসিনা কবিবুনো ? ঈশিং হায়বসিনা কবিবুনো? চিনাগী লাই ওইখ্রবা মুণি-ঋষি কয়া কযানা মতমগী লৈবোন্নুংদা চাংযেং কযা তৌববগী তুংদা হন্দোক্লম্বা ৱাহল্লোকশিং ঐখোযনা নৈনদবা যাদে।

ফেঙ শুইনা তাক্লিবসি—ইনর্জি শক্তিবুনি। শক্তি হায়বসিদা অনী লৈ, অফবা শক্তি, ফত্তবা শক্তি। ফেঙ শুইনা তাক্লিবসি মী নৎত্রগা পোৎ অমদা অফবা শক্তি হাপ্পনি, ফত্তবা শক্তিবুনা থৈদোক-যৈথোকপনি।

মতাং অসিদা ঐখোযনা খঙজিনবা যাবদি—চিনাগী এস্ত্রোলোজী, ন্যুমবোলোজি অমদি ফেঙ শুই অহুম্মক পূন্না খঙবতনা ফেঙ শুইবু মুন্না খঙবা মীওইনি হাযনা লৌগনি হাযবসিনি।

**ফেঙ শুইদা চঙলিবা পোৎচং মঙা/মীওই মখল মঙাঃ—**

ঐখোয হিন্দুগীদা পঞ্চভূত হায়দুনা মবম মঙা লৈবগুম, চিনাগী ফেঙ শুইগীসু পোৎলম মঙা লৈঃ—

১। উ ২। মৈ ৩। পৃথিবী (লৈবাক)

৪। ধাতু ৫। ঈশিং।

মবম মঙা অসি চপ মান্ননা খল মান্নববতদা, মীওই অদুগী, য়ূম অদুগী, অকোযবা অদুগী অফবা ঙাক্তা ওইগনি। মতাং অসিদা নৈনবা য়াবদি চিনাগী এস্ত্রোলোজী অমদি ফেঙ শুইগী মোত মতুং ইন্না মীওইবা অসিসু মখল মঙা শুই অমদি মখোযনা ফমগদবা চৌক্রীগী মচুসু মান্নবোই।

১। উগী মী—ফমগদৌবা চৌক্রী মচু অশংবা।

২। মৈগী মী—ফমগদৌবা চৌক্রী মচু অঙাংবা।

৩। লৈবাক্কী মী—ৱাওথাংনবা মচু নৎত্রগা মৈ মচুগী চৌক্রী।

৪। ধাতুকী মী—ৱাওথাংনবা মচু নৎত্রগা অঙৌবা মচুগী চৌক্রী।

৫। ঈশিংগী মী—হিগোক মচুগী চৌক্রী।

চিনাগী মৈহৌবোলগী মতুং ইন্না, ফু হিস কৌবা চিনাগী মুণি-ঋষি অমনা ঙসিদগী চহী ৩০০০ বোমগী মমাংদা, মীয়ামগী ফনবনি হাযদুনা লৈই অহুম্না খুদম চাংদম ওইবা লাইখুযেক অমা য়েকশিখি। লৈই অহুমগী অর্থ থিনবদা মখাগী অসুম্না হন্দোক্রবেঃ—

১। অহানবা লৈই অসি চিনা লোন্দা 'যিন' হায়বদি—অমশ্বা, অঈংবা।

২। অনীশুবা লৈই অসিনা চিনা লোন্দা 'য়াঙ' হায়বদি মঙাল, মৈশা ওইবা পোৎশিংনি।

৩। অহুমশুবা লৈই অসিনা চিনা লোন্দা 'চি' হায়বা ইনর্জি শক্তিশিংবুনি।

মতাং অসিগা মবী লৈননা, ঐখোয়না মৈতৈগী পাউবৌ-প্রমাণ অমা নীংশিংবা য়াইঃ—

"নুংশা লৈমা থোবক্লো,

উকম লৈমা চঙখবো।"

মৈতৈনা নুংশা হায়বদি শক্তি পীবা 'যাঙ' অসি পাম্মী অমদি উকম 'যিন' অসিদি পামদে হায়বসি মৈতৈগী অবিবা ঈশৈ লোকগীত অসিদগী ঐখোয়না খঙলে।

অতোপ্পা মীৎয়েং অমদা য়েংলগসু, ফেঙ শুই হায়বসি—'ঈশিংনা পুন্সিনি' 'Water is Life' হায়বা ৱাফমসিগা ঐখোয়না মবী লৈননা য়েংবা য়াই।

মসিগী নুংগী ওইবা ৱাফমদি, নুংশিৎনা ঈশিং ওইনবগী পাম্বৈনি। নুংশা মঙান্না য়ৈবগা, ঈশিংগী মনিলবু নুংশিৎনা অতিয়াদা পুখৎলক্লগা, লৈচিন/নোং ওলহল্লী। নুংশিৎনা লৈচিনবু নোং ওলহল্লগা ঈশিং ওইনা মালেম লৈমাযদা তাহল্লকই। মবমসিনা চিনাগী ফেঙ শুইনা পুন্সিদা অহানবা ওইনা মক ওই হায়বিবসি ঈশিংনি হায়বসিদা কবিসু যেৎননিঙাই লৈত্রে।

ফেঙ শুইনা ইনর্জি শক্তি অহুমদা মীৎয়েং থম্মী। চিনাগী শাস্ত্র অসিনা মীওইবগী লাইবক্তা, অমদি ইনর্জি শক্তি অহুমগা মবী লৈনৈ অমদি লৈনহনগদবনি হায়বসিদা অমুক্তং য়েংসি ঃ—

১। মপোক্কী ওইবা লাইবক্তি নোংদোনথক্তগী লাকই হায়বদি নবগ্রহ ৯ দগী লাকই। মসিবু স্বর্গগী ইনর্জি শক্তি কৌই অমদি মসিনা অপূনবগী চাদা নিফু ওই।

২। মীওইবগী লাইবক্তি মশানা মশাবু শেমজে অমদি মসিবু মীওইবগী ইনার্জি শক্তি হায়না কৌই অমদি মসিনা অপূনবগী চাদা কুম্না ওই।

৩। পৃথিবী/লৈবাক্কী ওইবা লাইবক্তি পৃথিবীগী শক্তিনি। মসিদি অকোযবদগী লাকপনি অমদি অপূনবগী চাদা কুম্না ওই।

**ফেঙ শুই মাইকৈ/মবম মবিদা য়েংবা বিদ্যানি।** ফেঙ শুইনা লেংলিবসি মাইকৈ নৎত্রগা মবম মবিদগীনি। অমুক্তং নৈনদুনা য়েংসি ঃ–

১। যূম/শঙ/ওফিস/কাবখানাগী মফম অমদি মওং-মতৌ।

**শন্দোকপা ঃ**- যূম/শঙ/ওফিস/কাবখানাগী মফম অদু ঈশিং-নুংশিৎকী খলগা চানব্রা, মবম মঙা হাযবদি উ, মৈ, লৈবাক, ধাতু অমদি ঈশিংগসু চানব্রা য়েংগনি। যূমগী অমদি অতৈ শঙশিংগী মওং-মতৌ অদু ফেঙ শুইগী নিয়মগা চানব্রা য়েংগনি হাযবনি।

২। অকোযবগী ফিভম ঃ **শন্দোকপা ঃ**— লৈনবিবা যূম/শঙ অদুগী অকোইবদা লৈবীবা মহৌশাগী ওইবা পোৎশিং—চীং/চীংদুম/উপাম্বী/ঈশিংনচিংবা চান-চূনবব্রা য়েংগনি।

৩। মতম ঃ **শন্দোকপা ঃ**— যূম/শঙ শাখিবদু/শাবদু অফবা মতমদা ওইববা হাযবদু য়েংগনি।

৪। খ্বাইদগী মক ওইবদি, পৃথিবীগী পোৎশক কয়াগা মবী লৈনবিবা, মীওইবা হাযবা জীবশিং অসি ফেঙ শুই হাযবা বিদ্যা অসিগা হকথেংনবা মবী লৈনৈ।

**শন্দোকপাঃ**— ফেঙ শুইনা মীওইবগী চাওখৎনবা, লন চংনবা, নুংঙাইনবা হোৎনৈ। মীগী নুংঙাই-যাইফনবা বিদ্যানি।

**ফেঙ শুইগী ওইবা নিয়ম খবাঃ—**

১। ইংখোল অমদা পুখ্রি থম্বা তাববদি চিঙ্খৈ মাযকৈদা থম্বনা খ্বাইদগী ফৈ।

২। হেন্না ফনবনা পুখ্রিদুদা থবো থাবা অমদি সনামচুগী ঙা যোকপনি।

৩। যূমগী অকোযবদা উ থাবা তাববদি যূমগী অরাং নৎত্রগা নোংচুপ্তা উ থাবনা হেন্না ফৈ।

৪। লৈগদৌবিবা যূমগী মনিংদা তুবেল নৎত্রগা লৌখোং লৈবা ফত্তে।

৫। সবক/মী ফাওফম যাম্না নক্না যূম ওইবসু ফত্তে।

৬। কোকথক্তগী মঙাল কাপথবকপা/থাদোবকপসু ফত্তে।

৭। কোকথক্তা পোৎ অমা যাম্থবকপসু ফত্তে।

৮। থাল্লিবা মঙাল অদুদি ঙানগদবনি অদুবু য়াম্লমক্তি য়াক্লোইদবনি।

৯। মবাক-ময়ুং চপ মান্নবা যূম/কা নৎত্রগা মবাক-ময়ুং নাইবা যূম কাশিংদি অফবা শক্তি চঙদুনা নুংঙাই-য়াইফবা, লন চংবা ফল ফংই। ফ্রোবগী কাখলসু মতৌ অসুগুম্বা মওং তৌবা ফৈ।

১০। 'ব' মানবা নৎত্রগা ত্রাইঙ্গুলাব ওইবা কা/যূম মওং ফেঙ শুইগী নিয়ম ব্রাংমদনি অদুগা কা নৈশিল্লকপদা ৪৫° দা নৈশিনবসু ফত্তে, অমাং-অতা থোকই।

**ফেঙ শুইগী প্রতিকার ওইনা মিংশেল অমদি ধাতুগী মখোন থোকপশিং ঃ—** যূমশাবোল কাযবা/ফেঙ শুইগী নিয়ম লান্দুনা ফত্তবা থোকপদগী কন্নবা প্রতিকাবগী মতাংদা মিংশেল শীজিন্নবগী কান্নবা নৈনজবি ঃ—

(১) মন্নীবা কাবু মিংশেন্না হেন্না মঙান ফংহল্লি।

(২) মিংশেন্না ইনর্জি শক্তি চিংখৎহল্লি অমদি চাইথোকহল্লি।

(৩) মিংশেন্না ইনর্জি শক্তিবু শরুক অনী হেঙ্গৎহল্লি অমদি শক্তি মশীং খঙদনা হাপকৎলি।

(৪) মিংশেন্না পোৎ লোৎপা ঙম্মী হাযবদি লেত্রিনগুম্ববু মিংশেন্না উহন্দবা ঙম্মী।

**ধাতুগী চাইম/মখোল থোকহনবনা ফেঙ শুইদা ওইবা ফিভম ঃ**

যূমদা ধাতু হাপ্লগা লন-থুম চংবা ঙমহল্লি অমদি শেন্থুমগী ওইনা মাই পাকপা হেঙ্গৎহল্লি হাযবা অকনবা মোত লৈ। কোইন-শেনময়েক অমদি চাইম ওইনা তৌবসু যাই।

**ফেঙ শুইনা ওইদ-পাদ ঙাঙনরকপা অমদি লান্না লৌনরকপা ঃ—**

হৌজিক লাইবক থীবদগী, ফেঙ শুইগী নিযম কানুনদা যাওদবা, কনাগুম্বা খবনা হৈপা শাবা অমদি যাম্না খঙ-হৈবা শাদুনা ফেঙ শুইদা হায়জিনবা মবম ময়াম অমা থোবক্লে। মমাঙদসু হান্না হায়জখ্রে, ফেঙ শুইগী নিযম লানবা য়াদে ঐখোয়না 'চি' হায়না খঙনবিবা ইনর্জি শক্তি অসি চুম্না শীজিন্নবগা অফবা কান্নবা পীবনি, লান্না শীজিন্নবগা অমাংবা পীবনি। অদুনা বিদ্যা অসিনা মীওইবদা মাঙ-তাক্লীংঙাই ওইহন্দনবা ঐখোয়না হোৎনবা তাই।

মীযাম্না খণ্ডবীগদবদি, ফেঙ শুইদি ধর্ম্মগা মবী লৈনদে, জাদু-মন্ত্র-যন্ত্র অমদি অন্ধবিশ্বাসকসু মবী লৈনদে। মহৌশাগী ওইবা অকোয়বদা লৈবিবা পোৎলমশিংগী ফিভম চুম্বদা যূম্ফম ওইবগা লৈবা কান্নখ্রবা ফেঙ শুই হায়বা বিদ্যা অসিবু ঐখোযনা ঙাক-শেনবগা লোয়ননা, মসিদগী কান্নবা লৌফম থোকই।

## 'ফেঙ শুই' (২)

জানুৱাবী ২০০৯ গী চেফোঙদা চিনাগী ফেঙ শুইদা পোৎলম মঙাগী মতুংইন্না মীওই মখল মঙা লৈ হাযনা ইজখিবদু মীযাম্না শোয়দনা চমম্নবা পোকপিবমগনি। হান্নসু পাওদমজন্ত্রে মদুদি ফেঙ শুইগী মবম খণ্ডবীগে হায়ববদি চিনাগী এস্ট্রোলোজী খণ্ডদবা শুকয়া য়াদে।

জ্যোতিষতা বাশি ১২ লৈবগুম, চিনাগী এস্ট্রোলোজীদা চহী পুবা শা মখল ১২ লৈ। শাশিং অদুদিঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। উচি | ২। ষন লাবা | ৩। কৈ |
| ৪। থেবা | ৫। চীংলাই | ৬। লিন |
| ৭। শগোল | ৮। হামেং | ৯। য়োং |
| ১০। য়েন্বা | ১১। হুই | ১২। ওক। |

হায়বিবা ৱাফম অসি মৈতৈ জাতিগীসু চহী চহীগী ফমফম পুবিবা শা ৮ গা মান্নৈ হাযবা যাই। মৈতৈ সুবিকাদা যাওবিবা শা ৮ নাঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। কৈ | ২। কাকযেন | ৩। তোকপা |
| ৪। শামু | ৫। ষন | ৬। লিন |
| ৭। উচি | ৮। নোংশা। | |

চহীগী ওইবা ফমফম পুবিবা/পীবিবা চিনাগী কেলেন্দব অসি থাবানগী খোঙচত্তা ওইবনা সোলাব নৎত্রগা ইংবাজী কেলেন্দবদা ওম্থোকপদদি ঐখোয হিন্দুগী/মৈতৈগীগুম্না খেন্নবা খবা খবদি অদুম্মক থেংনৈ, লৈ।

হৌজিক্তি ঐখোযনা শা ১২ না পুবিবা চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব চানবা ইংলিসকী কেলেন্দব ওম্থোক্লগা তাবীখ, পোৎলম মঙা অমদি মীওই মখল ৫ অসি কবম্না লৌবগে হায়বদু যেংলসি ঃ—

**১। উচিনা পুবা কুম/চহী (ফমফম)**

**শক্তাকপা ঃ—** মীওইবনা উচি হাযবা জীব কাঙলূপ অসিবু মথায থাযনদগী হৌনা হন্থবা মীৎযেংনা যেংবিবকই। অঙকপদি চিনাগী মৈহৌবোম্দা, চহি কযাগী মমাংদা নোংদোনথক্তগী তাবকপা থৱাম্মিচাক্কী মচেৎশিংনা মালেমদা উচি ওনখিবনি হাযবি।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব | পোৎকী মগুণ মীগী মগুণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দব |
|---|---|---|
| ১৯০০ | লৈবাক | ৩১/১/১৯০০ দগী |
| | | ১৮/২/১৯০১ |
| ১৯১২ | উ | ১৮/২/১৯১২ দগী |
| | | ৫/২/১৯১৩ |
| ১৯২৪ | ধাতু | ৫/২/১৯২৪ দগী |
| | | ১৩/১/১৯২৫ |
| ১৯৩৬ | ঈশিং | ২৪/১/১৯৩৬ তগী |
| | | ১০/২/১৯৩৭ |
| ১৯৪৮ | মৈ | ১০/২/১৯৪৮ দগী |
| | | ২৮/২/১৯৪৯ |
| ১৯৬০ | লৈবাক | ২৮/২/১৯৬০ দগী |
| | | ১৪/২/১৯৬১ |
| ১৯৭২ | উ | ১৫/২/১৯৭২ দগী |
| | | ২/২/১৯৭৩ |
| ১৯৮৪ | ধাতু | ২/২/১৯৮৪ দগী |
| | | ১৯/২/১৯৮৫ |
| ১৯৯৬ | ঈশিং | ১৯/২/১৯৯৬ তগী |
| | | ৬/২/১৯৬৭ |

## ২। ষন লাবানা পুবা কুম/চহী (ফমফম)

**শক্তাকপা ঃ—** জাতি খবনদি ষন লাববু 'মশানা মশাবু কখোকচবা ঈশ্বব' হায়না খন্নে। মহাক অসি লৌ খোইনৈ, গাডী চিংনৈ অমদি মীওইবগী চিঞ্জাক পীবি। লৌমিশিংনদি শা অসিবু খ্বাযদগী মক ওইবনি হাযনা লৌনৈ।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব | পোৎকী মশুণ মীগী মশুণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দব |
|---|---|---|
| ১৯০১ | নৈবাক | ১৯/২/১৯০১ দগী |
| | | ৭/২/১৯০২ |
| ১৯১৩ | উ | ৬/২/১৯১৩ দগী |
| | | ২৫/১/১৯১৪ |
| ১৯২৫ | ধাতু | ২৪/১/১৯২৫ দগী |
| | | ১৯/২/১৯২৬ |
| ১৯৩৭ | ঈশিং | ১১/২/১৯৩৭ দগী |
| | | ৩০/১/১৯৩৮ |
| ১৯৪৯ | মৈ | ২৯/১/১৯৪৯ দগী |
| | | ১৬/২/১৯৫০ |
| ১৯৬১ | নৈবাক | ১৫/২/১৯৬১ দগী |
| | | ৪/২/১৯৬২ |
| ১৯৭৩ | উ | ৩/২/১৯৭৩ দগী |
| | | ২২/১/১৯৭৪ |
| ১৯৮৫ | ধাতু | ২০/২/১৯৮৫ দগী |
| | | ৮/২/১৯৮৬ |
| ১৯৯৭ | ঈশিং | ৭/২/১৯৯৭ দগী |
| | | ২৭/১/১৯৯৮ |

**৩। কৈনা পুবা কুম/চহী (ফমফম)**

**শক্তাকপা ঃ–** মীওইবনা কৈবু 'শাগী নিংথৌ' হায়না কৌনদুনা ইকাইখুম্নবা ঊৎনবক্নি। মৈহৌবোলগী ঝাবীনদি কৈ হায়বসি লৌশিং যাম্না লৈবা, সুপবনেচবেল ওইবা শক্তি লৈবা স্বগগী অবতাবনি হায়না শিংথানবি ঃ–

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব | পোৎকী মগুণ মীগী মগুণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দব |
|---|---|---|
| ১৯০২ | ধাতু | ৮/২/১৯০২ দগী |
| | | ২৮/১/১৯০৩ |
| ১৯১৪ | ঈশিং | ২৬/১/১৯১৪ দগী |
| | | ১৩/২/১৯১৫ |
| ১৯২৬ | মৈ | ১৩/২/১৯২৬ তগী |
| | | ১/২/১৯২৭ |
| ১৯৩৮ | লৈবাক | ৩১/১/১৯৩৮ দগী |
| | | ১৮/২/১৯৩৯ |
| ১৯৫০ | উ | ১৭/২/১৯৫০ দগী |
| | | ৫/২/১৯৫১ |
| ১৯৬২ | ধাতু | ৫/২/১৯৬২ দগী |
| | | ২৪/১/১৯৬৩ |
| ১৯৭৪ | ঈশিং | ২৩/১/১৯৭৪ দগী |
| | | ১০/২/১৯৭৫ |
| ১৯৮৬ | মৈ | ৯/২/১৯৮৬ তগী |
| | | ২৮/১/১৯৮৭ |
| ১৯৯৮ | লৈবাক | ২৮/১/১৯৯৮ দগী |
| | | ১৫/২/১৯৯৯ |

৪। **থেবনা পুবা কুম/চহী (ফমফম)**

**শক্তাকপা ঃ—** মবুক তপ্পা থেবা কৌবা শা অসিনা থাজবা অমদি অশেংবা থম্মোযগী সিমবোল ওইবতা নত্তনা, পুম্নিদা অনৌবা আশা কযা পদনা লাক্লিবা ঋতুবাজ বসন্তগুম্বা ওইনা লৌনৈ।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব | পোৎকী মণ্ডণ মীগী মণ্ডণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দব |
|---|---|---|
| ১৯০৩ | ধাতু | ২৯/১/১৯০৩ দগী |
| | | ১৫/২/১৯০৪ |
| ১১১৫ | ঈশিং | ২৪/২/১৯১৫ দগী |
| | | ২/২/১৯১৬ |
| ১১২৭ | মৈ | ২/২/১৯২৭ তগী |
| | | ২২/১/১৯২৮ |
| ১১৩৯ | লৈবাক | ১৯/২/১৯৩৯ দগী |
| | | ৭/২/১৯৪০ |
| ১৯৫১ | উ | ৬/২/১৯৫১ দগী |
| | | ২৬/১/১৯৫২ |
| ১৯৬৩ | ধাতু | ২৫/১/১৯৬৩ দগী |
| | | ১২/২/১৯৬৪ |
| ১৯৭৫ | ঈশিং | ১১/২/১৯৭৫ দগী |
| | | ৩০/১/১৯৭৬ |
| ১৯৮৭ | মৈ | ২৯/১/১৯৮৭ দগী |
| | | ১৬/২/১৯৮৮ |
| ১৯৯৯ | ঈশিং | ১৮/২/১৯৯৯ দগী |
| | | ৪/২/২০০০ |

## ৫। চীংলাইনা পুবা কুম/চহী (ফমফম)

**শজাকপা ঃ–** লাই-তিনগী ৱাবীশিংবুল্লক্তা চীংলাইগী ৱাবীসু শাগোন্নরা য়াওদুনা লাক্লি। মীওইবনা চীংলাইবু স্বৰ্গদগী লেংথবকপনি খন্নদুনা কিজনা অমদি ভক্তি ব্যবহাব তৌনবক্লি।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দর | পোংকী মগুণ মীগী মগুণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দর |
|---|---|---|
| ১৯০৪ | মৈ | ১৬/২/১৯০৪ দগী |
| | | ১৩/২/১৯০৫ |
| ১৯১৬ | লৈবাক | ৩/২/১৯১৬ তগী |
| | | ২২/১/১৯১৭ |
| ১৯২৮ | উ | ২৩/১/১৯২৮ দগী |
| | | ৯/২/১৯২৯ |
| ১৯৪০ | ধাতু | ৮/২/১৯৪০ দগী |
| | | ২৬/১/১৯৪১ |
| ১৯৫২ | ঈশিং | ২৭/১/১৯৫২ দগী |
| | | ১৩/২/১৯৫৩ |
| ১৯৬৪ | মৈ | ১৩/২/১৯৬৪ দগী |
| | | ১/২/১৯৬৫ |
| ১৯৭৬ | লৈবাক | ৩১/৩/১৯৭৬ তগী |
| | | ১৭/২/১৯৭৭ |
| ১৯৮৮ | উ | ১৭/২/১৯৮৮ দগী |
| | | ৫/২/১৯৮৯ |
| ২০০০ | ধাতু | ৫/২/২০০০ দগী |
| | | ২৩/১/২০০১ |

## ৬। লিম্না পুবা কুম/চহী (ফমফম)

**শক্তাকপাঃ—** লিনবু কনাগুম্বনা ফত্তবা জীব কাঙলূপনি হায়না লৌনববসু, লিন খুদিংমক্তি ফত্তবদি নত্তে। চিনাগী মৈহৌবোন্দা, লিন অঙৌবনা থৌজাল হৈবা, লিন অশংবনা পুন্য চেনবগী মতৌবু শক্তাকই। অদুবু হোলি বাইবলনদি, লিনবু ফত্তবা, নমথাক তৌবা অমদি মীবৈহংনি হায়না শক্তাকই।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দর | পোংকী মণ্ডল মীগী মণ্ডল | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দর |
|---|---|---|
| ১৯০৫ | মৈ | ৪/২/১৯০৫ দগী |
| | | ২৪/১/১৯০৬ |
| ১৯১৭ | লৈবাক | ২৩/১/১৯১৭ তগী |
| | | ১০/২/১৯১৮ |
| ১৯২৯ | উ | ১০/২/১৯২৯ দগী |
| | | ২৯/২/১৯৩০ |
| ১৯৪১ | ধাতু | ২৭/১/১৯৪১ দগী |
| | | ১৪/২/১৯৪২ |
| ১৯৫৩ | ঈশিং | ১৪/২/১৯৫৩ দগী |
| | | ২/২/১৯৫৪ |
| ১৯৬৫ | মৈ | ২/২/১৯৬৫ দগী |
| | | ২০/১/১৯৬৬ |
| ১৯৭৭ | লৈবাক | ১৮/২/১৯৭৭ তগী |
| | | ৬/২/১৯৭৮ |
| ১৯৮৯ | উ | ৬/২/১৯৮৯ দগী |
| | | ২৬/১/১৯৯০ |

## ৭। শগোল্লা পুবা কুম/চহী (ফমফম)

**শক্তাকপা ঃ**— শগোল হাযবা শাসি মীওইবগী শ্বাযদগী অফবা মকপনি। শা মখল অসি মশক ফজৈ, মপাঙ্গল কল্লি, মখোঙসু যাম্না লিংনা কল্লি অমদি মাগী মশোংসু যাম্নমক ফজৈ। শা অসি নিংতম্বা শা মখলনি। মহাক্না পোকপা মতুং মিনিট ১০ দা হেক্তা চৎপা ঙম্মী।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব | পোৎকী মগুণ মীগী মগুণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দর |
|---|---|---|
| ১৯০৬ | ঈশিং | ২৫/১/১৯০৬ তগী |
| | | ১২/২/১৯০৭ |
| ১৯১৮ | মৈ | ১১/২/১৯১৮ দগী |
| | | ৩১/১/১৯১৯ |
| ১৯৩০ | লৈবাক | ৩০/১/১৯৩০ দগী |
| | | ১৬/২/১৯৩১ |
| ১৯৪২ | উ | ১৫/২/১৯৪২ দগী |
| | | ৪/২/১৯৪৩ |
| ১৯৫৪ | থাতু | ৩/২/১৯৫৪ দগী |
| | | ২৩/১/১৯৫৫ |
| ১৯৬৬ | ঈশিং | ২১/১/১৯৬৬ তগী |
| | | ৪/২/১৯৬৭ |
| ১৯৭৮ | মৈ | ৭/২/১৯৭৮ দগী |
| | | ২৭/২/১৯৭৯ |
| ১৯৯০ | লৈবাক | ২৭/১/১৯৯০ দগী |
| | | ১৪/২/১৯৯১ |

## ৮। হামেংনা পুবা কুম/চহী (ফমফম)

**শক্তাকপা ঃ**—চিনাগী মীওইশিংনা হামেংবু অফবা শানি হাযনা লৌনৈ। শা অসিনা তাক্লিবদি মশা-মউ ফবা, চেনবা ঙম্না অমদি চোং-ফনবা ঙম্বগী সিম্বোলস্ ওইবি।

| **চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব** | **পোংকী মগুণ মীগী মগুণ** | **চানবা ইংলিসকী কেলেন্দব** |
|---|---|---|
| ১৯০৭ | ঈশিং | ১৩/২/১৯০৭ তগী ১/২/১৯০৮ |
| ১৯১৯ | মৈ | ১/২/১৯১৯ দগী ১৯/২/১৯২০ |
| ১৯৩১ | লৈবাক | ১৭/২/১৯৩১ দগী /২/১৯৩২ |
| ১৯৪৩ | উ | ৫/২/১৯৪৩ দগী ২৪/১/১৯৪৪ |
| ১৯৫৫ | ধাতু | ২৪/১/১৯৫৫ দগী ১১/২/১৯৫৬ |
| ১৯৬৭ | ঈশিং | ৯/২/১৯৬৭ তগী ২৯/১/১৯৬৮ |
| ১৯৭৯ | মৈ | ২৮/১/১৯৭৯ দগী ১৫/২/১৯৮০ |
| ১৯৯১ | লৈবাক | ১৫/২/১৯৯১ দগী ৩/২/১৯৯২ |

**৯। য়োংনা পুবা কুম/চহী (ফমফম)**

**শক্তাকপা ঃ—** যোংগী কাংবু অসি মীওইবগা যাম্না নক্না মবী লৈনৈ। খ্বাইদগী হৈ-শিংবা অমদি থবক ঙম্বা শানি হায়না চিনা জাতিনা লৌনৈ

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দর | পোৎকী মগুণ মীগী মগুণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দর |
|---|---|---|
| ১৯০৮ | লৈবাক | ২/২/১৯০৮ দগী |
| | | ২১/১/১৯০৯ |
| ১৯২০ | উ | ২০/২/১৯২০ দগী |
| | | ৭/২/১৯২১ |
| ১৯৩২ | ধাতু | ৬/২/১৯৩২ দগী |
| | | ২৫/১/১৯৩৩ |
| ১৯৪৪ | ঈশিং | ২৫/১/১৯৪৪ দগী |
| | | ১২/২/১৯৪৫ |
| ১৯৫৬ | মৈ | ১২/২/১৯৫৬ তগী |
| | | ৩০/১/১৯৫৭ |
| ১৯৬৮ | লৈবাক | ৩০/১/১৯৬৮ দগী |
| | | ১৮/২/১৯৬৯ |
| ১৯৮০ | উ | ১৬/২/১৯৮০ দগী |
| | | ৪/২/১৯৮১ |

**১০। য়েনবানা পুবা কুম/চহী (ফমফম)**

**শক্তাকপা ঃ—**

(অ) কলাবিদ্যাদা হৈ-শিংবা তাকই।

(আ) শান্ন-খোৎনবদা হৈ-শিংবা উৎলি।

(ই) থৌনা লৈবা শাগী সিম্বোলনি।

(ঈ) অতৈশিংগা চামিন-থকমিন্নবা য়াবা শাগী সিম্বোলনি।

(উ) থাজনিঙাই ওইবা জীবগী শক্তম্নি।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দর | পোংকী মশুগ মীগী মশুগ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দর |
|---|---|---|
| ১৯০৯ | লৈবাক | ২২/১/১৯০৯ দগী |
| | | ৯/২/১৯১০ |
| ১৯২১ | উ | ৮/২/১৯২১ দগী |
| | | ৮/২/১৯২২ |
| ১৯৩৩ | ধাতু | ২৬/১/১৯৩৩ দগী |
| | | ২৭/১/১৯৩৪ |
| ১৯৪৫ | ঈশিং | ১৩/২/১৯৪৫ দগী |
| | | ১/২/১৯৪৬ |
| ১৯৫৭ | মৈ | ৩১/১/১৯৫৭ তগী |
| | | ১৭/২/১৯৫৮ |
| ১৯৬৯ | লৈবাক | ১৭/২/১৯৬৯ দগী |
| | | ৫/২/১৯৭০ |
| ১৯৮১ | উ | ৫/২/১৯৮১ দগী |
| | | ২৪/১/১৯৮২ |
| ১৯৯৩ | ধাতু | ২৩/১/১৯৯৩ দগী |
| | | ৯/২/১৯৯৪ |

## ১১। হুইনা পুবা কুম/চহী (ফমফম)

**শক্তাকপাঃ** হুই হাযবা শা মখল অসি চাওখৎলিঙৈগী মতমদগী মীওইবনা মাবু শকখঙবিবক্লি। মহাক্না মপুবু যাম্নমক নুংশিজৈ অদুবু মীতোপ/মীযান্নদি মহাকপু তুককৈ-কিজৈ। মহাক্কি মপুনা হাযবা ইল্লি, লৌশিং চাউই অমদি কবিগুশ্বদসু ৱাকৎ তৌগন্দে।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দব | পোৎকী মগুণ মীগী মগুণ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দব |
|---|---|---|
| ১৯১০ | ধাতু | ১০/২/১৯১০ দগী |
| | | ২৯/১/১৯১১ |
| ১৯২২ | ঈশিং | ২৮/১/১৯২২ দগী |
| | | ১৫/২/১৯২৩ |
| ১৯৩৪ | মৈ | ১৪/১/১৯৩৪ দগী |
| | | [illegible]/২/১৯৩৫ |
| ১৯৪৬ | লৈবাক | ২/১/১৯৪৬ তগী |
| | | ২১/১/১৯৪৭ |
| ১৯৫৮ | উ | ১৮/২/১৯৫৮ দগী |
| | | ৭/২/১৯৫৯ |
| ১৯৭০ | ধাতু | ৬/২/১৯৭০ দগী |
| | | ২৬/১/১৯৭১ |
| ১৯৮২ | ঈশিং | ২৫/১/১৯৮২ দগী |
| | | ১২/২/১৯৮৩ |
| ১৯৯৪ | মৈ | ১০/২/১৯৯৪ দগী |
| | | ৩০/১/১৯৯৫ |

## ১২। ওক্লা পুবা কুম/চহী (ফমফম)

**শক্তাকপা ঃ—** চিনাগী ৱাবী শিংবুলগী মতুং ইন্না নোংদোলথক্তা ঙাল্লিবা ধ্রুবতাবানা মালেম নৈদা তারকপদগী ওক হায়বা শা অসি ওন্দুনা মীওইবদা অফবা লাইবক পীবক্লি। তৌবতবু ওক্তী মোংলি, তল্লী অমদি মবুকচেলদি মীহৌচাউই। হইনা তৌবা সেবাদগী, ওক্লা মীওইবগী সেবা হেন্না ফজনা তৌবা ঙম্মী।

| চিনাগী থাবানগী কেলেন্দর | পোৎকী মশুগ মীগী মশুগ | চানবা ইংলিসকী কেলেন্দর |
|---|---|---|
| ১৯১১ | থাতু | ৩০/১/১৯১১ দগী |
| | | ১৭/২/১৯১২ |
| ১৯২৩ | ঈশিং | ১৮/২/১৯২৩ দগী |
| | | ১৭/২/১৯২৪ |
| ১৯৩৫ | মৈ | ৪/২/১৯৩৫ দগী |
| | | ২৩/১/১৯৩৬ |
| ১৯৪৭ | লৈবাক | ২২/১/১৯৪৭ তগী |
| | | ৯/২/১৯৪৮ |
| ১৯৫৯ | উ | ৮/২/১৯৫৯ দগী |
| | | ২৭/২/১৯৬০ |
| ১৯৭১ | থাতু | ২৭/১/১৯৭১ দগী |
| | | ১৪/২/১৯৭২ |
| ১৯৮৩ | ঈশিং | ১৩/২/১৯৮৩ দগী |
| | | ১/২/১৯৮৪ |
| ১৯৯৫ | মৈ | ৩১/১/১৯৯৫ দগী |
| | | ১৮/২/১৯৯৬ |

# ‘ফেঙ শুই’ (৩)

খন চাং-যান্নরা খদ্দা বাখল্লোন ওইবিবা ফেঙ শুইগী পোৎলম মঙাগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন খঙবা তঙাইফদে। ইবোইননা মীচম অমগী থম্মোয়না লাংতক্লনা খঙনিংকগী ইবৌ লাংলিবা, পোৎলম মঙা হায়রবদি উ, মৈ, লৈবাক, থাতু অমদি ঈশিংনা মীওইবগী পুন্সিদা অমদি পুন্সি খোঙচঙ্‌তা করি কবদা ঈথিল পীরিবগে হায়রবদু লৈনবা মখৌ তারি:—

(অ) উঃ—ফেঙ শুইনা ‘উ’ হায়রবসিনা খঙহল্লিবসি ইশং শংবা, অহিংবা পাম্বীবুনি। উ পাম্বী অসি য়াম্না চাউববসু য়াই, ময়ায় ওইববসু অদুম্মক য়াই অমদি মোংশোংগুম্না পাম্বী মচা ওইববসু, অদুম য়াই।

উগী থবক্তি মহাক্না নুংশিতা য়াওবিবা ফত্তবা পোৎশিংবু চুমখোক্লনা, অফবা শক্তি লৈবা নুংশিং পুখোকই। অদুগী মখক্তা উ পাম্বীদগী ‘চী’ কৌবা ইনর্জি শক্তি অসি পুখোরকই। মতাং অসিগা মবি লৈননা, মৈতৈগী অহল লমন্না হায়বি-অকপীরম্না বাহৈ থবদং নীংশিংবা য়াই:—

“উকং উবদি অমঙ্গলনি, য়ুমদা ইংখোলদা লেপকং উ-রা থমগনু, য়ানখৎলো।”

মৈতৈগী অহলশিংনা উকং, লেপকং ফত্তে হায়না থল্লম্বসিগা, চীনাগী ফেঙ শুইনা হায়রিবা “অশিবা উনা ফত্তবা ফল পী” হায়বিবা বাখল্লোন অনীসি চপ মান্নৈ। হিন্দুনসু, উ থরদি লাই ওইনা পূজা তৌনবি—তুলসীবুংদা হৌবিবা তুলসী/বৃন্দা দেবীবু লাইনি হায়দুনা পূজা তৌনবি। সনাখোংনাংবুসু ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহম্মকী উনি, লাইগী উনি হায়দুনা পূজা তৌনবি। হায়নবা অমসু লৈবি—“উ অহল লাইনি।” মৈতৈ লাইনিং চৎপনা, সুমাংদা তাইবেন পাম্বী থাদুনা পূজা তৌনরি।

চঙফম ঃ— ইংখোলদা, লম্বীগী চিদায়দা, ওফিসতা, কল-কাবখানাগী অকোয়বদা উ-রা থানরিবসি অকোয়বদা অফবা শক্তি ‘চী’ ফংনবনি।

(আ) মৈ ঃ— ফেঙ শুইনা, মৈনা উগী মথংদা কান্নবা পীবা পোৎ ওইনা লৌই। মৈ নংত্রগা মৈশা ফংদনা কবদ্না জীবনা কয়াম কুইনা হিংবা

ঙমগনি? নুমিৎ কৌবা মৈগী শক্তম ওইরিবা সৌরজগৎকী মকুংদো অসিগী কান্নবা মশীং থীওমদে। মঙালদগীসু শক্তি ফংই। মহৌশাগীতা নত্তনা বুৎশেম্না পীবিবা বিজলী/ইলেক্ট্রিক্তগীসু মৈশা অমদি মঙাল অনীমক ফংলিবনি।

মৈতৈ লাইনিং চৎপশিংনসু মৈ পূজা তৌনৈ। হিন্দু লাইনিং চৎপা মীওইশিংনসু অগ্নি (মৈ কৌবা লাইবু) পূজা তৌনরি। ফেন্ত শুইনসু মৈ, মৈশা, মৈঙাল, অশাবা, মঙাল ঙম্নমক্তা পুন্সিদা শক্তি পী হায়না লৌরি।

**চন্নফম ঃ–** মরু ওইনা নুংশাদগী মৈগী ওইবা শক্তি অসি মথুং ওইনা ফংঙি। অহিংগী মতমদা কেন্দল/মৈবা/ইলেক্ট্রিক বল্ব থানবনসু মৈগী শক্তি ফংঙি।

**(ই) লৈবাক ঃ–** ফেন্ত শুইদা মরু ওইবা পোৎলম মঙগী মনুংদা লৈবাক্লা অহমশুবা মফমদা লৈ। অশেংবমকসু, পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎলমশিংগী মনুংদা থ্বাইদগী পাক-শন্না কনশিল্লিবশিংগী মনুংদা লৈবাক হায়বা পোৎসিনি।

**লৈবাক হায়রগা করিবু খঙনৈ ?**

১। চীংজাও, চীংদুম, চীং-মচা

২। অকোয়বদা পাক-শন্না শন্দোক্লিবা লৈবাক্কী শরুক।

**চন্নফম ঃ–** লৈবাক হায়বা পোৎলমসিনা জগৎকী তুংনফম অমদি চীঙ্গাক পী। লৈবাক্লা ঈংনা, মেঙনা শক্তি ইনর্জি পীরি।

**(ঈ) থাতু ঃ–** থাতুদি ইবাই লাইনা ফংবা পোৎনি। কোরী, লুপা, সনা অমদি পিয়াইদি থাতুগী ওইবা ঈথক-ঈশোম নাইনা লৈবা পোৎলমশিংনি। থাতু শীজিন্নবনা মীওইবনা শেমগৎ-শাগৎপগী থাবল পোকহল্লি। ফেন্ত শুইগী পান্দমদি কবিগুন্না অমনা অকোয়বগী ফিভম ফগৎহন্নবনি। ফরুদা থেংপা পিয়াইগী পুবম অমনা শক্তি অমা থোক্তুনা অকোয়বগী ফিভম ফগৎহল্লি।

লুপানা শাবা শজিগী মূর্তি অমনসু, মফম অমদা হেক্তা থম্নদা করিগুম্বা শক্তি অমা থোক্তুনা অকোয়বগী ফিভম ফগৎহল্লি। কোরীগী ফজবা পাত্র অমা মীৎফমদা থম্নগসু শক্তি অমা থোকত্তুনা অকোয়বগী ফিভম ফগৎহল্লি। তৌকতবু শীজিন্নরিবা থাতু অদু জৌ জৌ লাওদবা, কোইবপ তৌবা অমদি মশা নানবা

ওইগদবনি। মমাংদা পঞ্জখিবা, লৈবাক্কী ইনর্জি শক্তি ব্রাংপগী প্রতিকাবদি ধাতু শীজিন্নবনি।

**(উ) ঈশিং ঃ**— পুন্সিবু পীবিবা ঈশিং কৌবা পোৎলম্নি। ঈশিং য়াওদনা, জীব, পাম্বী, মীওইবা, শা-ঙা অমত্তা হিংবা শুকঙম ঙমদে। ফেঙ শুইগী মোৎ মতুং ইন্না, অচেনবা ঈশিং হায়বদি লৌখোং/তুরেল্লা, চেন্দবা ঈশিং হাযবদি পুখ্রী, পাৎতগী হেন্না ফৈ হায়না লৌনবি। ঈশিংগী শক্তি অসি মখাগী পোৎশিং অসিদগী ফংবা/লৌবা যাইঃ—

( ১) ঙা মচা যোক্লিবা এক্কাবিযমদগী।

(২) ঈশিং চাইবী (মহৌশা নৎত্রগা খুৎশেমদগী) অমবোমদা অমুক পৃথিবীগী সভ্যতাগী হৌবকফমদি ঈশিংগী অকোয়বদা লৈবিবা মফমশিংদগীনি।

**চন্নফম ঃ**— জীবশিংদা তঙাইফদনা চংলিবা ঈশিং অসিমক ফংবা ঙমদ্রবসু মসিগী মচু ওইবিবা হিগোক মচু শীজিন্নবনা অদুম্মক কান্নবা ফংহল্লি। মকওইনা ঈশিংগী শক্তি অসি থেক্লা-খোযনা চেল্লিবা তুবেন্দগী ফংই।

**ফেঙ শুইদা শীজিন্নরিবা মচুগী প্রতিকার ঃ**

**(ক) মচু অঙাংবাঃ**— ব্লদ প্রেসব নেম্বা কাঙবু, অজমা নাবা, জীবনি শক্তি ব্রাংপা ঈশিংখাওগী অনাবা লৈবা, লোক খুবা মীওইদা অঙাংবা মচুগী প্রতিকাবগী পোৎলম শীজিন্নবনা কান্নবা পীগনি।

**(খ) কমলা মচুঃ**—খনাও নাবা, মসল-তোংশা শোনবা অমদি চাকখাওগী অনাবা লৈবা মীওইশিংনা কমলা মচুনা প্রতিকাবগী পোৎলম ওইনা শীজিন্নবনা কান্নবা ফংহনগনি।

**(গ) নাপু মচুঃ**— মচু অসি নৎত্রগা মচু অসিগী প্রতিকাবগী পোৎলম শীজিন্নবনা, অঙাং ওইবিবশিংদা মকওইনা মহৈ তন্নিংবশিংদা, মানা মানা তন্নিবা হীবমদা পূক্লীং চংবা ফল পী।

**(ঘ) অশংবা মচুঃ**— মচু অসি শীজিন্নবনা অশোকপা থুনা ফগৎহল্লি। এসিন কৌবা অনাবদগীসু ফগৎহল্লি।

**(ঙ) হিষোক মচু ঃ—** মচু অসি শীজিন্নবনা হকচাং কা-হেন্না লূমথবগী চাং হন্থহল্লি। পূক্লীং লাংতক্লবা ফহনবগা লোয়ননা হকচাংগী শক্তি শোনবসু কনখৎহল্লি। হকচাং মনুংদা ঈ থোক্কুনা নাবসু খকহন্দুনা ফগৎহল্লি।

**(চ) ইন্দিগো মচু ঃ—** মচু মখল অসি শীজিন্নবনা চুরুট-বীড়ি থক্কনবা মীওইদা মৈখূ পামহন্দে।

**(ছ) মঙগ্রা মচু ঃ—** মচু অসি শীজিন্নবনা হকচাংগী অশোক-অপন কয়াবু থুনা ফগৎহল্লি। লোয়ননা, উনশা নাবা, য়া চিকপা, এলারজি অমদি তাং তাং চিকপসু ফহল্লি।

**য়ারোইশিন ঃ—** হৌজিক্তি ঐখোয়না ময়েক শেংনা উবে মদুদি চিনাগী এস্ত্রোলোজিগী মোত মতুং ইন্না মীওইবগী পুন্সিগী চহীবু শা ১২ না কুম ওন-ওন্দুনা পুবি। লোয়ন-লোয়ননা চহী কুম পুবিবা শা ১২ অসিগীসু পোৎলম ৫ নৎত্রগা মীওই মখল ৫ হাযবদি লৈবাক, উ, ধাতু, ঈশিং অমদি মৈগী ওইবা মগুণ অমদি মীওই মখল ৫ খায়বা অসি হৌজিক্তি মীয়াম্না ভাব তানা খঙবীবন্নগনি। মতৌ অসুম্না ফেঙ শুই হায়বা বিদ্যা অসি খঙবা তাববদি তঙাইফদনা চাইনিজ এস্ত্রোলোজী অসি খঙবগী মথৌ তাই হায়বা য়াফম অসি মীয়ামগী মফমদা নোল্লক্লা থমজবি।

---

# মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং


1. যূমথোঙ্গী পাঞ্জি — শ্রীহিজম মনি সিংহ
2. Astrology in Vedas – J N Bhasin
3. Guide to Astrology – Brookhampton Press, London
4. Practical Palmistry – Dr Narayan Dutt Shrimali
5. Medical Palmistry – Katherine St Hill
6. Everybody's Guide to Palmistry – Shri Krishna Das
7. Secrets of Numerology – Dr Ravindra Kumar
8. Numerology – A R Tar Khandkar
9. Your Birth Number & Success – P C Ganeshan
10. Gems Guide for Successful life – B N Pande
11. Gems & Astrology – Dr Gouri Shankar Kapoor
12. New Rules & Combinations in Hindu Astrology – S.K Mehta
13. Uttara Kalamrita (of Kalidash) – S S Sareen
14. Mahadeva's Jatak Tatva – S S Sareen
15. Bejan Daruwalla's Book of Star Signs, Numerology, Chinese Astrology –
16. Bliss and Agony of Marriage – Z Ansari
17. Scientific Matching of Astrology – D P Saxena
18. Ancient Chinese Art Feng Sui – Rakesh Shastri, Junesh Sardana
19. Handy Feng Sui Solutions – Rakhi Sameer
20. Predictive Astrology – Bernadette Brandy (U S A )

| | | | |
|---|---|---|---|
| 21 | Raphael's Medıcal Astrology | – | |
| 22 | Medıcal Astrology | – | J N Bhasın |
| 23 | Pt Dhundıraj's Jataka Bharnam | – | Gırısh Chand Sharma |
| 24 | The Mystery of Rahu ın a Horoscope | – | Shıv Raj Sharma |
| 25 | Rahu Ketu Experıence | – | Prakash Trıvedı |
| 26 | The Stars and Your Professıons | – | Prem Kumar Sharma |
| 27 | How to Avert Professıonal Setbacks | – | Prof V K Chawdhry<br>K Rajesh Chawdhry |
| 28 | Art of Predıctıon | – | J N Bhasın |
| 29 | Bırth Chart & The Prıncıples of Predıctıon | – | Mannebhı S Shah<br>B Paneshol |
| 30 | Learn, Thınk & Predıct Through Astrology | – | C P Arora |
| 31 | শ্রীশ্রীগোপালসহস্রনাম | | |
| 32 | Predıctıve Astrology on Muhurta, Marrıage and Chıldren | – | L C Sharma |
| 33 | The Study of Palmıstry for Professıonal Purposes | – | Comte C De Saınt German |
| 34 | Hındu Mythology | – | W J Wılkın |
| 35 | যৌবম পবেং ঈবাৎ যৌনি | – | নাওবেম ব্রজমনি |



লাইবিক ইবিবিবা **মোইবাংথেম সুবজিৎ সিংহ** পোকফম-লৈফম, উবিপোক বাচস্পতি লৈকাই, ইম্ফালদগীনি।

পাঞ্জি বিদ্যা অসিবু শ্রীসিংহনা পামজবদগী মণিপুরগী মশক নাইববা ওজা পাঞ্জি কযাদগী অমদি কোলকত্তা, বেঙ্গলোর, নিযু দিল্লিনচিংবা মফম কযাদগী ওজা, পাঞ্জি, ইন্সতিটুাত কযাদগী কোর্স কযা তমদুনা, ডিগ্রী, এৱার্ড কযা ফংলবা মীওই অমনি।

শ্রীসিংহ, ফেঙ শুইগী মবমদা কন্না থোজাল্লবা মীওই অমসুনি। তৌজিক ফাওবদা, **"কুঠি যেংবা,"** "**পাঞ্জিগী মীৎযেংদগী**" অমদি "**পাঞ্জিগী মীহুৎথোঙদগী**" কৌবা লাইবিক অহুম ফোঙখ্রে।

**লাইবিক অহুমদা থম্রিবা অখঙ-অহৈশিংগী মোতশিং ঃ—**

(১)

সুবজিৎকী **"কুঠি যেংবা"** হাযবা লাইবিক অসি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৈনদুনা অপাবা মীনা হেন্না লাযনা খঙবা ঙম্মনবা ৱাহৈ-বাতা, লোন্দা পুদা শীজিন্নদুনা ইবা লাইবিক্নি। পৃথিবীগী সমাজ কযাদা, লোন কযাদা কদায হাযরি, মান্নবনা কদাযদনো, মান্নদবনা কদায ফাওবনো অসিনচিংবা যাম্না কৃপ্না নৈনদুনা মতাং মতাংদা সুবজিৎ মশাগী মোত তেন্তক তেন্তক্না ফোঙদোক্নুনা পুথোবকপা শাংথানিঙাই ওইবা লাইবিক মখল অমনি লাইবিক অসি।

— **নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ**
**সাহিত্য একাডেমী এৱার্দি**

(২)

"**পাঞ্জিগী মীৎযেংদগী**" কৌবা লাইবিক অসি পিকলবসু পিক্না পাবদা, নৈনবদা যাম্না কান্নবা লাইবিক্নি। লাইবিক অসি পাঞ্জিগী শিনফম পার্যাবিবিবা অমদি জ্যোতিষ শাস্ত্রবু থাজবীবা কাংবুগীদি পাবদা নৈনবদা যাম্না মতেং ওইগনি খঙ্গে।

— **শ্রীঙাংবম চন্দ্রকুমার সিংহ, জ্যোতিষী**
**তেরা কৈথেল।**

(৩)

হন্দক অমুক শ্রীসুবজিৎ সিংহনা ইবিবা, পুথোবক্লিবা মহাক্কী পাঞ্জিগী অহুমশুবা লাইবিক, "পাঞ্জিগী মীহুৎথোঙদগী" হাযবসি ওন্থোক্লা ফজখ্রে। মচন শুনা যাওববা লৈবাং নাচোম অমগা প্রমাণ তৌবা যাই।

— **রাজজ্যোতিষী, বী. রাজেন্দ্র শর্ম্মা**
পাঞ্জি শঙলাকপা

**সঙ্গাই পাব্লিসর্স**, উবিপোক বাচস্পতি লৈকাই, ইম্ফাল।